# লৈহৈদুবা লমদাম্নি



অইবা ঃ
ইবুংঙোমচা নিংথৌজম

ꯂꯩꯍꯩꯗ꯭ꯔꯕ ꯂꯃꯗꯃꯅꯤ

# লৈহৈদ্রবা লমদম্নি

অইবাঃ

ইবুংঙোমচা নিংঙোম্ব

ꯂꯩꯍꯩꯗ꯭ꯔꯕ ꯂꯝꯗꯝꯅꯤ
লৈহৈদ্রবা লমদম্নি
ৱারী মচা


| | | |
|---|---|---|
| অইবা | ঃ | ইবুংঙোমচা নিংঙোম্বা |
| ফোঙবা | ঃ | শ্রীমা পব্লিকেসনস, নম্বোল |
| কোপী বাইট | ঃ | অইবা মশা, মাগী ইমুংগী মীশিং |
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ২০১৩ |
| নম্ফম | ঃ | এমঃ কেঃ প্রেসঃ নম্বোল বজার |
| কোপি মশিং | ঃ | ৩৫০ |
| মমল | ঃ | লুপা ২০০/- |


LEIHEIDRABA LAMDAMNI
Short Story


| | | |
|---|---|---|
| Writer | : | Ibungomacha Ningomba |
| Publisher | : | Shreema Publications Nambol |
| 1st impression | : | 2013 |
| Printed at | : | M.K. Press, Nambol Bazar |
| Copies | : | 350 |
| Price | : | Rs. 200/- |

# ৱাহৈ খরদং

ইবুংঙোমচা নিংঙোম্বনা ইবা "লৈহৈদ্রবা লমদম্নি" হায়না মিংথোনবা লাইবিক অসিদা যাওবিবা ৱারী মচাশিং অসি মীওইবগী পুন্সিগী থৌদোক মচা মচাশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবা ঙাক্তনি। অইবগী ৱাবী মচাশিং অসিদা ইনাক খুনবশিংগী, শহবগী অবং-অবাকশিংগী অমসুং নুংঙাই য়াইফবগী মমি তাদে। অইবনা পোৎশক্কী তাইবংদগী থাপ্পা হন্দোকলগা পুন্সিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন্দা যেংলগা মিনুংশিদা য়ুম্ফম ওইবগা শাগৎপা ৱারীমচাশিং অসিদা মিনুংশি অমদি কথোকপগী ফিদম উৎনবা হোৎনবকই। লৈপূং ফম্বদা লীবা ৱাবীগী খুফোংদোক্তা ইবা ৱাবী মচাশিং অসিদা তোল্ল-তারবা থৱাযশিংগী মফমদা মিনুংশি উৎপা অমদি মপাঙ্গোংগী মিৎযেংনা উবা ফংদ্রবা অচুম্বশিং ইকোক কোক্লা উহন্নবা অইবনা হোৎনৈ। অইবা অসিগী ৱাবীমচা খবদং খনগৎলগা য়েংবা য়াই। "ঐগী পুন্সি কেমখ্রসনু" হাযবা ৱারীমচা অসিদা অইবনা শাগৎলিবা যমুনা অমদি সনাযাইমগী শক্তমশিং অসি পনবা যাই। নুপীশিংগী লমচত্তা তেমশিংনরকপগী মাযোক্তা থৌনা ফনা লেপখিবী যমুনা মরাল শুকলৈ লৈতনা কৈশুমশঙদা লৈখি। মশাগী ইকাইখুম্নবা ঙাক্লবগীদমক্তা মহাকপু শীংনরকখিবা নুপা অমা হাৎখি অদুবু ময়ুম থাদোক্তুনা মমা লুখ্রাবী থাক্লবা শিল্লংবা চৎপগী মিংদা ,মহাকপু মীযাম্না লমচৎ নাইদবী অমা ওইনা উখি। অইবনা লাঞ্জদ্রবী যমুনাগী পুন্সিগী অশেংবা ৱারী মীওইবা জাতিদা খঙহন্নবগীদমক্তা ৱারী অসিদা সনাযাইমা হাযনা কৌবা ..মচৎ (Charactor) অমা শাগৎল্লকখি। সনাযাইমা জেলগী চাক য়েনবগী থবক তৌবা পাখং অমনি। মহাকনা চাক পীবা লাকপদা যমুনাগী মাযথোং উবদা মরাল লৈজদ্রবী অমা ওইরমগনি হায়বসে সনাযাইমনা মপূং ফানা থাজরম্মী। সনায়াইমনা যমুনাদা মহাক্লা করম্না জেলদা

চঙলকখিবনো হংখি। যমুনানসু মবুকচেল শেংনা সনায়াইমগী মফমদা অশেংবদু লীদুনা তাহনখি। যমুনাগী মক্রুবা পুন্সিগী রারী অদু মীয়ামদা খঙহন্নবগীদমক্তা সনাযাইমনা ময়েক শেংনা ইথোক্লুনা "মঙাল" কৌবা চেকোং অমদা ফোঙদোকপদগী মীযান্না যমুনা মবাল লৈজদ্রবীনি খঙনখি। অদুবু আইনগী মিথযেংদদি মহাক মীহাৎপিনি, জেলদা লৈখিবা তাই, মহাকপু কনবিনবা আইন লৈখিদে। রারীমচাসিগী অরোইবদা যমুনানা ফোঙদোকলি "কেদৌরঙনি, ঐগী পুন্সি কেমথ্রসনু জেল মনুংদা।" অচুম্বনা মাইথিবগী মিনুংশিগা লোয়নরবা রাবীমচা অমনি।

হৌজিক্কী মতমগী মালেমগী ওইরিবা তংদু লৈতাদ্রবা লৈঙাকলোন অসিবু লাইতিনগী ওইবা রাখল্লোন্দা শাগত্তুনা ইবা "লৈরবোই চঙজফম" হায়বা রাবীমচা অসিদা অইবনা অফবা লৈঙাক অমদি ফত্তবা লৈঙাক অনীগী খেন্নবদু লাইবৈবাক অমদি মীরম্লেনগী লৈঙাকলোনগা চাংদম্নদুনা উৎলি। অফবা লৈঙাকলোন লৈবা মফমবু লাইবৈবাক ওইনা শাগৎলি। মালেমগী ওৎপী নৈবিবগী শাজৎ অসিদা খাঙবা ঙমদ্রবা রাখঙ্গাউনা রাখলগী দোল্লাই তোংদুনা ইঙনা চিক্লা পানবা গ্রহ অমদা পাইখৎল্লকই। মালেমদগী লাকপনি হায়বা খঙলবদা ইঙনা-চিক্লা পাল্লিবা গ্রহ অদুগী মীশিংনা অহঙ্গাউবু হিংচা য়াইতম্বগী জাৎনি খন্দুনা মফম অদুদগী তাছোবকখি। গ্রহ অদুদা লৈবা মীশিংনা হাযবকই, "নখোয মালেমদা লৈরিবা তাইবঙ মীওইবশিং অসিদি ঐখোয়গী ইবক্তা তিনবা যাবোই। নখোযদি নবুকচেল পিকই, ধর্ম্ম লৈতে, মিনুংশি যাওদে, মীনা মীবু হাৎলি, মতম পূম্নমক্তা লানগী রাখল খল্লি, নশাগী ওইজবা থি-------।" রারী মচা অসিনা মীওইবনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরিবা মালেমগী অমোৎপা লৈঙাকলোনবু মশক তাকই।

লাইবিক অসিগী মিংথোল ওইবিবা "লৈহৈদ্রবা লমদম্লি" হাযবা রাবীমচা অসিদা অইবনা ঐখোয়গী লৈবাক মনিপুরদা তোয়না থোক্লিবা মীরক্তা বোম পোকখায়হল্লিবা অমদি নোংমৈ কাপশিল্লিবা মবাল লৈজদ্রবা

মীচম কয়াগী মথ্থায মাঙহল্লিবা অসিগী অৱাবা শক্তমশিং যাম্না তেন্না ফোঙদোক্লুনা উৎলি। মপুবোইবা নৌনা কাযনখ্রবী মচা পিশক মনমদা পোদুনা কৈথেল কাবিবী বাসন্তীগী মবাযবক্তা নুংঙাইয়ু হাযবা তম্নমদ্রমালে। নোংমা কৈথেন্দা মচাদু মনাক্তা শান্নহল্লগা মনা-মশীং য়োল্লিঙৈদা খঙহৌদনা কাপশিল্লকপা নোংমৈনা পান্দুনা মচাদু শিখিবম্মী। কঙাওনববী বাসন্তীনা ইপা পাখৎনা ঈনা পূমচোৎ চোৎলবা মচাগী অশিবা মশাদু পম্লদুনা মাযকৈ খঙদনা চেল্লম্মী। মহাক্না অসুম চেল্লকপদা লম্বীদা গাডীনা থেঙ্গাইদুনা শিববা যন্নাউ অমগী মনাক্তা শম্বী অমনা মো মো খোংদুনা লৈবম্বা থেংনখি। মদু উবদা বাসন্তীনা হাযরকই,"নুমিৎনা চীংযা পক্লিঙৈ পোখৎলু নচাদো চেলহৌশি ঐখোয শান্তিগী লমদম যৌনবা। খঙঙু, লৈহৈদ্রবনি লমদমসে।" বাসন্তীগী ৱাহৈশিং অসিদা ৱাহং অমখক্তি লোৎলি - "শান্তিগী লমদমদি কদাযদা?"

ইবুংঙোমচা নিংঙোম্বগী ৱাবীমচাশিং অসিদি মহাক্কী তাইবংদা নুমিৎ খুদিং থেংনবিবা অৱা-নুংঙাইশিংদা যেংলুবগা মাগী থম্মোযদা ফাওবকপশিং অদু লৌথুপ লৌকোই লৈতনা ইথোবকপনি। মহাক্কী ৱাবীমচাশিংদা য়াওবিবা তোপ তোপ্পা মগুন অমখক হাযবা তারবদি তাইবংপানববু নুংশিবনি। মাগী ৱাখলদি কথোকপনি, কপযাংবা তাইবং অমা শেমগৎপগী ৱাখল্লোন্নি। মহাক্কী খোল্লাওদি "নুংশিবনা যাইফৱে" হায়বসিনি।

পুন্সি নুংশাংনা অইবা অমা ওইনা লৈসনু।

তাং ১৯-১১-২০১৩

এনঃ ৰবিচন্দ্র সিংহ
সেক্রেটৰী
সাহিত্য থৌপাং লুপ
ইম্ফাল।

# ꯀꯪꯆꯕ



কংচবা

ꯄꯪꯍꯧꯑꯣ꯫ ꯏꯄꯥ ꯑꯄꯣꯛꯄꯥ
ꯂꯝꯖꯤꯡ ꯂꯝꯇꯥꯛꯄꯤꯔꯤꯕ꯫
ꯂꯧꯁꯤꯡꯒꯤ ꯄꯨꯛꯀꯦ ꯑꯣꯏꯕꯝꯕ
ꯀꯣꯂꯣꯏꯅ ꯅꯪꯒꯤ ꯀꯨꯜꯂ ꯁꯤꯡ꯫꯫
ꯅꯍꯥꯛꯀꯤ ꯂꯧꯁꯤꯡ ꯄꯨꯛꯀꯦꯗꯒꯤ
ꯈꯥꯏꯊꯕꯤꯕꯝꯕ ꯂꯧꯁꯤꯡꯅ
ꯂꯪꯂ ꯂꯪꯖꯤꯟ ꯑꯣꯏꯗꯨꯅ
ꯏꯖꯕꯦ ꯔꯥꯕꯤ ꯃꯆꯥ ꯈꯕ
"ꯂꯩꯍꯩꯗ꯭ꯔꯕ ꯂꯃꯗꯝꯅꯤ"꯫
ꯇꯣꯜꯂꯕ ꯃꯆꯥꯅ ꯏꯖꯔꯤꯕ
ꯔꯥꯕꯤ ꯃꯆꯥꯒꯤ ꯂꯥꯏꯕꯤꯛꯁꯦ
ꯅꯈꯨꯌꯥꯈꯥꯗ ꯀꯪꯆꯕꯤ
ꯑꯔꯥꯟ ꯑꯍꯨꯏ ꯉꯥꯛꯄꯤꯌꯨ
ꯂꯠꯅꯗꯅ ꯂꯧꯕꯤꯌꯨꯀꯣ꯫꯫

ꯇꯣꯜꯂꯕ ꯃꯆꯥ
ꯏꯕꯨꯡꯉꯣꯃꯆꯥ ꯅꯤꯡꯉꯣꯝꯕ

পঙ্হৌও। ঈপা অপোকপা
লমজিং লমতাকপিরিবা।
লৌশিংগী পুক্কে ওইবম্বা
কোলোযনা নঙগী কুল্ল সিং।
নহাক্কী লৌশিং পুক্কেদগী
খাইথবিবম্বা লৌশিংনা
লংলা লংজিন ওইদুনা
ইজবে রাবী মচা খবা
"লৈহৈদ্রবা লমদম্নি"।
তোল্লবা মচানা ইজরিবা
রাবী মচাগী লাইবিকসে
নখুযাখাদা কংচবি
অরান অহুই ঙাকপিয়ু
লৎনদনা লৌবিয়ুকো।

তোল্লবা নচা
ইবুংঙোমচা নিংঙোম্বা

# অইবগী ৱারোল

শৈবেং ইবম্বদগী খংহৌদনা ৱারী মচা অনিংবগী কল্লবা ঈথিল অমা থম্মোইদা ফাওবকখি। অদুদগী ইহাক ৱারী মচা ইবা হৌবকখি। ইজরিবা ৱারী মচা খবা অসি থোইদোক্লা য়াম্না খঙ-হৈদুনা অমদি অইবা অমগী গুন্না থল্লবা অদুমকসু য়ৌবা ঙম্বা নৎচদে। ইববু পামজবা, সাহিত্যবু সৈবা ফংজনিংবদগী থম্মোয়দা ফাওবকপা কযাবু ৱাখলনা শাগৎচদুনা ৱারী মচা অমমম ওইনবা পংইদা ইজখিবনি।

ঐহাক্লা ৱারী মচা ইজবিবা অসিগী মরমদি সাহিত্যবু নুংশিবীবা, লাইবিক পাববু পামজবা মথৌদি চিনবা মীওই কযানা ঙহাক্তং শংবদা পোৎথাবা ওইনা ৱারী মচা অমা অনি অবোইবা নাইনা মপুং ফানা পাবদা খুদোং চাগদ্রা খঞ্জদুনা ইজবনি।

ঐগী ৱাবী মচা খবা অসি হেক ইবা হৌবকপদগী অবোইবা মতম ফাওবদা কদাযদা শোযখিগদগে খনবীদুনা চেকশিন্না যেংশিনবীদুনা পাউতাক কয়া পিবীবকপা ঐগী ইপা শক্লবা ইযাম্বা কুঞ্জো নিংঙোম্বা অমসুং ইমা শক্লবী ইতৈমা নিংঙোম্বম ওংবী প্রতিমা দেবী অনীগী মফমদা ইকাইখুম্নবা উৎচবগা লোইননা পুন্সিগী ওইনা শিংবা ঙম্লবোইদবা লমল অমগু তোনশিঞ্জবে, মসিগীদমক ঙাকপিগনি। ঐগী ইচানুপী শ্রীমা দেবী ইচানুপা সত্যব্রত সিংহ অমসুং রবিচন্দ্র সিংহ মখোয় অহুম্না পুক্লিং থৌগৎপীবগা লোইননা থৌনা হাপ্পীবকপগীদমক্তসু থোইদোক হেন্দোক্লা নুংঙাইবা ফোংদোকচরি।

অরোইবদা ঐগী ৱাবী মচাগী লাইরিক অসি ফোঙবদা অচঙবা শেল পুম্নমক পুথোকপিদুনা মতেং পাঙবীবকখিবা ঐগী ইনাওনুপা গম্ভীর সিংহ (ইজুক্যেতিফ ইঞ্জিনিয়ার পিঃঐচইঃডি) মহাক্কী মফমদসু থাগৎচবগা লোইননা তৌবীমল খঙবা উৎচরি লোইননা

হরাও হরাও পুক্লিং থৌগৎপীদুনা শেলগী তেংবাং পীবিবকখিবা ঐগী ইনাওনুপা নিংঙোম্বম অঙৌতোন সিংহ, বনজিৎ সিংহ, অমসুং ইপযাইন্দ সিংহ মখোয অহুমগী মবমদসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি। লোইননা এমঃ কেঃ ওফসেট প্রেস, নম্বোল বজাববুসু লাইরিক অসি থরাই যাওনা নম্বীবকপগীদমক্তা থাগৎপা ফোংদোকচবি।

তাং ১৯-১১-২০১৩
লৈবাকপোকপা।

ইবুংঙোমচা নিংঙোম্বা
ফোইজিং অরাং

# য়াওফম তাকপা

# লৈহৈদ্রবা লমদম্নি

বাসন্তী নৌনা মপুরোইবা কাইনরবী মৌনহানি। মরাইবক থীরবীনি। পিক্লিবা মচা অমসু চেন্নি। মহাক্কী পুন্সি পিক্লিবা মচা অসিনা অমুক্কা হেন্না অরাবা ওইহল্লী। হন্না য়েংখিবদা কনাসু উদে, মহাক্তি মবাইবক থীবদগী থীরবী লাইরবীগী মপোক্লি।

পীক্লিবা মচাদু শিন্নফম লৈতে। শুদ-নোমদবদি যাদে, হিংনবগী উপাই থিবদা অরাবগী মশক ওইরি। নৌরিবী মৌনহা মহাক্না মনমদা মচা পোশিল্লগা লৈকাইগী য়ুমথোঙশিংদা পুক্কীদমক শিল্লংবা চৎলি। কনা অমনা থবক লৈতে তাঙ্খোকপিরকই, কনা অমনা হরাও হরাও কৌশিনবী, ফৌত্ত চেংত্ত তৌহল্লি, কোল-লিক ফেংহল্লি, রাই তৈহল্লি, লম-তু শেংহল্লি। পুন্নমক অসি লোইরবা মতুংদা খুৎশুমন ওইনা চেং হরাই মনা মশিং খরা পীবীরকই।

বাসন্তী মনমদা মচা পোখৎলি। অপিবা খরা অদু পুরগা খোংকাপ শাফু কন্না ময়ুম মাইকৈ তম্নকই। অসুন্না নোংম-নোংমগী চরা ফংনবা হোৎনরি।

অয়ুক নুংথিল নাইদনা নোংমগী চরা তানবদা চোকথরবা হকচাংনি। পীক্লিবা মচাদুনা অহিং চুপ্পা নিঙাই তৌরি। খেঙলবা অহিংদুদা তৃম্নিংবগী অরাবা খাঙদুনা মচাবু খেন্না খেন্না রাখল খল্লকই। "হে-নোংদম্বা নঙনা ওহোক্লা থীনত্ত তম্বীরম্মীদা. ইমা ইচাগী লাইবকসে।" অসুন্না ঙহাক খল্লুরগা মখা তানা মচাবু খেন্নকই।

"ইমাগী ইবুঙো নুংশিবা কপ্পা তোক্লো, তুমথরো অহিং অসি খেঙখরে, মীচিক মীরাওখোন তাখিদরে, ইচাদি মরম মোকপনি, ইচানা হয়েং চাওরগা ইমাগী শেবা তৌদুনা নুঙাই য়াইফ পান্সিকো। ইমানা ঙাইরিবশে। সনা মতুম, নঙনা চাওবা শারেপ ফাবনি।" অসুন্না মচাবু

মতমপাক্তা পমদুনা শুম্লি।

অহিং অদু হৌখবে হয়েং হাইরম্বা নুমিৎ অদু ঙসি অমুক ওইররে। ঙসিগু অদু মঙাই শিল্লংবা অদুম চৎলি। হান্নগী মতৌগুম ইমুং মাঙ্গোল রাইশিং লমশেং অদুম মতৌরি।

মহাক্না শিল্লংলিবা ইমুংদুগী য়ুম্বুরেম্বীদু মাধবী কৌই। নোংমা মৌ-নহা অমনা 'ইনে মাধবী' হাইনা কৌর কৌরদুনা চংলকখি। অদুগা মরুপকী পৈশাদো পিবম্লগে হায়দুনা লুপা চামঙা চৎপী অমা পীরম্লগা হনখি তোঙ্গাওবা মমাগী শেঙ্গাওদগী শেল হুবা হৈনবা অঙাং অমনি। মমাদা পীরম্বা মরুপকী পৈশাদু মহাক্না হুনবা যেংঙি।

মাধবীদা পীরম্বা লুপা চামঙা চৎপীদু বাসন্তী অমদি মাধবীগী মচানুপা তোঙ্গাওবগু উহৌই, পৈশা অদু মাধবীনা মোন মখাদা ইঙ্গিল্লম্লগা ইশৈ ঙং ঙংদুনা ইখোললোমদা থবক শুবা চঙখি।

তোঙ্গাওবা কোম্হোংলোমদা ঙহাক থোকচিন্নরুগা তাঙ্গা মেঙ্গা য়েংদুনা ঙহাক শবক শিবিঙৈদা মোন মখাদগী লুপা চামঙা চৎপীদু হুবাল্লগা চৎখিরম্মী।

বাসন্তী মথৌ লোইবদুনা মাধবীনা খুৎশুমন খরা পিবদু পুরগা মচা পোখত্তুনা ময়ুমদা হনখি।

মাধবী ইখোল শুরুবগী অরাবা ঙহাক পোথারগা ঙশাইগী পৈশাদু নীংশিংলক্তুনা মোন মখাদা য়েংলুই। পৈশাদু লৈবমদ্রবদা মহাক্না খলকই। শিল্লংবী মীনাইনুবীদুনা শোইদনা পুরমগনি। হযেংগী নুমিত্তা লাকখিসনু খঙগনি, শীংদুনা লৈরি।

বাসন্তী মথঙগী নুমিত্তা মহৌশাগুম মাধবীগী য়ুমদা শিল্লংবা লাকখি।

মাধবীনা বাসন্তীবু হেক উবদা থীনা চৈরকই, "হুরানবী মীনাইনুবী নঙনা ঙরাং হুবানখিবা লুপা চামঙা অদুনা কয়াম কুইনা নুঙাইবা য়াদৌরি? হুরানবী লমচৎ নাইদবী নঙগী চঙজফম কনাদসু লৈরোই। চৎখ্রো চৎলু লৈকাই তাদ্রিঙৈ; নঙকশমদু পাইদুনা ইন্দ্রিঙৈদা।"

বাসন্তী রাহৈশিংদু তাবদা পুমঙক ঙকখি। ইকাইবনা চংশি শিবা হাইবদু ওইখি। মমিৎ অনিমক পিনা পিক থনখি। মশা থক থক নিকখি। তনিকপা খোঞ্জেলনা হাইজরকখি, "ঐহাকপু লান্না লৌবীগনু। শেনফম অদুগী মরমদা করিমত্তা থংজদে।" মধবীনা মহাক্কী রাদু তাবিদনা য়াক্ল-য়াক্লবা রাহে রাতা শিজীন্নদুনা তাহ্রোকপীখি।

বাসন্তীনা অরাবগী পোৎলুম পুদুনা ময়ুমলোমদা হল্লকখি। লম্বী চৎনা চৎনা থম্মোইনুংদা মপুবোইববু রারৌনা চৈরকখি "শিগনবা! নঙনা ঙন্তা শিদোকখিদুনা ইমা ইচানা রাহৌরিবনি, নঙদি ফত্তবা মীনি, ইমা ইচাগী কবিমত্তা খন্দবনি।" থম্মোইনুংদা নুংশিজগ্রবা মপুবোইববু রারৌরি। খনবমখৈ খল্লুবগা হিংদবদি য়াদবনিনা সনা কৈথেল কাদুনা মনা মশিং যোন্দুনা হিংনবা হোৎনরগে খনখি।

মহাক্লা মথংগী নুমিত্তা পেরুক যেলাং মনা মশিং খরা পুদুনা খ্বাযরমবন্দ কৈথেল চিদাই অমদা যোনবা হৌখি। অপিকপা মচাদু পম্লদুনা য়োনবা তাখি।

নোংমগী নুমিৎনি অঙকপা থৌদোক্নি, সিফাই ময়াম অমনা মীচেল খরা তান্নরকখি। মীচেলশিংদু কনানো, করিগীনো, কমদৌবনো মফম মরাং খঙদে। কৈথেল মীরক্কুদা নোংমৈ পংকাপ্তা কাপ্লবকখি। নোংমৈ মখোল তাবদা কদাইদবু লোৎকনো, কদোমদবু চেনখিবনো অমত্তা উখিদরে অদুক য়াম্বা মীয়ামদো, অদুক চাওবা কৈথেন্দো তাইবঙ মীদি লাইরদনা কাং হযিং ফাওবা পাইখিদরে।

ওহ্রোকপনি! বাসন্তীগী মপোক অরা মৈশা লাংনা পুন্সি লেল্লু তমগ্রবোই। মহাক্কী মনাক্তা ফমলিবা মচাদো নোংমৈনা পান্দুনা শিরে। শিরবা মচাদো মতম্বাক্তা পমখৎলগা হিক্রা হিক্রা তেংথাদুনা কপ্লি। "ইমাগী ইবুঙো মনি মতুম, ইচাদি মনিনী।" চোইরোন পারোন লোনবা হৌরকই, অঙাওবীগী মতৌগুম। মশাদগী ঈখেংনা মতম্বাক্তো পুমচোৎ চোৎলি। মতম্বাক্তগী ফাওথরকপনা লৈমাইদু

পুমভাং ভাংলি। থরায় য়াওদ্রবা মচাদো মনমদা অমুক পোখৎলি, “ইমা ইচাও চেলহৌরসি থরায় হিংনবা,” মুরম্ম মুরম্ম শোল্লি, পুমভাও ভাওখরে।

খোঙথাং খুদিং ঈনা তপ তপ তারি মাইকৈ খঙদে, কদোমদনো অত্তম অত্তম চৎখ্রি।

মহাক্না অসুম চৎখিবদা লম্বী লক্ষাং অমদা হৱা-গাড়ীনা থেংলম্বদগী শিরবা ষনাও অমগী মনাক্তা ষনবী অমনা মমিৎ মনা চপ য়ুংদুনা হৌনা হৌনা খোংলি, অমুকও ফি-ফি কামদুনা শিরবা মচাদুবু শঙদুনা লৈরম্বা থেংনখি।

বাসন্তী ষনবী মমা মচা অনীদুগী মনাক্তা তপ্না তপ্না চঙশিনখি। ষনাও অদুদা মুন্না শংত্রিক য়েংলগা থম্মোই শোক্না হিক্রা হিক্রা কপথনকখি। ভহাক কপ্পুবগা ষণবীদুদা যেংলগা হাইরকই, “নুমিৎনা চিংয়া পক্রিঙৈ পোখৎলু নচাদো, চেলহৌসি ঐখোই শান্তিগী লমদম য়ৌনবা। খঙঙু লৈহ্রেবা লমদম্নি।” *

# (২)

# ইচাদি ইমানা হাৎপনি

তোঙ্গনা মচিন মনাও অহুমগী ইতোন তোনবা পাখং মচানি। মহাক চহি তরাতরেৎ মুক্কী লেংদানি। মহাক থবক শুগন্দে, হুরাল্লগা দ্রগ চাবা কাপ্পনা মাগী মপুঙ ওইবা মথৌনি। হুরানবা পাখং মচানি। মমা মপা অমদি ময়াম্বশিংদগী তত্তনা শেল হুরাল্লি। মানা হুরিবা শেলশিংদুনা নেশা চাবদা শিজিন্নে।

ময়াম্বশিংনা তৌগনু হায়দুনা ইতৎ তত্তনা রারকই অদুবু মঙোন্দা করিশু নাচুংবা লৈতে। ময়াম্বশিংদুনা খরা ভাং-শকপা অদুশু মমানা হেক হেক কনখৎলি। "ইচাসে অতোন অতাংনি, নখোয়গী ননাওনি, নখোয়দগী লৌদনা কনাদগী লৌরুনি। নখোয়না ফনবা পুন্নমক-হোৎনগদবনি" থোইনদুম কনখৎলি।

মহাক ইমুং মনুংদগী খবা খরা হুবম্বদগী লৈকাই লান্না হুবা হৌরকখি। মমৈথঙদা হুরানবা হাইবদো চপ চানা ওইরকখি।

মহাক নুমিৎ খুদিংগী স্কুল চৎলি অদুবু অযাম্বা মতমদা স্কুল য়ৌদে, ক্লাস য়াওদে লমখাঙদা গুলি চাদুনা নেশা শান্নদুনা মতম লেল্লি। মহাক এম-সুনা ফাদুনা কযাবক স্কুল প্রিন্সিপালদা শিন্নখ্রবনি অদুবু তোকপা লৈতে।

মপা কুমার স্কুল প্রিন্সিপালনা কৌদুনা মচাবু রাবক রাতেম্নবা পাউতাক কয়া পিখ্রবনি অদুবু করিশু থৌশাদনা মচাবু রাবকপগী মহুত্তা খঙশিন্নদনা ফত্তবা পুন্নমক কুপশিন্দুনা থমখি। মনিপুর ষ্টুদেন য়ুনিয়ন অমসুং এম-সু অমদি প্রিন্সিপালবু মচাদা বদনাম পি হায়দুনা থম্মোইনুংদা থোইনা হেন্নদুম শাওখি।

তোনস্না লৈকাইদুদা ইমুং মনুংশু ওইবা দুকান্দার অমা লৈরম্মী। দুকান্দার অদুনা মখোইগী ইমুং মনুংদো য়াম্না নুংশিনা লুনা তৌবতা নত্তনা অরাৎ অপাশু য়েংশিনবীদুনা মতেং হেক হেক পাংবি।

মহাক নোংমদি দুকান্দাব অদুগী মনাক্তা লাকখি। দুকান মনুংদা চংলক্লুনা রারী কযা শামিন্নখি। রাবী শানা শানা দুকান মনুংদুদা কোইচৎ

চৎলি অদুগা পোৎকী মমলসু হংলি। পোৎকী মমল হংনা হংনা মনীংগী কা অদোমদা চংখি। অদুগা মনীং থোঙগী পোবোন অনীদু তপ্না তপ্না চিংথরগা থনমখি। ঙহাক রাবী শারম্লগা লুপা মঙাগী মিথাই লৈরগা থোকখি।

তাঙ্গা অদুদা দুকান অদুগু পোৎ তম্বা ঙমদব মখৈ মীনা ক্রক ক্রক ইন্নখি। অসুম্না য়োনবা য়াবমখৈ যোল্লবা মতুংদা থোঙ লোনবা মতম যৌবক্রদুনা দুকান্দার অদুনা মমাঙ থোঙগী সতর অদু চিংথদুনা শোজাও অনিদু লোল্লম্মী। মনীংথোঙ অদুদি হাংদনা অদুম থম্বনিনা য়েংলমদনা ময়ুমদা অদুম হনখরে।

তোম্সনা থেঙলবা অহিং অদুদা অচিকপগী তাঙ্গা লৌদুনা দুকান্দুগী মনীংলোমদা রাখল তৌনা তৌনা চংখি। ঙশাইগী পোবোন অদু লোল্লমদ্রবদি ফগ্রনিদা। মখুৎ অনিদুনা থোঙ অদুদা নম্মী তপ্না হাইদোকখি। মহাক্না তুংলোমদা অমুক্তং হন্না যেংলম্লগা মনুংদা চংখি। অদুগা পিক্লবা তোসলাইট অমা কাপ্পুনা পাক্লি অদুদগী লুপা লিশিং য়াখৈগী বন্দল অমা ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লগা মনীংথোঙদু তপ্না তপ্না চিংশিনলম্লগা থোকখি।

অহিং অদু হৌখরে, নোংঙাল্লে। থোঙ হাংবা মতম যৌরদুনা দুকান্দার অদুনা থোঙ হাংখি। হেক চঙবগা পাক্লিদু হাংদুনা যেংখি। লুপা লিশিং যাখৈগী বন্দলদু লৈরমদবদগী মহাক শ্বায় লাউই, কোকচাওবী কাই। অদুম্না ঙহাক লৈবম্লগা মুন্না রাখল তৌবকই। ঙবাং তোম্সনানা দুকান মনুংদা কোইচৎ চৎলম্বদু খঙনিং নিংশীংলক্নুনা মনীংলোমদা চঙদুনা য়েংলুবদা মনীংথোঙগী পোবোন অনিদু চিংথরগা লৈরম্বা উরকখি। শোইদ্রে মহাক নত্তনা লৌবীনবা কনাগু লৈতে থম্মোইনুংদা খনখি।

দুকান্দারদুগী ইমুং মনুং অমদি লৈকাই পুম্নমক খংনরকখি, রা রা ঙাংনখি। মযাম চংশিল্লক্নুনা করম্না মাঙলিবনো হংনরকখি। হংবা লাক্লিবশিং অদুগী মনুংদা হুরানবা তোনস্না নুংঙাইতবা শাজিন্নদুনা হংলখি। চিংনরিবা হুরানবদু হেক উবদা দুকান্দারদু শাওবনা মমিৎ ই-কাখি অদুবু হেক হাইবদি ঙমদবনিনা খাঙদুনা লৈখি।

মী পুন্নমকনা ঙাংনখি, ইতিন তিন্নবা নক্রো মখোইগী ইমুং মনুংন' লৌবা ওইরমগনিদা, ইখঙ খঙনরপোৎনি, হুবানবা মী অদুসু, হেক হাইবা য়াদবদগী তুমিন্না লৈবা জাৎনিদা। অসুন্না ঙাংনা ঙাংনদুনা মীয়ামদু হন্নখ্রে।

হুরানবা অদুসু মঙোন্দা খবা চিংনবা মাল্লি খন্না খন্না অদুম হনখ্রে।

দুকান্দারদু ধর্ম্মগী মীনি, ইশ্বরদা পুক্নিং চিংশিল্লকখি। থম্মোইনুংদা হাইরি, "হে ইশ্বর! নঙনা তশেংনমক মরৈরবদি হুরানবসে অমুক্তংদি ৱারকপিয়ুকো" হায়দুনা খুরুমজে।

তোঙ্গনা য়াম্না নুংঙাইরি, মমল যাম্না যাম্লবা মফি মরোন শেৎ চাবি, অতাংবা মোবাইল ফোন লৈদুনা মনাকোংদা নপসিন্দুনা ফোন তৌবি পৈশা মযামদো খাই খাইদুনা নোংমা নোংমগী নেশা শিজিন্নরি। ড্রগ চাবা কাপ্পা য়ু থকপনচিংবা তৌদুনা নুংঙাইনা নেশাগী ঈপাক্তা তাওরি।

মহাক্না নোংমসু মীগী ফুবিৎখাওদগী পৈশা শৎলুবদগী থীনা ফুবিরক্তুনা লাইকন্নখি।

দুকান্দারদুনা হুরানবদু ফুরক্লে তাবদা কলক পেন্নখি, থম্মোইনুংদা খনখি। হুরানবগী তবানি মপুগীনা নোংমা মৈতৈগী পাউরৌ ওহোকনা চুমখ্রেদা।

তোঙ্গনা নোংমা ড্রগ দোজ হেঞ্জিন্না কাপলুবদগী ময়া কোঙ্গোল কাদুনা লেকথরকপদগী লাইকন্নবা ঙমদনা থরাই অদু কল্লবা নেশাগী ঈরৈনা চেম্ছখিদুনা পাকলবা নেশাগী ঈপাক্তা ঈরাক্লদুনা পুন্সিগী অরোইবা খোংচৎ ওইখি।

"ইমাগী ইবুঙো নুংশিবা, নপা খংহন্দা নয়াম্বশিং তাহন্দা ইমানা কনখৎ কনখত্তুনা লোক্তুনা থমলুবনা ইচাগী অরোইবা হাইবদু ওইরেদকো, ইমাবু কবি ওইরশিগে। ইচাদি ইমানা হাৎপনি, তেংথাদুনা থম্মোই শোক্না মচাবু কৌরদুনা কপ্লি।" *

# (৩)

# লান লোইদ্রি

সুনিতাগী মপুরোইবা সিফাইনি। মহাক জমু-কাসমিরদা মতম খরা লৈরিঙৈদা লানহৌবশিংগা কাপ্পবদা অদুম শিখরে।

মহাক্কী পুন্সি অরা চৈথেং খম থেংবীনি। মচা নুপী অনী লৈ। অমনা চহি অহুম-মরি অমনা মঙামুক ওইরমগনি। মচা নিঙোল অনীদু য়োক্লবা হোৎনবদা ললোল ইতিক তৌই মতম মতমগী চিলহাও থিদনা অরাবা কয়া খাঙদুনা থবক শুই। শুবা নোম্বা চৎপনা অয়াম্বা মতমদা য়ুমগী মখাদা লৈবা ফংজখিদে।

মতৈ ইবুঙো চন্দ্র অমসুং মচে থম্বাল অনিনা শুনিতাগী মরল-মথুম পুম্নমক মৎপা পামখি। মরম অসিনা মহাকপু মচা অনি পুরগা মপামদা হনখিনবা ফত্ত-শরৌ কয়া শীনবা হৌরকখি। লৈকাই তানবা "লমচৎ নাইদবী লুখ্রাবী নংনা নোঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা কদাইদা চৎলিবা নচা কোন্দুনা য়ুমদা লৈগেদি হাইদ্রদনা তুক্কচৈ ইখোলসিদা লৈবা য়ারোই থুনমক নপামদা চৎখ্রো" অসুন্না চৈ-থাংদুনা থীনা থীনা হাইদুনা বদনাম পী।

সুনিতা মচা অনী চেৎনা কোন্দুনা লরাইদা তারক্লিবা বজ্রগী কল্লবা রাখলগী মৈজাও মৈশাদো খাঙলি। থম্মোই শোক্না হিক্রা হিক্রা "ইমাগী ইবেম্মা ইমাবু করি ওইবসিগে, নপাদু লৈরম্লবদি অশিগুম্বা অরাবা থৌদোক অসি থোক্লমলোইদবনিকো" থম্মোইনুংদা খল্লি। অসুন্না অরাবা কয়া খাঙদুনা মপুন্সি লেল্লি।

নোংমগী নুমিৎ অমদা সুনিতাগী চৎথোকখ্রিঙৈদা তাঞ্জা য়েংদুনা মচে থম্বালনা মমল য়াম্লবা ইনফী অমা মহাক্কী উপুদা লোন্না হাপশিল্লম্মী। অদুগা ইনফি মাঙখ্রে হাইদুনা কোইথি থিজিন্নে, কোইরাং লাংই লৈকাই তানবা কন্না কন্না লাওই সুনিতাবোমদা ওনশিল্লগা হংলকখি "ফিদু নঙ লৌব্রা?"

"ইচে ঐদি কদাইদগী লৌগদগে, অতৈ ফি মরক্তকা য়েপ্পুনা লৈবমগনিদা।" সুনিতানা খুম্লকখি।

থম্বালনা হাইবকই, "চিনথিবী ঐনা চিংনবিসে নঙনিনে হৌজিক নঙগী উপ হাংদুনা য়েংবা তাবি," হাযদুনা ইমৃংদা চঙখি। উপু হংডি ইনফিদু পাইবগা থোক্লকই, হুবালবা নঙগা লৈমিংলবা ঙম্লবোই লৈকাই তিান্দ্রৈঙৌদা নচাশিং অমম পুদুনা নপামদা হনখ্রো। নঙকশমদু পাইদুনা ইন্দ্রিরৈঙৌদা চৎখ্রো। অথী অথীবা রাহে কযানা লাও-খোংদুনা লৈকাই তানবা চৈবকখি।

সুনিতা খবাইথক্কী লেম্লৈগুম অৱা মৈশা খাঙলি। অসুক তোনবা মপোক অমমুক লৈবমখিগদ্রা? থম্মোইনুংদা নোং খোংবগুম কপ্লি।

থম্বাল মপুবোইবগা লোন্না রাতানৈ। নিঙোল পোকপি লুখ্রাবি অসি নমদুনা তানগদবনি। হন্দক্তি থম্বাল ঐগী ইতিক খংহনগে। রাতানববা মতুংদা মহাক্না সনাগী লিক মবি অমা পিক্না চেক্সিন্না যোমশিল্লগা মী হাংবা তাঞ্জা যেংদুনা সুনিতাগী মোম্বাক মখাদা অমুকসু থমজিনবিখী। হন্না হন্না হুবানবী তাহনবীখি। কযাবক হন্না ওৎ-নৈবিখি। হুবানবিনী হাইদুনা তান্নোকপা যানবা লৈকাই খোমখি। অদুবু থম্বালগী ফত্তবা মবমচৎ মুন্না খঙবা লৈকাইনিনা কনা অমত্তসু লাকপিখিদে।

ওৎপা যাবমখৈ ওৎলম্লগা ফত্তবী থম্বাল ইকুই কুইদনা বী-পিগী অনাবা অমনা রাষ্ট্রবকপদগী লাইকন্নবা ঙমদনা অদুম শিখ্রে। মপুবোইবা চন্দ্রশু মতম খবা খৌনাওগী কেস্সবনা নাবম্লগা ঙন্না পুন্সি লোমখি।

ফত্রবা চন্দ্র অমদি থম্বালগী পিক্লিবা মচানুপা অনি থনমখি। হৌজিক শুনিতা অঙাং মবি য়োকপা তাবি।

শুনিতা নাম্মা ফাওবা কদাইনো খল্লিঙৌদা পাবোৎ লোনবা হাইবদু তৌবে।

নোংমগী নুমিৎনি, নুমিদাংৱাইবমগী মতম্লি মহাক মাঙ্গোল উখোংতেন্দা ঙাদুনা ফম্লগা ফুম্বংননা রাখল তৌবকই। ঐগীনা ইচা নিঙোল ঙাক্তনি, মখোইনা থনম্লিবা অসিনা নুপা ঙাক্তনি ফত্রবা মমা মপাগী মচানি মখোই অসিনা হযেং চাওবা মপুং ফাবগা করম তৌবকপা? থম্মোইনুংদা মথন্তা রাহং অমা হংজবি।

শুনিতা উংদুনা অশুম রাখল তৌবম্বদগী খোঞ্জেল থোক্লা শোষ্টাংননা, "লান লোইদ্রি"।*

## (৪)

# ঐগী পুন্সি কেমখ্রসনু

যমুনা মথোৎ কারক্লিবী মশক মতৌ ফজবী নুপীমচা অমনি মহাক মী হাৎলুবগী জেলদা চহি তবা ফাদোক তাদুনা লৈখি।

সনাযাইমা জেলদা লৈরিবা মীশিংগী চাক যেনবগী থবক তৌবা পাখং অমনি। মহাক্না কা খুদিংগী মথং মথং চঙদুনা চাক পিবম্লগা অরোইবদা যমুনাগী কা অদুদা চাক পীগদবগী তপ্না তপ্না চঙলকই।

যমুনা পাখঙ অদু হেক উবদা পাখংলম্মী, কোকচাওবী কাখি, লরাই শম চপ চপ য়ুংখি, হুমাং কাংখি। পাখংদুদা মমিৎ কুপ্তনা মুন্না যেংখি। অদুগা হৌব্রবা তমথিরবা থৌদোকশিংদু নিংশিংলকখি।

অদুক মশক মতৌ ফজখ্রবা ইং-তপ্না পাখঙ অদু মহাক্কী মমিত্তদি শাহিং চাবা হিংচাবা অমগী মতৌগুম উরি।

সনায়াইমা চাক পুসিল্লকই তেবল মথক্তা থম্লগা যমুনারোমদা ওন্সিল্লগা নুংশিববা মিৎয়েং অমনা য়েংলম্মী। ঙহাক য়েংলম্লগা মমাই লৈথোকখি। খোঙথাং তপ্না তপ্না থাংদুনা থোকখি।

যমুনা কিবনা ঙহাক অঙাওবীগুম রাখল চোইরুরবা তুংদা শূর শাংনা হোন্দোক্লগা চাগনি হায়বা কাওরুবা চাক্কু তপ্না তপ্না চারি। মহাক্না চানা চানা রাখল তৌরি "পাখং অদু মথম্মোই শেংবা, মিনুংশি লৈবা মীতা অমদি মানখ্রেদা. ............. . ... ।"

সনায়াইমা নুমিৎ খুদিংগী চাক পীবা লাকপদা নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংলম্বা নত্তনা করিমতা হাইরম হংলমদনা হনখিবা ঙাক্তনি।

যমুনা পাখংদুনা নোংমতা কবিগুম্বা রাহে অমত্তা হাইবা ঙমজখিদে। করম্বা মীওইনো হাইবদুদি খঙনীংবনা থম্মোইনুংদা লাঙতক্লখি।

নোংমগী নুমিৎনি, সনায়াইমনা হংলকই, "ইবেম্মা নহাক ইবুংবু চিংনগনুকো ইচলমক্কি খল্লিবনি শেংনা খুম্মুকো। করম্না হৌরকই

নঙগী পুন্সি, করম্বা থৌদোক্তগী জেল মনুংসিদা অসুক ৱানা লেপ্পম্লিবনো?"

যমুনা ৱাহংদু তাবদা মিৎলুদগী পিরাং চদুম চদুম শিন্থরকখি। মমাই মমিৎ পুমঙাং ঙাংখি, মখোল থক থক নিক্ল শোম্থাংননা খুম্মকখি। "ঙসিদী লাইবক থীরবী নচলগী পুন্সি ৱারিসে লিরগে, ইবুংগী নফমদা, মুন্না তারোকো।"

"ইতোমতা পোকই, ঐহাক্না পিক্লঙৈ চহি তরেৎ নিপালমুক্কী অদুৱাইদা লাইবক থীবা থৌদোক অমদগী ঐগী ইপাদো লৈখিদ্রে। মতম খরগী তুংদা তমথিরবা লাইনা অমনা নারকপদগী ইমাসু লায়েংবা ঙমদনা অদুম শোন্দুনা লৈখি। ইমা অমদি ঐহাক হিংদবদি য়াদবনিনা হিংনবা উপাই থিবা তাখি। ঐহাক ইনাকখুনবা ইমুং অমদা মীনাই ওইখি। মীনাই ওইবগী থবকপু শুরুগদ্রা, ইমা অশোনবীগী সেবাবু তৌগদ্রা ৱানা লেঞ্জখি। মতমদুদা মীনাই ওইবা চৎপনা অয়ুক নুংথিল অনিমক য়ুমগী মখাদা লৈবা ফংদবনা ঐহাকপু লমচৎ নাইদবী, শাজৎ চুমদবীনি মীয়াম্না ঙাংনবিখী। শাগৈনশু ইমা ইচাবু ইশ্থোকপীখি।

"নোংমগী নুমিৎনি, লাইবক থীবা থৌদোক্লি নুমিদাংগী পুং তরেৎ নিপালমুক তারকপা অদ্বাই মতমদা ইমা ইচাদা ঙাইরবা খাংপোকশং অদুদা অচিকপগী তাঞ্জা তৌদুনা মশক থঙদবা নুপা অমা চংলকখি। অদুগা ঐহাকপু নুপী ওইবীগী ইজৎ তেমশিংনরকখি। মতমদুদা ইমা অমদি ঐহাক্না কন্না লাও-খোংখি অদুমক্তদা অঙম তাল্লকখি। ইশাগী ইজৎ কন্নবগীদমক্তা চাকখুম শুরিনা নুপাদুদা থিনখি খুদক্তা অদুম্মক শিখি।

"মরাইবক থিরবী, মপুন্সিগী নুংঙাইবা শরুক ফংজবকত্রবী ইমা অশোনবীদুসু পাখৎপদগী ৱাম্থরক্তুনা খুদক্তা শিখি।

"অদুদগীদি লৈকাই তানরক্তুনা ৱা ৱা লাওনরকখি। মীয়াম মরক্তুদগী খরনা ঙাংনরকখি। লমচৎ নাইদবী, শাজৎ চুমদবী যমুনানা

মী হাৎলে মসিদা নত্তনা নুপী ময়াম হৌবক্তুনা খুন্নাই অসিগী নুপীশিংগী ইজ্জৎ মাংহনবীনি লেম্না থাবোইদবনি অসিনচিংবা অকনবা খোল্লাও কপা লাওনবকখি।

"অসুম্না ঙহাক কোইবাং লাংনকুববগী তুংদা থানা লাক্কুনা ঐহাকপু ফাখি। অদুদগী চহি তবা জেলদা ফাদোক পিখি।" রাবী অসি মহাক্না হেক লীবা লোইবগা হিক্রা হিক্রা কপথরকখি।

সনাযাইমা থম্মোইগী অরাবা পুন্নমক ফাজিন্দুনা মাইথোংদা মমি তাহন্দনা যমুনাবু থেমজিল্লকখি, "ইবুংগী ইবেম্মা অচুম্বগীদমক্তদি ইশ্বর লৈবি, ইশ্বরবু কাওগনু, অচুম্বগী মমাংদা অরানবনা কয়াম কুইনা লেপ্পা ঙমগনি। ইচলগীদমক নবুং ঐ লৈরি হাইবসে মতম পুন্নমক্তা কাওগনু" অসি হাইবম্লগা মহৌশাগী মতৌগুম নুশিনা যেংলম্লগা কা অদুদগী থোকখি।

যমুনাগী থম্মোইনুংদা খলহৌই। অকি তুজুংবনা থল্লবা তমথিববা মালেমসিদা নঙগুম্বা থম্মোই চাওবা, পুকচেল শেংবা মীওইশু লৈরম্লিবা .. . ........।

সনাযাইমা মথংগী নুমিত্তগীদি যমুনাগী মনাক্তা অদুম লাখিদ্রে। মহাক করি তৌখ্রবনো হাইবা খংদে।

নীংবা কাইববী যমুনা অহিংচুপ্পা তুমদনা রাখল তৌরি। মরাইবক থিরবী নুংঙাইবা শরুক ফংজদনা পুন্সি পন্দোল লোমখ্রবী ইমাদুগী থরায়দুনা করি খল্লমগনি, তোল্লবী নচা ঐনা নঙগীদমক্নি হাইদুনা হৈ-অমা, লৈ-অমখক্তং ফাওবা কৎপা ঙমজদেদা, নচাবু রাবৌবীগনুকো, তোল্লবী নচাগী পুন্সিসে জেল মনুংদা অসুম্মক লোইখিবনবু হেন্রা ফরপোৎনিদা. ...... ..।

সনায়াইমা অহিং কয়া তুমদনা মখুত্তা কলম পাইদুনা যমুনা লাইববী ইমুংদা পোক্কুনা অরা অনা কয়া থেংনজররুবশু পুকচেল শেংবী, রাখল চাওবী, লমচৎ ফজবী, হৌনখঙবী মৈতৈ চনু অমগী চপ চানা মগুন চেনবী, থৌনা ফবী নুপীমচা অমনি হাইবগী মরমদা

"মঙাল" হাইনা মিংথোনবা চেফোং অমদা যমুনাগী পুন্সি ৱারী মচা অমা ইথোক্তুনা হাপ্পকখি।

চেফোং অদু মীয়াম হুপ্পা যাম্না পাম্লনা পানখি। যমুনাগী পুন্সিগী ৱাবীদুসু থেংনখি, পানখি। পাকবা মীওই খুদিংমক্না মহাক লাঞ্জবদিনী, থম্মোই শেংবীনি হাইবা থংনবকখি অমসুং থম্মোই শোক্না নিঙমদনা শোন্নবকখি।

চেফোংদু জেল মনুং য়ৌখি। যমুনা মশামকশু পাখি "অইবা সনায়াইমা" হাইনা অরোইবদা ইবমখি। পাবা হেক লোইবগা চেফোংদু মথানুংদা চেৎনা কোন্সিল্লগা হিক্না হিক্না কপথবকখি। কপ্না কপ্না শোত্থাংনরকখি, শকহেনবা পাখংদু অমুক উনবা ফংগনি হাযবা থাজদ্রে। কৈদৌবনি, ঐগী পুন্সি কেমথ্রসনু জেল মনুংদা। *

# (৫)
# ইমা নত্তে

মধু চহি কুনিথোইমুক্কী পাখৎনি। য়াম্না লমহেনবা হাইবা ইন্দবা, শক কেংবা, মী উশিত্তবা নহা অমনি। মহাক লুখ্রাবী মচা চন্দ্রকংনাল হাইবদো চপ চানা হেক থোকই। মমানা পিক্লিঙৈদগী মপা লৈত্রবনি হাইদুনা কেনা য়োক্লকপনা লমহেনবা হাইবদো ওইখি।

মমা লুখ্রাবিদুনা লৌবুক্তা ফুদিৎ খপ্পী পেরুক য়েলাং হেক্তুনা কৈথেন্দা য়োল্লগা চেং রাল্লি। উপাই লৈরকত্রবদা লৈকাইদগী নিরগা লেল্লি। মহাক্না মমাগী অৱাবসি করিমত্তা উবিদে। লৈকাইদুগী ওক্তবা মমান্নবা খবগা নম্বব ফোর কাপ্লি, গুলি চাই ড্রগ শিজিন্নে।

খরা ফগদ্রা খন্দুনা মমা অমদি লৈকাইদুগী মীওইশিংগা তানদুনা মহাক কুন্দোলতা কৌবী নুপী অমা থিবিদুনা লুহোংখি।

লুহোংলবা মতুং মতম খবা লৈবগা মচানুপা অমা পোকখি, মচানুপাদু মপা মমাগী মমিং লৌবগা মধুশুন্দোল হাইনা থোনখি।

মধুশুন্দোলনা চহি অহুম-মবি শুবকপা অদুৱাইদা মপা মধু ঐচঃ আইঃ ভি পোজেতিপ ওইবকখি। লাইকন্নবা ঙমদনা অদুম শিখ্রে।

কুন্দোলতা মপুরোইবা কাইনবগী অৱা মৈশাগা লোইননা পিক্লিবা মচা অমদি শোল্লবা মনেম্পোক অনিমক যোকপা তাখি।

অঙকপনি নুপীওইবীগী পুকচেল, মতম খরা মচা অমদি মনেম সেবা তৌরম্লগা অতোপ্পা নুপা অমদা ময়ুম পানখ্রে।

মধুশুন্দোল শোল্লবী মবোকনা নাওকোন্দুনা চাওনবা য়োকখি। লৈকাইদুদা লৈবিবা মীওই খুদিংমক্না নুংশিবীদুনা মতেং যাম্না পাংবি, লৈত লাইবা কুপ্না যেংশিনবীদুনা মহাকপু চেক্সিন্না শেন্নবীখি। মসিদা নত্তনা লাইবিক লাইশু মতিক চানা তমহনখি।

মহাক হাইব ইনবা, পুকচেল শেংবা, অচুম্বা চৎপা নহা অমনি। মশিমক্না লৈকাইদুগী মীওইশিংনা যাম্না লুনা তৌবীবম্মী।

নোংমগী অথেংবা অহিংনি মবোক অশোনবীদু লোক লাইহৌ তৌদুনা নিংথম চনখি। অথেংবা অহিং ওইবনা মধুশুন্দোল তৌফম খংদ্রদুনা শিংতেক শিংনাং খবা মৈ হৌগত্তুনা মবোক্লা তিক্লবা হোৎনরি। মশা নুঙাইত্রবা মবোকনা মওল মওল খন্দুনা, ঐবু শিগদৌবিবরা কবিনো খংদে, নমা অফাওবীদুনা ইশুবু কোন্দুনা লৈবম্লবদি ইবোক অশুক রাবোইদবনি।

মধুশুন্দোলনা মবোকপু কোল্লগা কপ্পা কপ্পা হাইবকই। ইবোক, মহাক ঐগী ইমা নত্তে, অমুক পনবীরগনু। নঙ শিখিনুকো নঙনা শিখ্রবদি ঐ কনাগা লৈহৌগনি। মশু মবেন রানা অহিং অদু লোইখিবা ঙাইরি।

নোঙাল্লবদা য়ুম্লোন্নবদুনা খঙলকদগী হিদাক লাংথক লৈবিদুনা পিজ পিথক তৌবদগী করিশু থোইদোকপদি তৌখিদ্রে।

মতম্না অশুম অশুম হৌখিবনা মধুশুন্দোল পাখং মপুং ওইরে। মহাক লাইরিক লাইশুদা থরাই যাওবনা, অফবা ছাত্র ওইনা হৌবকপনা লৈকাই মীযাম্লা মহাকপু দিল্লীদা থাদুনা আইঃ এস পরিক্ষা থাহনখি। আইঃ এস ফংদুনা হল্লকখি। লৈকাই মীপুম খুদিংমক্লা থাগৎনবগা লোইননা হবাও তযাম্লা ওকখি।

অঙকপনি ইশ্বগী লিলা, মশুনুপাগী নুংঙাইরবা পাও অসি তারম্লগা, মপা লৈজবম্লবদি কয়াদা নুঙাইবমগনি শোল্লম্লগা অরাবা রাখল অমুক তৌবকপদগী শোল্লবী মবোক্তু খংহৌদনা রাম্থবপদগী অরোইবা ওইনা ইশ্বগী খুয়া তানখি। মশুনুপা তৌফম খংদনা অরা ঈপাক্তা ঈরাক্লখি।

মধুশুন্দোল অচৌবা ওফিসার ওইরদুনা মহাকপু শেম্বীরকপা লৈকাইদুগী মীওইশিং ঙম্বমখৈ মতেং পাংলগে খনখি। খনবগা লোইননা মতেং পাংবশু হৌবকখি। কুন্দোলতা করিগুম্বা থৌদোক অমদগী অকোনবা ময়ুম পাল্লুবা নুপাদুনা তাম্থোকপিরকপদগী চংজফম, লৈফম লৈত্রদুনা মচানুপা মধুশুন্দোলগী মফমদা চংজবকখি।

মমা হেক উবদা মধুশুন্দল অশাওবনা মৈ হৌখি। মমিৎ খানা য়েংলগা চৈরকখি, "লমচৎ নাইদবী মীনুংশি য়াওদবী, নঙদি ঐগী ইমা নত্তে। কুইরে ঐগী ইমাদি শিখিবা। কদাইদনো চৎখ্রো মফম অসিদা লমচৎ নাইদবীগী লৈফম লৈতে।" অথিবা ব্রাহৈ কয়ানা মচিল পেন্না চৈরকখি।

মমানা হন্না হন্না হাইজরকখি "ইমা লাল্লে, নঙনা চৈরি ঙাংলিবা পুন্নমক চুমই, ইমাবু অমুক্তদি ঙাকপিয়ু।

মমাগী ব্রাহৈশিংদু তাবদা মধুশুন্দোল মমিৎ অনিমক পিনা পিক থনখি। থম্মোইনুংদা নুংশি প্রেম্না অকনবা মৈরিগুম চাকখৎলকখি। চিবান্দনা হিংচাবগী খোঞ্জেল ওইবি।

মহাক্লা ঙহাক তুমীন্না ব্রাখল তৌরুবগা তপ্না মমাদা হাইবকখি, "ঐহাক্তি লৈকাই অসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্লা চাওনবা য়োকপিরকপনি। অদুগীগু মথক্তা লাইরিক লাইগু তমহন্দুনা মতিক চাবা মী অমা ওইনবা ব্রানা শেম্বীবকপনি। লৈবিবা মীপুম খুদিংমক ঐগী ইমা-ইপা ঙাক্তনি। লৈকাইসিগী মীওইশিংদা চংজৌ থৌজাল লৈবা ঙাক্তনি। নঙবু শোইদনা ঙাকপিরক্কনি। নঙদি ঐগী ইমা নত্তে।" *

# (৬)
# পাপকী মৈরি

**মতম** অমদা লৈবাক অমখক্তা নিংথৌ মচিন মনাও অনি লৈরম্মী। ময়াম্বদুনা লৈবাক অদুগী নিংথৌ ওইনা পাল্লম্মী। নিংথৌ ওইরিবা ময়াম্বা অসি মচা অমত্তা পোক্লমদে।

মনাওনুপাদুনা মচানুপা অমা নুপী অমা পোক্লম্মী। মবুকচেল চাওই, থম্মোই শেংই, মিনুংশি লৈ, কৎথোকপনা মশরুক ওই অমসুং মতম পুম্নমক্তা অফবা রাখলতা খল্লি।

ময়াম্বদু নিংথৌ ওইবগী নুংঙাইজববশু থম্মোইনুংদা অরাৎপা পেন্দবা অমদি অদুম লৈরম্মী। মহাক্না খল্লি মনাও নুপাদুদি মচা পোকপনিনা নোংমা নক্রগা নোংমদি নিংথৌ খুভম শোইদনা মুল্লখিনী মবম অসিনা মনাও নুপাবু হাৎলগে থম্মোইনুংদা চপ য়ুংনা খনখি।

নোংমদি নিংথৌ অদুনা মনাওনুপাবু মনাক্তা কৌবগা হাইবকই, "নঙ লৈবাক অসিদা লৈবা য়ারবোই চৎখ্রো"।

মনাওনুপাদুনা মমিত্তগী মপী তাদুনা মখোং পাইদুনা যাম্নুং ইবুঙো ননাওবু কদাইদা চত্নুনা কনাগী মফমদা চঙজদুনা পুন্সি লেল্লুগদগে ননাওবু ঙাকপিয়ু হন্না হন্না হাইজরকখি।

নিংথৌদু মনাওনুপাগী রাদু তারগা হেন্না হেন্নদুম শাওবা হেনগৎলকখি। ঐনা হাইবা য়াদ্রবদি নঙক কক্নুনা হাৎলনি হাইরদুনা, মখুৎ ওইনা লরাইগী শম পাই, মখুৎ যেৎনা নাকন্দগী থাংশাং শৎলি, রাংনা হাইগৎল্লি। থাংশাংদু হাইথরত্রিঙৈদা ঙহাক রাখল তৌরকই। হয়েং তুংগী মীরোল কয়ানা নিংথৌ ফমগীদমক মনাওনুপা হাংখি হাইনহৌবা তাখ্রে খল্লকখি। লরাইগী শম থাদোকই থাং অদু থাংখুমদা হঞ্জিনখি। অদুগা মখা তানা হাইরকই, "হৌজিকমক লৈবাক অসি থাদোক্নুনা চৎখ্রো নক্রবদি নঙক অদু কক্নুনা হাৎলনি।"

মনাওনুপানা য়াররোই খংলদুনা ময়াম্নুংগী চরন শোকনা খুৎম-জরম্নগা নুপী অঙাং পুদুনা মীরৈবাক্তা চৎখি অমসুং মিনাই ওইনা লেনখি।

নিংথৌদু মচা ফংলকত্রবদা ফংনবা উপাই থিরকখি মহাক্কী মনাই অচানবা য়াম্না হৈ-শিংবা অমা লৈরম্মী। নোংমদি মনাই অচানবদু কৌখৎখি অমসুং মপু মনাই রাতানখি।

নিংথৌ অদুনা হায়রকখি, "ঐনা থুপত্রবা মতুংদা ফম্বালথক্তা ফম্বিহৌনবা কনাগুু লৈত্রে, মরম অসিনা ইচা অমা পাম্মী করি উপাই তৌশিগে?"

মনাই অচানবদুনা হৈ-শিংনা হঙ্গৎচবকই, "ইনিংথৌ ইবুঙো অদুগীদমক্তদি করিগু রাবিরুগনু। নুমিৎ তরেৎনি শিব মহাদেব পুজা তৌরগা বর নিবিয়ু অদু ওইববদি শোইদনমক ইচা ফংবিগনি।"

নিংথৌ হরাওবনা ঙমখৈ লৈখিদ্রে। "নুঙাইরে ইনাই অচানবা হৌজিক্তি নবানয়াইদা অমুক হঞ্জখরো।" মনাই অদুগু হনখ্রে।

পুজাগী পোৎলম লাওদুনা নিংথৌ অমদি মহারানী অনিনা নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা পুজা তৌজখি।

পুজা অসি শিব মহাদেবগী মফমদা ফাওরকখি। মহাক্না কবি মবমগী পুজানো ধ্যান তৌদুনা য়েংবদা নিংথৌ মহারানী অনিনা মচা নিবিবা অদু খঙলকখি। মচা পিবা যাবরা যাদবরা হাইবদু অমুক হন্না ধ্যান তৌদুনা যেংখি। মচা পিবা যারমদ্রে মরমদি নিংথৌ অসি নহালমুক্কী মপোক্তা মচাবু মীরাযবা মীনুংশি খংদবা মপোক অমা ওইরম্মী। মসিমক্না মচা পিরবোই খনখি।

নোংমা নোংমগী পুজাগী থৌরম্না কনখিবনা মহাদেব খাংবা ঙমখিদে। মমৈথংদা মহাক্না অসুম্না খল্লকখি। নিংথৌ অসি মচা পিরগে নত্রবদি মহাদেব ঐ লৈরি হাইবসি তাইবঙপাল অসিদা লৈবিবা মীওইশিংনা খংলবোই। অসুম্না পুজাগী তরেৎনিগুবা নুমিৎ অদুদা মহাদেবনা আকাস বানি লাওথরকখি, "হে নিংথৌ নচা ফংজবো, নঙগী নীংবা থুংজবো।"

নিংথৌ অমসুং মহারানী অনিমক নুঙাইজবগী ঙমখৈ লৈখিদে। চিন্তাগী অরা পোৎলুম পুম্নমক কোকচখি।

মহাক্না মচা অমা ফংজগদবা ইকুই কুইরকত্রবা মতম অদুরাইদা

ফত্রবা রাখল অমা খল্লকখি। হন্দক পোক্কদৌরিবা অঙাং অসিনা নুপা ওইরক্লবদি নিংথৌ খুভম শিন্নগে, করিগুম্বদা নুপী ওইরক্লবদি উমংদা হুন্দোক্লুনা শা কৈগী মচিঞ্জাক ওইহনগে রাশকখি।

ইকুই কুইদনা বাজ-কন্যা অমা ফংজখি। পোক্লিবা অঙাংদু নুপীনি হেক তাবদা নিংথৌ শাওবনা মৈ হৌখি। খুদক্তা মনাই অচানবদু কৌখৎলি অরোনবা রাতানদুনা অথেংবা অহিংদুদা অঙাংদু মমা খঙহন্দনা হুরাল্লগা উমংদা হুন্দোকল্লুনবা মনাই অচানবদুনা পুখি।

মনাই অচানবদুনা অঙাংদু চেজেৎ কোম্পিলগা লম্বী চৎনা চৎনা রাখল তৌরকই। মরাইবক থীরবী অঙাং অসিবু করম্না উমংদা হুন্দোক্কদৌরিবা। মসিবু নিংথৌ অমগী রাখলনিকো। নুপানা কমদৌবা, নুপীনা করি ওইবা, নুপীনা লৈবাক ঙাকহৈদে হাইবা লৈব্রা? কনিগীনো অশুক হম্বুবা মিথয়েং থম্বীরিবা? কল্লিদা অকনবা, ঙমইদা অঙম্বা। মহাক্লা রাখল তৌনা তৌনা চৎপনা উমং য়ৌখিবা খঙহৌদে।

অমম অঙাল শিন্নরকপা নোংঙাল্লমদাই মতম্লি। অঙাং অদু উখোং অমদা ফিনা য়োমসিল্লগা তপ্না থম্বীরম্মী। অদুদগী মহাক তপ্না তপ্না খোংকাপ খরা হন্দোক্লগা মখোং থাংবা ঙম্লকত্রদুনা অঙাংলোমদা ওস্পিল্লগা থম্মোই শোক্লা নুংশিনা য়েংলি। তাঞ্জাদুদা মীখোল খরা তারকখি। মহাক্লা মীখোল তারকপদগী উজাও অমগী মরুমদা লৈশিন্দুনা লোন্না যেংলি।

অহিংচুপ্পা মমাগী খোম্লাং ফংজরকত্রবা অঙাং অদুনা মবুক লাম্লদুনা মখোং অনি কাওরদুনা হঙা-হঙা কন্না কপ্লক্লি।

লাইরবা ইমুংগী মতৈ মনাও অনি মম্লিঙৈদা হৌগৎত্নুনা নুমিৎ খুদিংগী উমংদুদা শীং চনবা হেক হেক চৎলি। মতৈ মনাও অনীদু মচা অমত্তা পোক্লমদে। নুমিৎ অদুগু মবানী উমংদুদা শীং চনবা লাকখি। নোঙাল্লমদাই মমগুক্লবা মতমদুদা অঙাং কপ্পগী খোঞ্জেল অমা মবানিনা তাখি। নুপীদুনা কিতক তৌদুনা খরা লাপ্না লৈহৌই, নুপাদুনা চঙশিন্দুনা অঙাং অদু য়েংখি। অঙাংদু হেক উবদা মহাক ঙকখি অমসুং নুঙাইবনা

ঙমখৈ লৈখিদে। মাগী নুপীদু কৌশিল্লগা হাইরকই, "নঙনা নচা অমতং ফংজরবদি হাইদুনা নুমিৎ খুদিংগী ইশ্বরবু খুরুমজদুনা নিজবদুদা পেনবীরদুনা, উমং লাইরেনবীনা থৌজালবিরবনি। ঙসিদি শিঙকা য়াল্লরোইশি অঙাংসে থোঙ্গৎপীগে পোসিল্লো থুনা য়ুম য়ৌনবা চৎহৌরশি।" শীংজনবা মতে মনাও অনিদুনা অঙাংদু ময়ুমদা পুখিদুনা মচা শক্লা য়োকচখি।

লুমদুনা যেংহৌরিবা নিংথৌ মনাইদুনা থম্মোইনুংদা খনখি। অশুক পুকচেল চাওবা মীওইশু লৈবাক অসিদা মরৈরম্মী। মীনুংশি যাওদ্রবা তমথিনা ফত্রবা নিংথৌ অদুদদি অমুক খংহনরোই। অশুন্না খল্লদুনা মনাই অচালবদু ময়ুমদা হনখি।

মতম খরা লৈববগী তুংদা শিব মহাদেবনা নিংথৌদু করম তৌরি খন্দুনা অমুক ধ্যান তৌদুনা যেংলকখি। ফত্রবা নিংথৌদুনা মচা রাজ-কৈন্যা অদুবু উমংদা লংথোকপা, শীংচনবা মতে মনাও অনীনা পুদুনা য়োকখিবা অমসুং মনাওনুপাবু তাম্বোক্তুনা মীরৈবাক্তা মীনাই ওইনা লেনখিবা, পুম্নমক মহাদেবগী ধ্যান অদুদা উবা ফংখি। মহাক মৈ হৌনা শাওখি, মমিৎ ই-কাখি। নুপীবু মীওইবনি হাইনা খঙ্বা ঙমদবা, অদুক হঙ্বা মিৎয়েং থম্বা, নচা ননাওদা অদুক তমথিনা ওৎ-নৈবা, মহা পাপ্পী নঙদি অরা ঈপাক্তা তাওদুনা নপুঙ্গিদু লেনবা ওইয়ুকো কল্লবা শাপ তৌরকখি।

অমরোমদা শীংজনবা শীংজনবী অনিদুবুদি অরাবা পুম্নমক কোকচরো, নুঙাইবনা নশরুক ওইজরো মপোক কয়াদা নচা-নশু ফংজদুনা নুঙাইনা পানবা ওইজরোকো বব পিবীখি।

শাপ ফংলবা ফত্রবা নিংথৌদু নোংমা নোংমগী পাপকী মৈরিনা লেপ্পা লৈতনা অশুম অশুম চাকখৎলক্তুনা অঙাওবগী মতৌগুম পাপকী মৈরিলক্তা অরা মৈশা থাংদুনা রানা পুঙ্গি লেনখি। *

(৭)

# লিথোকখিদ্রবা মগুলান্দুগী ৱারী

**তোমপোক** জুৱারদা থৱায় য়াম্না য়াওজথা নুপা অমনি। মপা মপুনা থম্বীরম্বা মান-চাং পুম্নমক কায় কায়দুনা থাবা লোইরদুনা মাগী নুপীগী মফি মরোল ফাওবা হুরগা থাদোকই।

নোংমা রানীতোম্বী মপুরোইবগা থীনা খৎনখি। ঙহাক খৎনররগা তুংদা তোমপোক্না ৱাখল ফাথরগা ফরে নঙনা য়াদ্রবনিনা জুৱার অসি তোক্লগে হয়েংদগী লংফে চত্তুনা শেল তাম্লগে হাইরকখি।

মহাক্না খনখি জুৱার ৱালানবু অশেংবা ঙাংবা হৌনদে লংফে চৎপনি হায়জিল্লগা মাগী হৈনবীদু অদুম তৌদৌরিপোৎনি। ইপুরোইবা ওইজরবশু হু-পিজদুনা হাত্তোকপনবু হেন্না ফরপোৎনি খন্ন খন্না তুমথখি।

তোমপোক চৎনবা শেমশাবা লোইবে। রানীতোম্বীনা হু-তোৎলবা চাক চয়োম অমা চেকশিন্না যোম্লগা পী অদুগা হাইরকই, “ইবুঙো মঙোল ওইরকউকো চয়োমসে ৱারবা মতমদা চাওকো,” পুমেন পাওমেন্নরকখি।

চয়োম অদু পাইবগা তোমপোক থোকখি। মহাক্না লম্বী চৎনা চৎনা ৱাখল তৌবকখি। উমং অসি ফাওরগা অচৌবা সহর অমা লৈ। অদুদা অফংবা থবক অমা হেক্তা শুরুরগে খনখি। অশুম অশুম চৎপনা উমং অদু তথাই চল্লকপা অদুরাইদা মহাক ৱাবনা মশাদু চোকথরম্মী। উখোং অমদা অৱা পোথাবা ওইনা ফমদুনা শখল তৌরকই। ৱাখল তৌনা তৌনা চযোম অসি চারসিরা খল্লকই। ঙহাক খল্লবা তুংদা ৱারবসু ৱানা হোবেন নুমিদাংৱাইবম ওইনা চারগে অহিংদুমা লেনবা য়ানবা। অশুন্না খন্ন খন্না ৱামনবনা মহাক উইথরকখি অমসুং মিকপ অমা নাখোক্তুনা কন্না তুমথখি।

মহাক্না কন্না তুম্লিঙৈ তঞ্জাসিদা চাওরবা কল্লবা শামু লাবা

অমনা মহাক্কী হু-তোৎলবা চয়োমদু চাথোকখিরম্মী। ঙহাক লৈরবা মতুংদা শামু অদু হুগী মযাইনা ঙাওরদুনা তুগদবগী মশাদু পুমহাই হাইরম্মী।

তঙ্গা চানা তোমপোক মীকপ খংথোক থোক্লকখি। মহাক্কী চযোমদু শামুদুনা চাথোকখ্রে হাইব খংলকখি। মহাক অশাওবনা ই-কাখি, চেনশিন্দুনা শামুদুদা খুতুম্না শুখি। শামুদু লৈবাক্কুগী নিংথৌগীনি। মনাই অনিনা উমং অদুদা শেনবনি।

তোমপোক্না শামু খুতুম্না শুদুনা হাৎপদু নিংথৌ মনাই অনিদুনা উখি। মনাই অমনা হাইবকই, শামু হাৎপা নুপা অসি ফুরসি, অমনা খুম্লকই। খুতুম্না শুদুনা শামু হাৎপা ঙম্বা নুপা অসিবু ইবানীনা কবম্না ফুগদৌবিবনো? কান্নদে সনা কোনুং য়ৌরসি নিংথৌদা হঙ্গৎলুবসি। ৱাতানবদুনা মনাই অনিদু কোনুং যৌখি অমসুং পাওদমজখি।

নিংথৌনা মনাই মযাম থাবক্কুনা শামু হাৎপা নুপাদু ফাদুনা কোনুংদা পোবকখি। মহাক্না হংখি, করিগীদমক শামুদু হাৎলিবনো?

তোমপোক্না "ইনিংথৌ ইবুঙো, ননাই শেংনা পাওদমজগে" হাইরদুনা শামুনা চযোম চাখিবগী ৱাবিশিংদু মবিক চুম্না লিখি। মবম অসিদগী ননাই ঐনা শাওমনখিবদগী শামুদুদা খুতুম্না পংশুদা শুবরুবদগী শিদোকখ্রে ননাইবু ঙাকপীয়ু হাইজখি।

মহাক্কী পাওদুমদু তারগা নিংথৌনা ঙহাক তুমিন্না ৱাখল তৌরুরগা হাইবকই। ফবে শামুদু শিজখ্রসনু। নঙ ঙসিদগী ঐগী ইনাই ওইবগদবনি অদুগা মতম মতমগী ওইনা অৱা তেংবাংগদবনি অসি হাইরগা থৌনা ফবগী মনা ওইনা লুপা খাউজাও অমা পীরগা ময়ুমদা হলহনখি।

মতম খরগী তুংদা লৈবাক অদুদা কৈজাও অমনা অহিং খুদিংগী পালী নাইনা শঙ্গোলদগী ষণ অমমম হাত্তুনা চারম্মী। লৈবাক প্রজা পুম্নমক হৌদুনা ফাবিয়ু হাইদুনা নিংথৌদা ৱাকৎলম্মী।

নিংথৌনা শামু হাৎপা অকনবা নুপাদো কৌখৎলগা, নহাক

ঙসি অহিং অসিদা পালি নাইনা ষণ চারিবা কৈ অদু ফাগদবনি, যাথং তৌরকখি।

ইনিংথৌগী য়াথং হিক্তোকচবোই তোমপোক্না খুম্নকখি। চিনবালথোংদা হাইবগী রানি, থম্মোইনুংদদি অরাবগী মশক ওইরি।

মহাক অহিংদু তুম্বা য়াদনা ফমুংদা ফিরুপ খুমদুনা রাখল তৌনা হিপ্লি। হৌজিকপু কদাইদগী কৈ অমুক ফারুনি। নিংথৌগী চৈরাক ফংলবশু অদুমঙাইবে খল্লি। অহিং অদু মহাক্কী শঙ্গোলদা কৈদু চংলকখি। ষণশিংদু গুরুং গুরুং লাংবগী মখোল তাখি। রাইগনবী ষণবীদুনা রাইবা ওইরমগনি খন্দুনা মপাল থোক্লকখি। অদুগা শঙ্গোল তম্না চংখি। মানা চংলকপদা কৈদু পাকথদুনা লৈরি। মসিগী অবাংবীসে পুল্লমদ্রবোইবে ঙাং ঙাংদুনা কৈদু মঙক্তা কোন্থৌবি হুকচিন্দুনা পুন্সিল্লমগা মহাক হজিন্দুনা ফমুংদা অমুক হিপথখি।

অহিংদু হৌখ্রে, নোংঙাল্লে। তোমপোক রাখলনা উংখিদুনা হৌগৎকনি খংদনা হিপ্তুনা লৈবি।

অয়ুক অঙনবদুদা লৈবাক্কুগী প্রজা মিয়াম তোমপোক্কী ময়ুমদা লাকখি। শঙ্গোলদা পুন্দুনা লৈবিবা কৈজাওদু প্রজা মীযামদুনা উখি। পুম্নমক্না হবাওনখি। কনবা জাৎনি, ঙম্বা জাৎনি থাগৎনখি।

মযাম ঙাংনরকপদু তাবদা মহাক্না কিবনা থক থক নিকখি। ঐনা ফাবম্লিবদু কৈ ওইবে শিবমনিদা খন্দুনা ফিরুপ খুমজিন্দুনা হুমাং অনপ্লি কারি।

ময়ামদুগী মরক্তগী নুপা অমনা হাইরকই। "ইবুঙো তোমপোক, নঙনা ফাবম্লিবা কৈসে পুবরো নিংথৌদা কৎলুরসি।"

তোমপোক কিবনা নিক্লিবা খোঞ্জেলদু ফাজিল্লগা ফমুংদগী লাওরকই, ফাবিববা অদুমক্তদা পুবা ঙমদ্রবদি তোকচরো।

নুপা অমনা অমুক হাইরকখি। কনখ্রবা মাগা মান্নরক্সবদি নাতৈ চাররোই। ঐখোই ময়াম চঙদুনা পৌ-নমদুনা ফারগা পুখ্রসি খন্নবদুনা মীযাম চংদুনা কৈদু ফারগা পুখি অমসুং নিংথৌদা কৎখি।

তোমপোক অমুক হন্না নিংথৌদুনা মনা মথুম চাওনা পিখি। মতম ইকুই কুইদনা লোন্নবা লৈবাক অমনা লান্দারকখি। লাম্ছেংনবা তাখি। অঙম অথৌ, লৈবাক প্রজা পুম্নমক্না রাতানরবা তুংদা নিংথৌদুনা তোমপোক কৌখৎলগা হাইরকখি। হন্দক্কী লানসে থেংনদবা য়াদ্রে, নংনা পুগদবা খোংমী লানমী, বোম তোপ, শগোল শামু রাত্তনা পীগদৌরিবনি। অদুগা নঙগী অপাম্বসু হাইয়ু। করিগুম্বা হন্দক্কী লান অসি নঙনা মাই পাক্কুনা লানঙম ফিরাল পুরক্লবদি লৈবাক তথ্বাই অমা পিদুনা নিংথৌ হাপকদৌরিবনি।

তোমপোক রাহৈশিংদু তাবদা হন্দক্তি ঐহাক্কী অরোইবা হাইবদো ওইবা তারমালে পুঙমদ্রবা অরাবা রাখলনা ঙহাক ফুম্বঙনরুগা খুম্লকখি। ইনিংথৌগী য়াথং হিক্তোকচরোই। ঐহাক খোংমী লানমী অমত্তা পুজরোই শগোল অমগা থাঙশাং অমখক্তংগা পীবিয়ু লাইবক য়েংজরুগে।

নিংথৌনা শগোল অমসুং থাঙশাং পীরে। মহাক শগোল মথক্তা কাখৎখরে। চুপ্পি ওইনা পায়, থাঙশাং যেৎনা পাই। থাঙশাংদু হাইগৎলগা উরু-রু উংদুনা শগোল য়াংনা থৌজিলখি, য়েক্লবগী লানবল তম্না। নুংশিৎকী মমাং থানা যাংনা থৌরকপসিনা য়েক্লবগী লানবন য়ৌগদবা খরা রাৎলিঙৈ তাঙ্জাসিদা কল্লবা য়ুহার অমা হারকখি। পৃথিবী থক থক নিকখি অমসুং ফনা কুইনা হাখি। লম্বী মপান্দা হৌরম্বা উজাও, লাইওইরবা খোংনাং পাম্বীনচিংবা উ-কয়া তুখি। য়ুম-কৈ কয়া তেকখি, ফুবা দলান কয়ামসু নিংখাইখি।

যেক্লবগী লানবন্দুদা লৈবিবা লানমী পুম্নমক্না শগোল থৌরক্লিবা থাঙশাং পাইবা নুপাদু উরকখি। লৈরম্লিবা লানমীশিংদুনা হাইনখি। মখোইগী লৈবাক্তুদা অকনবা নুপা অমা লৈ হাইবদু শোইদনা ওইরমগনি মহাক মথক্তা লাকপদা পৃথি নিক্লবা, উজাও ময়াম তুরবা, য়ুম-কৈ, ফুরা দলান নিংখাইরবা অসিনদি ঐখোই করম

*তৌশিগে, লৈবাক প্রজা, নিংথৌ য়াওনা খন্নরবা মতুংদা লান তোক্রসি, সরেন্দর তৌরসি হাইনা য়ারেপ লৌখি।*

শোমদনা তোমপোক লেপ্পা লৈতনা লানবল তম্না শগোল কন্না থৌজিল্লক্লি। মহাক্না লানবল হেক য়ৌবগা য়েক্নবগী নিংথৌ অমসুং লানমীশিংনা কন্না কন্না লাওরকখি সরেন্দর, সরেন্দর.................... ।

লাইবক ফবা তোমপোক লানঙম ফিরাল থেক্তুনা মরৈবাক্তা হল্লকখি। লৈবাক তখাই ফংদুনা নিংথৌ ওইখি।

মপুরোইবনা নিংথৌ ওইরবদা রানীতোম্বী মহারানীগী নুঙাইরবা ঈপাক্তা তাওজখি। মনাইনুবী মযাম্না কোইশন্দুনা অয়ুক নুংথিল, নুমিদাং পালি নাইনা সেবা তৌখি। কোনুংগী নুঙাইরবা মঙলানগী ঈপাক্তুদা তাওরিঙৈদা মিকপ খংথোক থোকখি।

মহাক্না মিকপ হেক থোকপগা মহারানী ওইবগী নুঙাইবদু ঙহাক খল্লম্লগা মপুরোইববু ফত্তে, ওক্তে হাইদুনা হু-পিজদুনা হাংকে থৌরাংলুবা লীথোকপা য়াবা নত্তে। মংলান্দুগী য়ারী অদু লিথোকপা যাবা নত্তে হায়না খল্লকই। *

# (৮)
# নাপলগী আশা

**সুন্দর** অমসুং সুন্দরি মচা অমত্তা পোক্তবনা নুঙাইতবা রাখল্না হেক হেক চিন্তা তৌরি। সুন্দরিনা খরমুক হেল্লি চিন্তা তৌবা। মপুরোইবনা মহাক্কী মতৌদু উবদা নুঙাইত্রদুনা অফবা ডাক্তর কয়া তানদুনা য়েংই। ডাক্তরনা মবানিগী চহি হংবদা খরা লিতক লিতক তৌরম্বদুদা লাইবক য়েংসি হাইরদুনা হিদাক খরা ইরগা পিরকই।

সুন্দরিনা লাইবক য়েংসি হাইবা ডাক্তরগী লোন্দদুদা অমুক্কা হেন্না খোইরাঙখি। হিদাক লাংথক কয়া চাখি অদুবু কান্নবদি করিমত্তা ফংখিদ্রে।

মীয়াম ব্রা ব্রা ঙাংনরকই, লোক্তাক প্রোজেক্তা মন্দির মচা অমা শাদুনা লৈবনি, মদুগী লাইদু খুরুমদুনা মচা নিজরবদি হেক্তা ফংই। ঙাংনবদু তাবদা হেক্তা চৎলি, অজা-পুজাগী পোৎলম পুদুনা খুরুমজরুই, নিজরুই করিগু কান্নদে অরেম্বা তাদুনা মতোকই। খরা লৈরগা নোংপোক্রোমদা মাইবী লাইনৌ অমা ফাওগৎলক্লি মাগী লাইদুবু খুরুমজরবদি শোইদনা মচা হেক্তা ফংই হাইনরকপদগী অমুক চৎলি, খুরুমজরুই করিগু কান্নবা ফংখিদে। পংলাপ লাঙনা তিনবু লাইবুবা ওইনা তৌবা মাইবা শাবা অহল অমা লৈরম্মী। মাশ য়াম্না ফৈ, চুম্মী হাইনরকপদগী নোংমা সুন্দরনা চত্তুনা উনরুই, রাতানরুই।

মাইবদুনা হাইরকই, "পুর্নিমা নুমিত্তা খুরুমগদবনি ধুপ থাওমৈ, পান্না তাঙ্গা, হৈরুক, ঈশিং অশেংবা খুজাই অমা লাংলম্মু। হন্দক থাগী পুর্নিমা নুমিৎ অসিগী অথেঙবা অহিং মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদা খুরুমগদনি।"

সুন্দর মাইবগী মনাক্তগী হেক হল্লকপগা মাগী লোইনবীদা পাওদমখি। মখা তারকই, "হন্দক্কী মাইবসিদি মপা চুমদৌ মাল্লিহে।"

সুন্দরি মপুরোইবগী পাওদম তাবদা হরাওকা লোইননা খুৎ থেক্কুনা পুনিমা নুমিৎ পারি, অদুগা হাইরকই ঙসিমক ওইহননিংইদা।

নোংমা নোংমা হৌখিবনা নুমিৎ অদু য়ৌরদুনা অথেংবা অহিংদুদা তুলশিবোং রাই তৈথোক্লুনা পুজাগী পোৎলম পুল্লমক থারে। মাইবদুনা নাকল অমদা, সুন্দর অমসুং সুন্দরি অনিনা নাকল অমরোমদা মখোই অহুম ফমিন্নরগা, মাইবদুনা হাইরকই, "নবানীমক অতিয়ায়াসিদা য়েংখৎলু অদুগা অপাম্বা খোইদবা থরালমিচাক অমা খল্লু। থম্মোই শেংনা থৌনিজদুনা নচা নিজৌ।" মসি হাইরগা মাইবদুসু মুরুম মরুম লাইশোল খরা শোল্লি। ওহাক শোল্লবা তুংদা "য়ারে য়ারে য়াম্না ফবা শাখিনা ফংই, হন্দক্তি মঙ্গল ওইরনিদা" অসি হাইরগা পুজা লোইরদুনা মাইবদু মযুমদা হনখ্রে।

অসুম্না খুরুম্বা য়াবমখৈ খুরুম্বনা লাইথোং শুরে। খোংবাল্লাই তিনখাকফাওবা খুরুম্বাইদো য়ৌরে। অমাইবা অমাইবীশিংনা পৈশা তেঙ্গোল তেঙ্গোল লৌখিবা নত্তনা করিশু কান্নবা ফংখিদ্রে।

সুন্দর অমসুং মহাক্কী লোইনবী লৌ-ইখোল শুবা য়াম্না কল্লি, থবকশুবদা অরা অনা থিদে। চীংজিলগী মতম্লি নুমিৎ খুদিংগী লৌবুক চত্তুনা হাবেংবনচিংবা তৌদুনা য়াম্না কন্না হোৎনৈ। নোংমদি সুন্দরি লৌ হাবেংলুবগী নুংশা মরক্তুদা শাটিন অমনবা অমা খল্লদুনা লৌকারকই। লৌয়াই অদুদা পিক্তক তৌবা লৌখোং মচা অমা চেল্লি। লৌখোংদুদা লৈকাইদুগী নুপা অমা খোই চোক্লুনা লৈরম্মী নুপাদুনা করেম্নরদুনা হাইরকই, "ইবেম্মা নঙনা অদুক রানা শু-নোম্নিবদুবু কনানা চাবিনবনো, নচা নশু অমা লৈবশু নত্তবা..............."।

সুন্দরি লৌ-শুরুবগী খরগা রাবনে নুংশানগা শাবনে নুপাদুগী রাহৈশিংদু তাবদা শাওনিংবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। রাখল নুঙাইতনা শাওনিং শাওনিং মবুক্লিং নুংশিনা করিমতা খুম্নমদনা মযুম য়ৌরকখি। মযুম হেক য়ৌবগা শাটিন্দু থুপচিল্লগা মাঙ্গোল কাচিন্দা ঙাসিল্লগা দারীদা মখোং য়াম্বদুনা ফম্লগা নুঙাইতবা রাখলগী পরিং চৎথরক্লি। তোল্লবীনি খনবরা, অঙাওবীশুম উবরা? অপু-নবা রাখল অমদা অশুম খন্ন খন্না হৌখ্রবা থৌদোক কয়াশু নিংশিংলক্লি। মখোইগী

অৱাংথংবা য়ুমদুদা নিঙোল অমা লুহোংখি। মদুদা মচা পোক্তবী মীয়াই চল্লবী মশক মতৌ ফজরবী মৌ অমনা ময়া ওকখি। লুহোংগ্লবা নুপীদো মচা পোকখিদে। ডাক্তরনগু অশোইবা অমা লৈনদগী পোক্লরোই হাইগ্লবনি। অদুবু মীওই খরনদি, অনি তিন্না অহুম পুন চাবোক্তবীনা ময়া ওকখিবদুনা পোকত্রিবনি ঙাংনবীখি। মসিমক্তি মহাক্কী থম্মোইনা য়াজনিংদে, চাবোক্তবীগী দান লৎনবীবা অসিমক মহাক্না ৱারৌজরি।

সুন্দর লৌবুক্তা খবা চোহুনা থবক শুহৌবা অদুগু কারক্কুনা ময়ুম য়ৌরক্লে। অদুগা সুন্দরিদা হাইরকই,। "কৈদৌরে হৌজিক ফাওবা ইরুজরমদ্রিবদি, লাকও লুজরুরসি" হাইদুনা মবানী ইরুজথোক্কুনা চাক চামিন্নরগা ৱারুবগী ঙহাক ঙহাক পোথানখি। অদুবু সুন্দরিদী নুঙাইতবা ৱাখলনা পোৎথাফম খংদে।

নোংমগী নুমিদাংনি সুন্দরি চাক লোইরদুনা মপুরোইবগা চাক চামিন্নরি। মহাক্কী নাকল অমদা মশক মতৌ ফজরবী য়াম্না নুংশিবী হৌদোং মমা মচাসু ঙা তোক্তুনা চাক থাবি। মচাদুনা মমাদুদা নপসিল্লগা ঙা-থেংদুনা কেনা চাক চামিন্নরি। নাকল অমরোমদনা পিক্তক তৌনা ঙৌরোক ঙৌবা ফজগ্লবা পোকেট দোগ অমগু চাক পিজরি। পিক্তক তৌবা চাকখুমদো পুংফুল ফুনবগুম তৌরি। মহাক্না চাক চানা চানা হৌদোং মমা মচাদুদা ওন্সিল্লগা হাইরকই, "ইবেম্মা নমা নচাদি নুঙাইজরিনীদা, ঐগীগু ইচা অমতগু লৈজরম্লবদি ইতমপাকসিদা পমদুনা নখোইগী নমাঙসিদা লেন্না লেন্না চাক ইল্লমগদবনি।"

সুন্দর মাগী মতৌ উবদা, ৱাঙাং তাবদা থম্মোইদা তাসোন্না খিনবগুম তৌরি, ৱাদি ঙাংদে।

সুন্দবিনা মপুবোইবদা অমুক ওন্সিল্লগা হাইরকই। "মোই-ববা ঙসিদি ৱা অমত্তা হাইগে, শাওদি শাওরক্কনুকো।"

"অমত্তা নত্তে, হাইনিংবমখৈ হাইম্ন, নঙনা হাইববু করিগী শাওদৌরিবা।"

"নুপী অমা থিরো, অদু ওইববদি ঐখোইশু ইমিত্তা ইচা উজরনি শাগৈশু মুৎলরোই..............।"

"ইবেম্মা রারেম তৌরনু ঐদি ঙম্লোই, নুপী লোল্লুবা নুপাশিংনা মকোক্তা দশাগী পোৎলুম পুদুনা চৎলিবশিং অসি নঙসু উর-তারবা নত্রা?" খোন খরা কল্লপ্না হাইরকখি।

সুন্দরি ইকাই নুংশি য়ান্ননা মখা তাদনা তুমিন্না অদুম লৈখ্রে।

অহিংদো মবানি পঙাং ঙাংনরগা রারেপ তাদনা অদুম হৌখ্রে।

অরাং লৈকাইগী তোন্দোল মচানুপা অহুম পোকই হাইদুনা ফুতানি তৌই। মী কয়া উশিত্তনা কবেম কথাইনগনবা নুপা অমনি। মহাক্না সুন্দরবু মচা পোক্তবনি হাইদুনা হেক হেক করেম কথাইনবী। মহাক্কী মতৌদুদা সুন্দবগী থম্মোয় পেঞ্জদে অমসুং লৈকাইদুনশু কয়া নুংশিদে।

মহাক্কী মচানুপা অহলদুনা নোংঙানবদগী শোবোক লমজাও থোক্তুনা, লমপাক মচিদা ফমদুনা রাবেম ঙাঙবা কাঙবুশিংগা রারেম শুবমখৈ শুরুরগা হজিল্লক্লগা চাক পুখম অমা হাওই হাওতে ঙাং ঙাংদুনা চাথোক্লগা নুংথিল তুম্বমখৈ তুম্লগা নুমিদাংল্লাইরম অমুক কোইবা চৎলি। অসুম্না নুমিৎ খুদিংগী দিন লেন্দুনা লৈবা মচানি।

মচানুপা অনিদুনা কদোমদা চৎখ্রবা, কদাইদা লৈরিবা মফম খঙদনা মাঙখিবা কুইরে। মমা মপা অনিমক চাক ঈশিং চঙদে, তুম্বা হিপ্পা য়াদে। অরা পোৎলুম পুরি, মচাশিংগী খনবদা। মমাদুনা মচা কাইনরবী ষণবীগুম অহিংচুপ্পা তেংথাদুনা মচাবু কৌদুনা কপচল্লি।

মতম খরা লৈরবগী তুংদা য়ারোইচীংদা নহা অমা সিনা তাদুনা লৈরম্রে, শাংনরকপদগী তোন্দোলনা চত্তুনা য়েংলুবদা মচানুপা য়াইমদু শুইরম্রে। মচা অমা লৈখিদবগী অরা চৈনা কোকত্রিঙে চৈরকসিদা ইকুই কুইদনা মচানুপা অতোনবা অদুসু দিল্লী পুলিসনা ফাদুনা জেলদা লৈরে হাইবা পাও তারকখি। কনাদা করি তৌরম্বদগী হাথলিবা, অমনা কমদৌনা জেলদা লৈরিবা, অদুম মফম মরাং খংখিদ্রে।

তোন্দোল মচানুপা অহুম পোকই হাইদুনা শাগৎচরম্বা নাপলগী আশা পুম্নমক খুদক্তা লোইখি। *

# (৯)

## লানবুগু ওইরমগনিদা

**মোহোন** লাইরবগী গুমথৈ খমথেংনা রাবা নুপা অমনি। ই-না কুপ্পা য়ুমদো পংথরক্লুনা মচি মচি হোরি, উচেক মখোঙ পুংথরে, ফক্লাং মচেৎ মচেৎ নীংখাইরে, য়েংবদা য়ুম মাদ্রে।

মহাক রা চাউনা চাউনা ভাংই, শেন-থুমগীদমক্তা ভাংনরবগু লাক পতিগী রা ভাক্তনি। রাজাও ভাংবনা মাগী পামজবা অমসুং নুঙাইজবিনী। চাওরপ চাওরপ ভাংবদগু য়াম্না পকচৈ। মরুপ মপাং অমদি লৈকাইদুগী মীওইশিংনা রাজাও ভাংবা হাইনগু খঙনৈ। লাইরজরবগু ইজৎ লৈনা হিংবা ভাংথোরকপদগু অরা অনা য়াওদবা রাখল চাওবা পুকচেল শেংবা নুপা অমনি।

পুন্নমকসি ওইদুনগু শুবা নোম্বা য়াম্না কনবা মচাশিংবু মীওইনবা শেম্বদা মবুক্লিং চংবা মীওইনি। থবক শুবদা চিলহাও থিদে, মানবু হৈবা ঙম্বা ওইরবদি হেক্তা শুই। মাগী নুপী ইবেতোন য়াম্না শুনিং-নোম্লিংই, চেংকোক তকই, কৈথেল কাদুনা নোংমগী খরতা ওইরবগু ফংনবা কন্না হোৎনৈ। অদুবু লাইবক থিবদি লাইনা চেল্লি, মপাঙ্গল শোল্লি।

মচানুপা ইবোহল লাইরিক লাইগু থোইদোক্না ফগুবা তৌদে, বি, এ পাস তৌরে। মচলনুপী অনীদুদি হাইস্কুল তম্লি।

ইবোহল লাইরবা ইমুংদা পোকচরবগু মমা মপানা কে-মৌনা য়োকপনা থবক য়েঙ্খাং শুবদি হৈনদে। অদুবু মমা মশাগী মতেং ওইনবা সরকারগী থবক মচা অমতং ফংলবদি হায়ইদুনা নোংঙ্গানবগা থবক থিরিবনি হাইদুনা হেক্তা চংখি। য়ুমগী মতেং ফরিমগা পাংদে। মচলনুপী অনিদুনা মমা মপাগী মতেং ওইনবা অমসুং মশা মশাগী লাইরিক লাইগু তম্বা ভুম্বগীদমক কেন্দল, খুগু অথেংবা অহিং ফাওবদা হেক হেক শাই। মসিদা মতুনা

লাইরিক পানবগী মতমগু খাইদোক্লিবনি। থবক শুনা শুনা মচেদুনা হাইরকই; "ঐখোইনা শারিবা পোৎসে হৌজিক্কী মতম অসিগা যাম্না চানববনি. ইশানা ইশাবু থবক পিজবা হাইবদো অসিনিনে। ই[illegible] ই[illegible]া অনিসে ঐখোইবু চাওনবা য়োক্লকপদা নগুনা লাইরিক লাই[illegible] তম্মন্নবা হোৎনবদা রাজরক্লবনি। অদুগনে ঐখোই অনিনা য়ুম পান্দ্রিঙেসিদা, দাদানে ঐখোই অহুম্না ইমা বাবা অনিবু নুঙাইহল্লমগদবনি।"

মনাওনুপীদুনা মখা তাররকই, "ঐখোই ইমা-সিদংগা কঞ্জরম্লবদি লাইরজরবগু কয়াদা নুঙাইজরমগদবা।"

ফমুংদা হিপ্লিবী অশোনবী মমা ইবেতোন মচা নিঙোল অনিগী রারীদু তারগা মবুক্লিং নুংশিনা ফিরুপ খুর্মজিল্লগা ফৈজুপ মনুংদা তুমিন্না কপ্লি। মচাতোনবীগী নুংশিরবা রাহৈদুনা থম্মোইদা তাসোন্না থিনবগুম তৌরি। খল্লু খল্লুবগা হেন্না মবুক্লিং নুংশিরক্লুনা খাঙবা ফমদনা খোঞ্জেল থোক্লা কপথরকখি। মমানা কপ্পদু তারগা মচা নিঙোল অনীদুনা চঙশিল্লগা মমাবু কৌরকই, "ইমা করি তৌবে?"

"ঐ করিগু তৌদে, নবানি রারম্লনি পোৎথাজররো।" তনিক তনিক্লবা কোঞ্জেন্না হাইরকই।

"ইমা। নঙ নগুবা রাখল য়াম্না খল্লমলে" নির্ঙোল অনিদুনা হাইরকই।

"খন্দে খন্দে, ইমা করিগু খন্দে," মমানা খুম্লকই।

"নগু-নগুবা রাখল তৌরনু নুঙাইনা পোথারো," হাইরম্লগা মচা নিঙোল অনিদু থোকখি।

নোংমগী নুমিদাংনি মোহোন অমসুং ইবেতোন মচানুপা ইবোহল সরকারগী থবক অমা তৌহন্নবা রা খন্নখি। মোহোন্না, "ঐখোই কেন্দ্রগী মন্ত্রি অসিদা য়াম্দ্রবগু পৈশা খরা পিরবদি ইচাগী থবক মচা অমদি হাপিয়ু য়ারক্লনিসে।"

ইবেতোন, "লুবিবদি পৈশাদুগী মতাংনি, লাইববা ঐখোইনা পৈশা পুরুবদা কনানশু লৈ হাইদুনা পিবীরক্লোই, সনা লুপা মান চাঙ লৈদুনা কাইরগা পিরুগনি হাযবশু লৈতে।"

মোহোন, "অদুনিনে লুরিবা, ইচাসে থবক মচা অমতদি তৌহনিংখ্রেদা, করি উপাই তৌগদবনো খংদ্রে।" খন্নবদু মেন তাদনা অদুম লোইশিনখ্রে।

ইবোহল নোংমা খবব পারুবদা সরকারগী ওঝা খরা লৌগনি হাইবা থেংনখি। লাইবক যেংলগে খন্দুনা ইন্তভিয়ু য়াওখি। মহাক্না ইন্তভিয়ু লোইরবা মতুংদা, পৈশা খাওজাউগী যুগ অসিদা ওইবোইদৌপোথনি খন্দুনা থোইদোক্না পুক্নিং লুমখিদে। অদুবু লাইবক ফবনি হাইবা তাই, ইন্তভিয়ু পাস তৌদুনা ওঝা ওইখি।

হৌজিক মোহোনগী ইমুং মহৌশা নত্রে, হান্নদগীদি খরা শাফবে। মচানুপাগী থাগী তলপ খরা খবা লাকপনে, নিঙোল অনিনগা মরম্মোকপনে ৱাদনা লেনবা ইমুং হাইবদু ওইরে।

নোংমগী অহিংনি মোহোনগী য়ুমদা নহা তবামুক লাক্লগা লেক্কে হাইবম্মী। ৱাজাও ঙাংবা মোহোন্না চাওনা চাওনা ঙাংদুনা হংলকখি, "নখোই নোংমৈ যাওবকপ্রা, কবি পার্তিনো?"

নহাশিংদুনা ,"পাবুং পার্তিদি কোন্না খংহজ্জরক্লগে অদুগা ঙসিদি নোংমৈ যাওজবকত্রে।"

মোহোন্না, "কবিগী নোংমৈ যাওবকত্রিবা, ইবুঙোখোই কৈনা মযা ছন্দোক্তুনা চৎপা থেংনব্রা? নখোইনা চৎলিবসে শাফম লানফম্নি, শামান লেংমান্নবা থেংনবকপদা খুজিন্না খোৎকদ্রো। মযা যাওদ্রবা কৈদি ঐগীসিদা লেকপা য়ারোই," হাইরকখি।

লেকপা য়ারোই হাইরুবদুদগী খোইশাওনরবা নহাশিংদুগী মরক্তগী অমনা খোল কল্লপ্না হাইবকই, "পাবুংনা হাইবা চুমই। ঐখোই ঙসিদি হজ্জখ্রগে হাইরম্নগা মরি মরি থোকখি"।

মোহোন চাওনা চাওনা ঙাংহৌই, "করি থোকই হাইদুনা

তৌ-শারিবনো, গুনিংদবশিং অসিদি.............।"

নুমিৎ নিনী ছুম্লিমুক লৈরগা খোইশাওনরবা নহাশিংদু মোহোনগী য়ুমদা নুমিদাং অমা নোংমৈ, বোম মতিকচানা পুরদুনা লেকপা লাকখি।

রাজাও ঙাংবা মোহোন্না, অদুনিদনা নখোই নোংমৈ, বোম য়াওরক্লবনিনা লেকও হাইদুনা কা অমদা পুসিল্লি। অদুবু থম্মোইনুংদদি ঙসিসে করিবু থোক্লগবা অশুম্না খল্লিঙৈ তাঞ্জাদুদা নহা অমনা হাইরকই, "পাবুংগীশু বোম অমা য়াওজরক্লি" হাইদুনা পিশিল্লকই।

মোহোন শ্বায় লাওই, অকিবা ফাওরকই, অদুবু কিদবা শাদুনা চাওরপ্লা হাইরকই, "ইচাশা! অদুদি নহা নখোইগী অদুম ওইজৌদা, অহল ওইরবা ঐখোইদদি করিশু কান্নদ্রেদা"।

নহাশিংদুনা, "পাবুংগীদমক্তা তমদুনা পুজরক্লবনি লৌদবা য়ারোই," কন্না তকসিল্লকখি।

মোহোন কান্নররোই খল্লদুনা হৈশিংনা থেমজিন্দুনা বোমদু পিবমক্তি পিরমখিদ্রে।

রারী ঙহাক শানরম্লগা নহাশিংদু তুমখ্রে। মোহোনদি অহিংদু তুম্বা য়াদনা মাথা শারি।

নোংঙানগদবা খরা রাখলিঙৈদা নহাশিংদু চৎলগে হাইরম্লগা থোকখরে। মোহোন শ্বর শাংনা হোন্দোরকই, অরাবা রাখল খরা নেমথরকই।

নহাশিংদুনা থোকখ্রবা পুংখায়মুক্কী মতুংদা মোহোনগী য়ুমদুদা কমান্দো অমসুং অসাম রাইফলস অপুনবা খুৎপু অমনা কোইশিনখি। অদুগা হাইরকই," অহল নঙগী য়ুমসিদা লানহৌবা মীওই খরা লেকই হাইবা পাও ফংদুনা ঐখোই লাক্লিবনি," হাইরম্লগা সিফাই খরা ইমুংদা চঙদুনা থিখি। কনামত্তা থেংনদ্রবদুদা ঙসি লেক্রম্বশিংদু চৎখিবা কয়াম কুইরে, শেংনা হাইয়ু কন্না তকখৎলকখি।

মোহোন্না, "কনামত্তা লেক্রমদে।"

সিফাইশিংদুনা, "অহল ওইদবা ঙাংগনু, শেংনা খুম্মু।"

মোহোন্না "অশেংবনি, ইবুঙোখোই কনামত্তা লেক্লমদে।" সিফাইশিংদুনা খোন কল্লপ্না, "ওফিস ঙহাক য়ৌবদি চুম্বনি, অদুবু চহি মতাংদুনা পুনিংদ্রে, মতুংদা পাও অমুক ফংলবদি লেম্না থাবগী রা-লৈতে, অসিমদি খংউ," অসি হাইরম্লগা সিফাইশিংদু গাড়ী মথক্তা ফন ফন চোংখত্তুনা য়াঙনা থৌদুনা হনখ্রে।

মোহোন শূর শাংনা হোন্দোক্লগা খল্লি, "নহাশিংদুনা ঙহাক্তং চোনথরম্লবদি লানবুঙ ওইরমগনিদা।" *

## (১০)
## চণ্ডজফম থিরিবা থরায় অমা

**চণ্ডজফম** লৈত্রবা থরায় অমনা নিঙমদ মৈচাক পুদুনা স্বর্গলোক য়ৌবক্তুনা যমবাজবু থিরকখি। মহাক্না অঙম লৈ-লৈদুনা য়েংক্রুকপদা লু-নান্না ফজখ্রবা, অয়ুক্কী কোরৌ মশেক্না য়ৈবদা সনা অহিংবগী মচুগুম পুমঙাং ঙাংনা উরিবা, নুংশিবা হৈনম লৈনম্না থম্মোই হুনা নুংশিরীবা, লৈখল লৈচু শুনা শাৎলিবা য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা কোনুং অমা উরকখি। কোনুংদুগী সনথোংদা থোংঙাকপা অনিনা ঙাক শেন্দুনা লৈরম্বদু থেংনখি। মহাক্না থোংঙাকপা অনিদুগী মনাক্তা চংশিল্লগা হঙ্গৎচরকই,

"মহাশোয়, যমরাজগী লৈফম খংলবদি অমুক্তা তাকপিয়ু।"

থোংঙাকপা অনিদুনা হায়রকই," মফমসি যমরাজগী কোনুংনি, মহাক মফমসিদা লৈ।"

থরায়দুনা, "অমুক্তা উনজগে।"

থোংঙাকপনা, "য়ারোই, যারোই।"

থরায়দুনা, "ঐহাক মর্তলোক্তগী যাম্না রানা লাকচবনি অমুক্তদি উনহনবীয়ু," কন্না হাইজরকপদগী থোংঙাকপা অনিদুনা যমবাজগী সনা যাথং লৌরুরগা থাজিনখি।

যমবাজগী মনাক হেক য়ৌবগা চরন শোক্না খুরুমজবগা লোইননা হিক্রা হিক্রা কপ্লদুনা, "ননাইবু লৌশিনবীরো হাইজরকখি।"

যমরাজনা, "নহাক কদাইদগীনো, মফমসিদা করিগীদমক লাকপনো?"

"ননাই ঐহাক মর্তলোক্তগীনি, মফমদুদা ঐহাক্কী লৈফম লৈজদ্রদুনা ননাক্তা লাকচরবনি।"

যমরাজনা ঙহাক খল্লগা পাঞ্জি অমা কৌরগা. "মহাক্না লাক্লিবসি মতম চাবত্রা চাদ্রিবরা অমুক্তং খোত্তুনা য়েংঙউ।"

পাঞ্জিদুনা ঙহাক খোত্তুনা য়েংলগা হাইবকই, "ইনিংথৌ ইবুঙো

মহাকসি চহি য়াম্না নৌরিবা অঙাংনি। মহাক মফমসিদা লৈবা যাদ্রি, চহি শুদ্রি।"

পাঞ্জিদুগী রা হেক তাবদা যমরাজনা থরাযদুদা ওঙ্গিল্লগ। হাইরকই, "নঙগী মতম য়ৌদ্রি অদুনা অমুক হল্লো, নশাগী চহি হেক শুবগা ঐহাক্না নংবু লৌবা দুট অমা থারক্কনি। অদুগা লোইননা অমুক মফম অসিদা লাক্কদবনি।"

থরায়দুনা মবুক্লিং নুংশিনা হঙ্গৎচরকই, "ইনিংথৌ ইবুঙো ননাইবু অমুক হলহনবীরনু, ঐনা চংলগা লৈরুগদবা হকচাংদু শিখ্রে মরম অসিনা ঐহাকপু থাদোকপিরনু," খুরুখুদক কুন্দুনা মখুৎ অনি লোন্নদুনা খুরুমজরি।

যমরাজনা মহাক্কী মতৌদু উবদা খাঙবা ফমদ্রদুনা, "ফবে অদুওইরবদি নঙগী হৌখ্রবা থৌদোকশিংদুগী রারী ঐঙোন্দা লিয়ু।"

"ইনিংথৌ ননাই লিজবগে পুক্লিং চংনা তাবীরো। ঐখোইগী লৈকাইদুদা অমুজাও কৌবা নুপা অমা লৈ। মহাক অঙাং ওইরিঙেদগী মমা মপানা হাইবা কয়া ইন্দবা মচানি লাইরিক লাইশু তমহৌদে, লৈকুৎ লৈরাই, তু-খোঙ হোত্নুনা ঙা-ঙাপ্রুম, থরোই থরাও ফারগা ফুরাওনদুনা অদুম পংলৈদা লৈ। ময়ুম মকৈ পাল্লগা তুংদা নুপী অঙাং যোক্তবদি যাদবনিনা য়ু যোন্দুনা খাঙলি, য়োনবতা নত্তনা থকশু থকই। অশুম্না খরা খরা তৌরম্বদগী মহাক্কী চাকখুমদুদা হুই, যেন, ওক, ষণ থোংদুনা অচৌবা হোতেল অমগুম তৌবকখি। অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং হাইবা লৈতে য়ুথকপা ময়াম লাকই, পংথক্তা থকই, পংচাদা চাই হাওই হাওতে থিদে। মোৎনা মোৎচরিবা, শুমাংদা হৌরিবা নাপীনা দাবী অকোইবদা লামখৎলক্লি, ইমুং মাঙ্গোল, লময়াই চাকখুম ইকাই কাই উফুল ফোরোং হৌবি। ময়ামদুনা চাবম্বগী লুখাক চশুম্না পুমচাই চাইবি, হযিং রা-রা ইল্লি। থকপা চাবা লাক্লিবশিংদুশু ইমোৎ মোৎলি, খুদৈ নামৈ যেপ্তে মবেংবান্দা খুদৈ নানৈবা অমমম যাল্লদুনা পঙাওদা ঙাওই, ফুনৈ নানৈবা মযামদুনা শুমাং কোম্হোংদা লাওনরিবা ফুনরিবা

লৈকাইদুনা পেন্নরবনি। য়ুম্মোন্নবা খরদুদি খুন হোংনিংবাইদু য়ৌরে।

"ইনিংথৌ ইবুঙো, ননাই ঐহাক হুইগী মপোক্তা পোকচৈ ঐবু য়োকপিরীবা য়ুম্বুদুগী ইমুংদুগু নংবনা চানিংঙাই লৈত্রদুনা নোংমতা মবুক থন্দে, ঐহাকপুগু লুখাক চগুম খবা পিজবনা পুক থন্দনা অদুম তোকপা ঙাক্তনি। অদুবু য়োকপিবীবনি, লৈম্নিরবনি খঞ্জদুনা অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খাক্তনা য়ুম ইখোলগী অকোইবদা ঙাক শেন্দুনা যাম্না রানা হোৎনজে। অদুবু মীনুংশি যাওদ্রবা য়ুম্বুদুনা চানিংঙাই লৈত্রে রাববনি হাইদুনা মখুৎমক্তা ঐগী ঙকশমসিদা হুইগঙ থাংদুনা অমুজাওগী মখুত্তা শিন্নদুনা যোম্ছোকপিখি। মতমদুদা ঐনা কপ-লাওদুনা থরাইদদি কনবীয়ু মবানীমক্তা হাইজখি। মীনুংশি য়াওদ্রবা অনিদুনা তাবিখিদে, করিগু থওইবীখিদে। ঐবু লম্বী লমজাওদা চিংদুনা পোরকপনা কোম্ছোং হেক যৌবকপগা অমুজাওনা মাগী নুপীবু কন্না কন্না কৌরকখি।

অমুবীনা, "তাবে তারে কবিনো হাইবীবকউ।"

"ঐগী লুখুমদা ঙাবিবা শিংজখোক্ত পুবকউ।"

অমুবীবা পুথোবক্তুনা পি।

"মখুৎ অনি চংদুনা শিংজখোক্ত পাইরগা অমুজাওনা ঐগী লরাইদা মরি-মঙারক নোৎ-নোত্তুনা থোমখি, লরাইদু পুমতোই তোইনা কাইখি, ই-না মরি মরি শিনথরকখি, অদুদগীদি শিবে। শিববা হকচাংদুদা থরায় ঐ লৈবা যাদবনিনা মপাল থোক্লক্তুনা হাংলবা মালংসিদা কোইপাই পাইদুনা শিরবা হকচাংদুবু য়েংজদুনা অমুক্তদি কনবীয়ু হাইজবগা লোইননা তেংথাদুনা কপচখি, অদুবু কনামত্তা তাবিখিদ্রে অরেম্বদা তাখি। মহাক্কী নুপী নুবীনা মৈ হৌগংলকখি, মতু-মমান পুম্নমক মৈ -দোক্তুনা শিং মান্না খেত্তোক নাখোক্লগা শাদুম শাদুম কক্তুনা থোংলগা য়ুথকপা, শাচাবা কাংবুদু লাক্লগা শানৈ য়ুনৈদুনা লোইনা চাথোকখ্রে। অদুদগীদি নিঙমদনা থক থক নিক্না রাজববা ঐনা খল্লকখি।

"অরোইবা মতমদা থরায় খুদিংমক যমরাজ নহাক্কী নফমদা চংজে হাইবসি নিংশিংলক্তুনা ইবুঙো নহাক্কী লৈফম হং হংদুনা শাংলবা লম্বীসিদা লাকপনা বৈতরানী তোর্ব্বান য়ৌরকখি। রাবনা চোকথববদা তোর্ব্বান্দুদা ঙহাক ফমদুনা হিরোয়শিং ঙাইজে।

"ঙাইনা ঙাইনা ফজথ্রবা শংবান্নবা লাইজনা ঈমাই চোন্না চেল্লিবা, যেংবগী পেনবা নাইদ্রবা ঈপাক্তুদা হিবোইশিংনা তোর্ব্বান অমদগী অমদা হঙ্গন হন্দা হোল্লিবা, তাম্না উবিবা তোর্ব্বান্দুদা মনি মুক্তাগী লৈঙোইনা পুল্লং লংলিবা, লন্তক্লা হৌরিবা লুপা মচুগী উপালশিংদা সনাগী উবিনা যেৎলিবা, যেংখি যেংখিবদা পুক্নিং হুনা নিংথিজথ্রবা বৈতবনি তোর্ব্বান যৌবকপদা ননাই ঐহাক অরাবা খজিক্তং হন্দোকপগুম তৌখি।

"ফজবা পুন্নমকসি তুংওইনবন্নগা তোর্ব্বান তম্না হোঞ্জিল্লক্লিবা হিবোই অমগী মনাক্তা চংশিন্দুনা হাইজকই। ঐহাকপু ঈপাকসি খবা লানবীয়ু, লাইবক থিববা, তোল্লবনি নুংশিবীয়ু, হিরানমলশু যাওজরক্কে।

"হিরোইদুনা ঐহাক্কী বাশে তাবগা ঙহাক রাখল তৌবরুবগা নুংশিনা পাক্লবা ঈপাক্তু লাম্থোকপিবকখি। অশুম্না রানা ননাই ঐহাক ইবুঙো নহাক্কী নফমদা ইখোং থোংনা য়ৌজবক্লবনি, অমুক থাদোকপিরনু ইকোক নোন্না খুরুমজরি।"

মহাক্কী থম্মোই শেংনা লিবা রারিদু তারগা যমরাজনা মনাই অমা কৌবগা হাইবকখি, "থম্মোই শেংবা মহাকসি নুঙাইনা থম্বীয়ু শিন্নখি।"

মুন্না রাখল তৌবকই, "ঐহাক্না দুট থাদুনা কয়া কয়া মর্তলোক্তগী লৌহন্নুই। মতমদুদা কনামত্তা হবাও হরাও লাকখিদে, অদুগা মহাক্কি থম্মোই শেংনা চংজরবি, চংজবকপা মহাকপদি ঙাকপীফম পেনকই। ফত্রবা শাহিং চাবশিং নদুবুদি মানা মানা তৌজরুবা কর্ম্মদুগী মতুংইন্না দন্দি ফংবা তাই খন্দুনা মৈ-হৌনা শাওখি।" *

# (১১)
## লাকখিসনু খঙ্গনি

**নোংমা** অঙৌবী কৈথেন্দা য়েঙ্গাং নাপী খরা লৈবা চৎলম্মী। পোৎলক চঙদুনা লৈগদবা পুম্নমক লৈবা লোইরদুনা য়ুমদা হল্লগে খন্দুনা থোক্লকখি। মহাক্না থোক্লকপদা থাইনা স্কুল তমম্লিরম্বী মমান্নবী অমা থেংনরম্মী। মতম কুইনা উনরুদ্রবা মমান্নবীদো হেক উবদা হরাওবোই করিবোই খংকৌ কৌবম্মী, "চানবী, চানবী!"

চানবীনা মমাই লৈশিল্লক্লগা, "হৈমা নঙদি করি লৈরম্লিবা? উনদবা কুইরবদুদা নশকপু খংউদ্রেদা, নঙনা কৌবমদ্রবদি অদুম খংলমদবশু যাবিপোৎনি।"

অঙৌবীনা, "তু-মনা মশিং খবা লৈরম্লিবনিদা। ঐশু মাল্লিদা হাইদুনা ঙহাক খল্লগা কৌবিপোৎনিদা। ঐখোইসে অহল ওইববাইদু ওইবমালে, শক-চু কাসে লোইনা ওল্লেদা, অদুঙৈ ঐখোইনা ছাত্রি ওইরিঙৈ, স্কুল তম্লিঙৈ মতমদো নুঙাইখ্রবনিদা।"

"হোইনে নুঙাইখ্রেদা মতমদো, ঐখোইসে কযাদা মঙাও থীনশু ঙাওবকখ্রবা, অদুবু মতমদো লোইখ্রেদো অমুক হঙ্গৎপদি য়াররোই," চানবীনা খুম্লকই।

হৌখ্রবা নুঙাইববা ৱাবী কযাদুগী মবক থৎনা অঙৌবীনা হংলকই, "নঙবু কদাইদা চৎলুবিবনো? শেৎলিবা ফিজোন্দুশু হাইফেৎ মাইবী মানগুম তৌই, মাইবীকা চঙলব্রা হাইবনি?"

চানবীনা, "মাইবীকাইদুদি নত্তেদা, ঐঙোন্দা লাই অমা তোংলিযে, অদুনা ঐগী লৈয়েংসিদা তোংদুনা অচুম্বা লাইবাওদো হেক হেক ফাওবদুদা অরা অনা তাববা কনা কনাগুম্বনা লাই খুরুম্বীয়ু হাইবদুদা ঐনা হেক হেক মথৌ মঙম পাংথোকপা চৎপনিদা।"

"খংজরে ইবেম্মা, নঙসে অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মাইবীগী নুংশিৎ অমদি অদুম যাওবকইদা, অদুগা ঙসিনা কদাইদা, কনাগীদা লাই খুরুম্লিবা,"

অঙৌবীনা হংলকই?

চানবীনা, "নাচৌদনিদা, নহা অমা রাংব্রেন ওক্লে হাইদুনা ঐবু কৌরবদগী ঈবাৎ পুজা অমা তৌবীরুবনিদা।"

অঙৌবীনা অমুকশু মখা তাবকই, "খরা কান্নরকপা মাল্লিদা, পোৎ-চৈনা খাও অমশু পিক থল্লে, অদুগা দখিনা ওইনা পৈশা কয়া তৌরক্লিবা?"

চানবীনা, "ইয়াম য়ামদেদা, লুপা চামঙা খক্তনিদা," হাইনা খুম্লগা, অঙৌবীদা মুন্না য়েংলগা হাইরকই, "ঐহাক নঙগীদা ইবাই নুমিত্তা লাক্কে, করি করিনো তানদুনা লাই অমা খুরুমথোকশি, অরা অনা কোক্লবা নুঙাই য়াইফ পান্নবা।"

অঙৌবী ইক-আ তৌদুনা লুনা তিন্নরকপা মমান্নবী ওইবনা লাক্কনু হাইবশু হাইঙমদা ঙহাক খল্লগা হাইরকই, "হোয় হোয় লাকউ, হাওবা হাওতবা চাক চরা অমশু চামিন্নসি," মসি হাইরগা বাই-বাই হাইবি।

চানবীশু "বাই-বাই" মখুৎ হাইরি।

অঙৌবী কৈথেল কুম্লকখি। মহাক্না লম্বী চৎনা চৎনা রাখল কয়া তৌরকখি। ঐগী নুপাদুনা লাই-তিনগী রাফমসি পল্লুবা য়াবা নত্তে, করিগুম্বা খঙলবদি য়ুম কাইবশু যারিপোৎনি খল্লম্বদগী হৌখ্রবা থৌদোক অমা খংনীং নীংশিংলকখি। মহাক্কী মপামগা য়ুম্মোন্নবদা লৈবা অহল অমা লিভর চাওথোক্লুনা, মবুক কংথোক্তুনা নাখি। অফাওবা মাইবনি হাইবা নুপা অমনা লায়েংখি।

মখোইগী মমাঙশিদা চেল্লিবা খোং মচাসিদা ফত্তবা লাই অমা চৎলি। লাইদু কুমগী হৌবকপা ঈপালথাদা কাবকই, কুম লোইরকপা লাংবল, মেবা থা অশ্বায়দা অমুক কুমই, চহি খুদিংগী অকা অকুম শান্নে। হাইরিবা লাইশিগী মমিং সলাং বাজী কৌই। মসি ওক্লরুরে অদুনা মহাক মবুক কংখত্তুনা নারিবনি, ঈরাৎ পুজা তৌদুনা খাইদোক্লবা তৌসি হাইদুনা মাইবদুনা অচৌবা য়েনবা বলি

কত্তুনা, খয়োম লাক্তুনা কয়ারক হন্না খোংদুদা ঈরাৎ পুজা তৌখি। কবিশু কান্নদনা অদুম শিখি। ঈরাৎ-পুজা, থৌ-তৌবদা মাইবদুনা লৌখিবা শেনযাম, হৌজিক্না ইমুংদু কযাদা রানা লেনহৌরিবা।

মহাক্কী রাখল লোইবা নাইদ্রে, মখা চৎথরক্কি। তোম্বীনৌগী মপুখোইবনা রাখল লাইনানা কন্না নাবদগী ডাক্তরদা লাইয়েংদুনা হিদাক লাংথক কযা চাবিঙেদুদা কনা কনাগুম্বশিংনা মাগীসে ইচিং চিংনৈ মহৈ-মরাংকাশু মাল্লি, মৈতৈ মাইবা অফবা অমতং যেংলবদি ফবশু য়াই হাইনরকপদগী কদাইদগীনো, কদোমদগীনো খংদে, মাইবনি হাইবা নুপা অমা কৌরব্দুনা লাকখি। মাইবদুনা হেক য়ৌবকপা নুমিত্তুদা সনামহি মমাংদা মৈরা অহুম কত্তুনা খুবুমখি। ভহাক খুরুম্নবা তুংদা মাইবদুনা হাইরকই। “মীগী খুৎ খবদি চংলে। করিশু থোইদোকপা তৌবোইদা, হয়েং অয়ুক অঙনবদা অমুক্কা য়েংশি অদুদদি অশেংবা অমা শোইদনা খঙলনি,” অসি হাযবম্নগা মাইবদু নুমিত্তুগীদি হনখ্রে।

মথঙগী নুমিত্তা অয়ুক ঙন্তা লাকখি। কোম্মোং হেক য়ৌরকপগা মীবক নাবক যেংদুনা হৌরিবা লফু পবেংদুগী মরক্তগী অমদা থাং-শুরি মচা অমা থুম্না যৈশিন্দুনা থনমখি অদুগা য়ুম্লোমদা থুনা চংলকখি। ইমুংদুগী মীশিংগা লোইননা অজা পুজাগী পোৎলমশিং লাংদুনা মৈরা অহুমগা লোইননা কত্তুনা সনামহি খুরুমখি। ভহাক লৈরগা হাইরকখি, “নখোইগী লফু মরকসিদা করি লৈ য়েংউ, মীনা তৌশিনবগী খুদম চাংদম অমা ফংই।”

ইমুংদুগী নুপা অমা অনিনা লফু মরক্তুদা থিখি, অমসুং শুরিদু থেংনদুনা পোবকখি, মাইবদুদা শিন্নখি।

মাইবদুনা মন্ত্র খরা শোঞ্জিন্নরগা মসি লৌথোক্লবনিনা শোইদনা ফরগনি হাইদুনা লুপা ময়াম অমা লৌথোকপিখী।

ঐখোইগী মখাথংবদুদা লৈরিবা ইমুংদুনা মরোল অমা ইশ্মোল মতোন্দুদা করি লাইনো খংদে লাইশঙনি হাইনা অমা শাজিল্লে।

চহি খুদিংগী নুমিৎ নিনী হুম্নি হেক হেক হৱাওই। ময়ুমগী লাইনিনা লৈকাই লাক্লুনা পৈশা নুংশা, অথেনপোৎ কৎলবশু নত্তে। মখোইনা লোইনা পুথোকচবা ঙাক্তনি। হবাওবা লোইৱগা মাইবা মাইবীশিংদুনা অথেনপোৎ পুম্নমক খোমজিল্লগা নোংম নোংমগী হিচাপ পারগা পৈশাশু ময়াম অমা পুদুনা চৎখ্রে। মাইবা মাইবীশিংদুদি হৱাওবনা মতোল থোক্লে।

ঐখোইগী লৈবাকসে অপংবা কযামশু লৈৱিবজাৎনি। কাংবু অমনা অপঙবা থিদুনা পৈশা লৌৱি। অসিগুম্বা মফম মৱাং খংদবা মাইবা মাইবীশিং অসিনা থাইনগী ইপা-ইপুশিংনা লাৎনবম্বা অশেংবা লাইশিং অসিগী মগুন শাথিনা হল্লুহল্লে।

অগুম্না ওইদবা শেন্দাল লম্বীদা খোংদাৱিবশিং অসিগী মনুংদা চানবীশু অমা ওইৱবা, মা-ঐ পিশক পিক্লিঙৈদগী তিন্নৱক্লুনা মগুল-ইগুল খংনববা অসিমক্তদা ঐঙোন্দা অমুক ওম্বিল্লক্লিবা, লাকখিসীনু খঙ্গনি। ৱাখল হেক লোইবগা কোন্থোং চপ চানা যৌৱদুনা অঙৌবী ময়ুম চংখি। *

# (১২)
## ইন্দো-পাক ৱার

**গোকুলগী** কোম্বোংদা ফজখ্রবা পঙচাওদি চাওদবা মশা মরেংনা ফল্লিবা মনা পুঙলবা সনা খোংনাং পাম্বী অমা হৌরি। খোংনাং পাম্বীদুগী নাকল অমদা পিক্তক চেংতক্না লু-নান্না ফজববা লমপাক মচা অমা লৈ। লমপাক্তু ইকোই কোইনা খাজিল্লি, অকোইবদা লৈ-শুনা লৈতেংলি। গেট অদুদা চিল্ড্রেন পার্ক হাইনা ইংগ্রেজিনা চাওনা থারি। খোংনাং অমদি চিল্ড্রেন পার্ক অদুগী ময়া নপ্না পিক্তক তৌবা য়েংবদা পুক্নিং হুনা ফজববা লম্বী মচা অমশু চৎলি। লম্বীদুগী মমাংলোমদা লোইরোই লোইরোইনা হাইথখ্রিবা শংবান্নববা লৌবুক লক্ষাংদুগা ইশম শন্নবা পাৎ মচা অমশু লৈরি। ঈশিংগী লৈরাংশিংনা লৈখল শুনা শাৎলি, লমগী চেক্লাশিং মশিং শুনা চাক্তারি। শংবান্নরবা লৌবুক লক্ষাং, পাৎ মচাদুগী অকোইবদা কাওরেন ষণবী ষণাওশিংনা ষণলুপ ষণলুপ শজিক চারি। লৈচিল থাংদ্রবা শংবান্ননা ফজরবা অতিযাদুদা হুমাইবীনা লৈনা লৈনা জগোইগী শাথেক্কুম লিরী খোইরিনা ইংনা তপ্না কোইপাই পাইবি। যেংউবা কনাগী পুক্নিং হুরি, ফজবনা পিক থল্লি।

গোকুল মখোঙ নাম্মা খুজেংদা তৎলবা শোইনাইরবা নুপা অমনি। মহাক নুমিৎ খুদিংগী কৌনা ফক মচা অমা শেগ্রাক্তা য়েপ্লগা মখুত্তা চৈশু অমা পাইরগা তপ্না তপ্না থোক্লক্তুনা কোম্বোংগী খোংনাং মখোঙদুদা ফমদুনা হেক হেক পোথারম্মী।

খুঙ্গংদুগী অঙাংশিংশু নুমিৎ খুদিংগী চিল্ড্রেন পার্ক অদুদা হেক হেক শান্নবম্মী। খবা অমনা উ-রাওবী, খরা অমনা কবাদি, খরনা কবি করিনো অঙাংগী হৌনবা পংশান্দা শানৈ। শান্নরম্মদগী খৎনরক্তুনা কপ্নরকপশু যাওরি। মহাক্কী পুন্সি অঙাংশিংদুগী মতৌ অমসুং লৌবুক লক্ষাং, নুংশিরবা পাৎ মচাদুগী ফজবদু য়েংদুনা নুঙাইতবা ৱাখল কয়া কাওথোক্লবা হোৎনদুনা মতম অয়াম্বা লেল্লি।

করিগুম্বা কান্দগু লৌবুক লম্ফাং, ফজরবা পাৎ, নুংশিরবা পুক্লিংদুগা ইপুন পুন্সিন্নখিদুনা তৌফম খঙদনা লেনখিবগু কোঙ্গাইনি।

নোংমগী যাচংবা ষণগাবকপা মতম্নি। চিন্দ্রেন পার্কতা শান্নরম্বা অঙাংশিংদুগু ময়ুম ময়ুমদা লোইনা হন্নখ্রে। লৌবুক লম্ফাং, পাৎযাদা শজিক চারম্বা কাওরেন ষণলুপ ষণলুপ্তুগু মচোই মচোই তুংথ মাংথা ময়ুম মাইকৈ পাংলক্লি। পুন্নমক অদুগী মতুংদা লাপ্তক্লা খুদুঙ নাম্মা তেক্লবী ষণবী অমনা তপ্না তপ্না রানা ইন্নরক্লি। রানা লাক্লিবা ষণবীদুগী মতৌ উরুরগা, গোকুল তৎলবা মখোং নামাদুদা য়েংলগা থম্মোই শোক্লা খোংতেকপী ষণবীদুগা চাংদম্নবি। অরাবা রাখলনা ফুম্বংনবিঙে তাঞ্জাসিদা লাপ্তক্লা নোংমৈ মখোল অমা তাখিবগা ইকান কান্নদনা নোংমৈনা পান্দুনা শাবুং তেক্লবা হুমাইবী অমা মহাক্কী মমাংদা তাবক্তুনা ফিদ্রিং ফিদ্রিং চোংদুনা শিঙমদনা লেল্লি। শারবা থম্মোইগী মৈশালক্তুদা কল্লবা লম্ফেগী মৈবিনা অমুকগু রাইশিল্লক্লি।

মখোং নাম্মা তেক্লবী ষণবী অমসুং শাবুং নাম্মা তেক্লবী হুমাইবীদুগী মতৌ উবরুগা মহাক্কী থম্মোইদা হৌখ্রবা লাইবক থীবা অরাবা থৌদোক নৌহৌনা নীংশিংলকখি।

অদুঙৈ ঐহাক্লা সিফাই ওইবিঙেদা ইন্দো-পার্ক রাবগী অকনবা লানফমদুদা ভারত লানমীগী কমান্দব ওইনা লুচিংদুনা কল্লা লানথেংনখি। ভাবত লানমীশিংনা পাকিষ্টানগী কেম্প কযা কযা বোম থাদদুনা পুমতোই তোইনা থুগাইখি। ভাবতকীগু মখোইনা কেম্প কয়া থুগাইখি। নাকন অনিমক্তগী বোম তোপ কয়া কযা কাপসিন্নদুনা অঙম অঙম্বা শক্তি পুথোক্লদুনা, লৈজবী থাদুনা লানমী কয়া কযা হাত্তোক্লখি। বোম্না পান্দুনা পুমতোই তোইদুনা উফুলগুম মাঙখিবা হকচাংগু কযা কয়ানি। হৌরম্লিবা উপাল রাপাল কয়া কয়াগু রানা খাংজবতা নত্তনা মশা মবেং তেক্তুনা পাম্বী ফাওবা পুমসি সিবা যাওখ্রবনি। শিবদি ঙমহৌদ্রবা মমিৎ তাংবা, মখুৎ মখোং তৎপা লানমী কযা কযাগু লানফমদুদা রানা ওন-থোইনা খাংখিবা মখোইশিংদুনা শোইনাইববা

পুক্সি ওইনা নিংবা কাইনা য়ানা লেল্লিবা। মসিদা নত্তনা মীচম প্রজা কয়াগু মচা, মপুরোইবা কাইনরবী, লুখ্রা-শিংদা চল্লবী নুপীশিংগী মীকপ মীয়াওখোন্না পুম্নিন নিনখিবা, হৌজিকগু পুম্নিন নিল্লি ঐহাক্কী নাকোংসিদা। অসিগুম্বা নিংবা কাইরবা শোইনাইরবশিং অসিগী মনুংদা ঐহাকগু য়াওরি, নীংবা কাইন পুক্সি লেল্লি। অসিরা লান তৌবগী তোংজবা?

মহাক্কী থম্মোইনুংদা অমুক নৌহৌননা মশা থক থক নিক্লা ইন্দো-পার্ক য়ারগী অকনবা লানথেংনবিঙেদা মহাক্কী নুপীনা নুমিৎ তাসিল্লক্লে চংলসি হাইদুনা চেৎনা কোক্সিনবীরগা ময়ুম্মোমদা তম্না তম্না চংমিন্নখি। *

# (১৩)

## নুংশিরবা থরায়

**চন্দ্র** মশক মতৌ ফজে, রাং চাওই, মপাঙ্গল কল্লি, চুং ফিরান চাই, য়েংবদা নুপা ওইবগী শাওং শাদা করিত্তা রাত্তে। মপাঙ্গল কনবগী মতিক তৌথোরকপদা অকনবা থবক ঙাক্তা তৌই। মহাকপু ভীমগুম্না কন-থৌই হাইদুনা লৈকাই, খুন্দুগী মীশিংনা ভীমচন্দ্র হাইনশু খংনখি।

মহাক লাইরবা ইমুংদা পোকপনা পুন্সিগী অরা অনা কযা থেংনখি। চীংনুং মানুংদা চত্তুনা চীং-ককপা, লম্বী শেম্বা রারা রাববা শিনফম কয়া মাইয়োক্লখি। ফংলকপা খুৎশুমন্দুনা মমা মপাগী মতেং ওইখি। লাইব মচা ওইবনা মহে মশিং তম্বা ঙমদবদগী নুঙাইতবা পেন্দবা রাখল কযাশু থম্মোইনুংদা ফুমজিন্দুনা খাঙজখি।

লৈতে লাইরে হাইদুনা হেক তোকপা য়াবা নতবনিনা মতমগী খোংলোই তুংইন্না নীংথিরবী কন্যা অমগা পুন্সিগী য়ুম্বাল লম্বীদা খোংদামিন্নখি। মতম খরা অরা অনা খাংমিন্নরবা তুংদা মচানুপা অমা, মচানুপী অমা অঙাং অনি ফংজখি। মচা অতোনবীদু পোক্লবা মতুং মতম খরা লৈরগা মমাদু য়াম্না কন্না নাখি। অদুদগী ইশোন শোন্দুনা কুম লাইনা ওইদুনা পুন্সি লেনখি।

মহাক্কী পুন্সি খরা খরা ফরক্কদ্রা হাইরগা থোইনা হেন্না অরাবগী মশক ওইরক্লি। হিংনবগী কল্লবা লানফম অসিগী মরক্তা মচা অনিবু চাওনবা য়োক্কদ্রা, অশোনবী নুপীদুগী সেবাবু তৌগদ্রা পুম্নমক অসি খল্লবদা বুধি-লৌশিং পুম্নমক পুম্মাং মাংশিল্লখ-শগুম তৌরি। পুন্সিগী য়ুম্বালবু রারে খুদোং চাদ্রে হাইদুনা হেক তোকপা য়াবা নত্তবনিনা নোংমা নোংমগী ঙম্না ঙম্নবা শু-নোমদুনা মচাসিং অমসুং মহাক্কী নুপীবু থাক্লবা কন্না হোৎনরি। অশুম্না শাংলবা মতম কয়া রানা সেবা তৌদুনা শেন্নরম্বা মাগী নুপীদু নোংমদি তাইবঙপাল থাদোক্লুনা অরোইবা য়াহিপ তানখ্রে।

মতম্না অশুম অশুম হৌখিবনা মহাক্কী মচানুপা, মচানুপী অনিমক মপুং ফাববা পাখং লৈশাবী হাইবদু ওইরক্রে।

মহাক্না রানা যোকচরকপা মচা অনিনা মপুঙ মরৈ ফারক্লবদুদা। অমম্না লৈচিলনা হাইদোকখিদুনা কোরৌ মশেক্না য়েরকপদা তাইবঙ জীবাশংনা হরাওজবশুম, মীওইবগী পুন্সিবু রাদুনতা লৈবা য়াব্রা? ঐগীশু নুঙাইবা মতম য়ৌরক্রে, শোইদনা ইচাশিংনা মতেং পাংলনি অরাবা কোক্লনি খন্দুনা নুঙাইরবা বাগ শাগৎলি।

মচানুপাদুদি মহে-মশিং তক্কন্দে, মমান্নবশিংগা মীমান্নহন্দে খন্দুনা মপাবু শাওরি, রারৌরি। মপাদা ওন্সিন্দুনা খৎনবা হৌরি, নচা পোক্কনি হাইবতনি খঙলিবা, শেমগনি হাইবদি খঙদে, মীনা কবম্না মচা শেম্লিবা! নঙদি ফত্তবা মপানি, মচা নুংশিবা খঙদবা মীনি শা-ঙা ফাওবা মচা নুংশিবা খঙই, ঐ য়ুমসিদা লৈররোই হাইদুনা লাও খোংদুনা মপাবু চৈবি।

চন্দ্র মচাবু কয়ারক হন্না থেমজিনখি। অদুবু য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে।

নোংমদি মচানুপাদো মপা খঙহন্দনা ময়ুম থাদোক্লুনা লোন্না চেনখিবদগী অদুম হঞ্জিল্লকখিদ্রে।

চন্দ্র মচা কাইনবগী নুঙাইতবা রাখলগা লোইননা মফম কযা চত্তুনা ই-পাও লৌদুনা মচাবু ফংনবা কন্না থি-হুমদুনা হোৎনখি। অদুম্মক থিবা ফংখিদ্রে। মচা নিঙোলদুশু মতম খবা লৈমিন্নরম্লগা ময়ুম পানখ্রে। হৌজিক্তি কনাশু লৈত্রবা চিক্লবা ইমুংদুদা মথন্তা ঙাইহৌরে।

মহাক্কী নীংবা কাইরবা পুন্সিসে করিশু কান্নরুগবনো খন্দুনা কৈথেলগী চিদায় শোরোক নালা অমদা তিন অমনবা খরনা খন্দুনা সাইকল রাকশোপ মচা অমা তৌদুনা নোংমগী অফংবা খুৎশুমন অদুনা হিংনবা হোৎনবি। মহাক মমৈথংদা নেসাগী ঈপাক্তা তাওখি।

নোংমগী নুমদাংরাইরম্নি থবক ইবৈ লৈত্রদুনা মথন্তা তুমিন্না

ফমদুনা রাখল তৌরি। ঙসিদি মরুপ মপাংশু অমত্তা লাকখিদ্রে নুত্তিগী হাইরম্ববদি লাকপা মতম য়ৌরবনি খন্দুনা লৈরিঙেদা কুইনা উনখিদ্রবা মরুপ অমা মাগী মনাক্তা চংলকখি। মবান্নি কুইনা উন্নরুদ্রবগী রারী কয়া নুংশি নুংশিনা শান্নরম্বদগী মরুপ্তুনা হাইরকই, "নহাক্কী নচানুপাদো ব্রহ্মাদা ব্রহ্মিজ নুপী অমা লৌদুনা নুঙাইনা লৈহৌরেদা।" মরুপ্তুগী রাবী মখা চৎথবা নংহৌদনা চন্দ্র মকোক ঙাওরকখি, তপ্না তপ্না লেকথবক্তুনা লৈমাইদা তুথরকখি।

মরুপ্তুনা ইঙক ঙক্না তৌরিবসিদী করিনো মচিন্দা হাইবম্নগা থুনা কোনখৎপীদুনা লরাইদা শূর শাংনা শাংনা কামদুনা লৈরিঙেদা নুমিৎ খুদিংগী হেক হেক লাকপা মরুপশিংদুশু যৌশিল্লক্তুনা মহাক্কী শেবাদু য়াওশিল্লম্মী।

চন্দ্র ঙহাক লাক্লববা মতুংদা তপ্না তপ্না হত্থরক্তুনা জ্ঞান লাক্লম্মী। অদুবু মখোঙ ওইথংবদুদি ইপং পংনা শিথদুনা লৈরম্লে খবা ফরক্লবদুদদি মহাক্কী মরুপ মপাংশিংদুনা ময়ুম ফাওবা থিঞ্জিনবীরম্নগা হন্নখ্রে।

মহাক্না ফমুংদা হিপ্নগা অহিংচুপ্পা তুমদনা রাখল তৌরকই। মীপুম খুদিংমক্না থাগৎনবম্বা কনখ্রবা ঐগী পাঙ্গলদুনা কদাইদা মাংখ্রবা, অদুগা নোংমা নোংমগী অরাবগী ঈরৈনা চেত্থরক্লিবা, হৌজিক্না কান্নদ্রবা পুন্সি অমা ওইরবা। ইচানুপা পোকই হাইদুঙাই করি তৌরুনি কান্নদবা ইচানিনা। অদুনা হৌজিক্তি মাগীদমক অমুক খল্লরোই। পুন্সিগী অরোইবা মতম ঙাইদুনা লেল্লগে খনখি। অরাবা পেন্দবা রাখল কয়াদো লোইদ্রিঙেদা অদুম নোং-ঙাম্থোকখ্রে। নোংঙ্গবদা মহৌশাগী মত্তৌগুম নুমিৎ অদুশু পঙথরবা মখোং নাম্মদু চিং-চিংদুনা থোক্লক্লগা মহাক্কী রাকশোপ্তুদা থবক শুরি। থবক শুনা শুনা পুন্সিগী অরোইবা রাখলগী রারেপ অমা লৌখি।

মহাক্না নোংমা অহল মরি-মঙা বার্ত্তন তৌদুনা উসব মচা অমা কচ্চখি। উসব অদুগী প্রসাদি ফংবা লোইরবা মতুংদা লুক

হৌরিবা ব্রাহ্মণ অদুগা অহল মরি-মণ্ডাদুগা লোইননা ঙমজবা দখিনা খরা খবা খুরুমদুনা কচ্চরগা হাইবকই, "ঙসি ঐনা ঙমজবা খরদং ঈশ্বরদা কচ্চরিবসি ইশামক্কী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম অমদি কুমওনগী ফিরোই যাওনা কৎথোকচরবনি, অমুক্কশু খুরুমজরি।" ব্রাহ্মণ অমসুং অহলশিংদু রা-লাওনা নোকখি। ফাগি ওইরবশু হাইহেদে মঙ্গল ওইজরো, নুঙাইজরো বর পিরম্মগা লোইনা হন্নখ্রে।

নুমিৎ তাসিল্লক্লে, অথেংবা অহিং ওইরক্লে। চন্দ্র মহাক্কী মল্লবা য়ুমদুগী ইমুংদা চংখ্রে। থোঙ চেৎনা লোল্লম্মগা লুখুমদগী হু-লিক্লি অমা লৌথোক্লগা কাংথোন্দা ঙারদুনা তপ্না ফমথরি। হু-লিক্লিদু মখুম হাংদোকই, মখুৎ থক থক নিক্লকই, মীহুল দিং দিং চোংলকই, মপি চদুম চদুম শিন্থবক্লি, তনিক তনিকপা খোঞ্জেলনা শোম্থাংননা শোল্লকই। "থম্মোইনুংদগী হৌরকপা কল্লবা মৈচাকপু কুমগী নোংহৌনা মুথৎপা ঙমগদ্রা? হে-নুংশিরবা থরায় চৎলোকো হাংল মালংসিদা তিন্দুনা ননিং তৌনা কোইপাই পাইদুনা নুঙাইনা শান্নজরুরোকো, অদুগা কান্নদ্রবা পাপ চেল্লবা ফত্রবা হকচাং অসিনা মালেমসিদা তিনশিন্দুনা লৈহৌবসিনুকো। ঐবু রারোৗগনু চৎলোকো, হে-নুংশিরবা থরায়?"

অসুম্না বিদ্যায় পিরম্মগা হু-অদু থকচিনখি। *

# (১৪)

## লাইয়োইরবা উপাল

পাকশন্না কোল্লিবা উপাল কয়ানা মশীং থিঙমদনা হৌবিবা অচৌবা উমংনি।

চীংথ্রাও কৌবী লৈরাংনা চরোং চুন্না য়াম্থরিবা, সনা মচুগী উরৈশিংনা পামেল ফৈরাথক্তা পুমঙাং ঙাংনা শাৎলিবা, খোইমু শঙ্গু শঙ্গু পাইরিবা, উমং পোম্বী চেক্লাসিংনা পামেলথক্তা তোংদুনা অমুনবা উহৈ থিরিবা খৌবোম থন্না উমদুনা মবুক থন্না চারীবা, মনা পুঙবা উশাদা তোংদুনা কালেনগী মৈশা, ইঙাগী নোংজু, নিংথমগী উল্লেন খাঙলিবা, ফৈরাথক্তা অহিংচুপ্পা য়াইবেক্তুনা নুঙাইনা তুমখুল তাল্লিবা, শোঙলবা উরক্তুদা শজি শঙাইশিংনা চেন চোংদুনা মনিং তম্না শান্নরিবা ফজবা পুম্নমকসি কনাগুম্বনা উরবদি থম্মোই মহি চেল্লকনি, নুংশি পিরাং শিন্থরক্কনি।

ফজখ্রবা উমংদুগী ময়াইমক্তদা চহি-চা কয়াগী লাইয়োইরবা খ্বাইদগী চাওবা উপাল অমা হৌরি। উপালদু রাংই মশা মরেংনা মাইকৈ শিন্না শন্দোক্লি। চহি যাম্লবা অরিবা ওইবনা মরিল লাওনা হোরে। মরক মরক্তা উক্রোং ওইনা মখুল খরা খরগু হোরি। উয়ামদুনা মহাকপু লাইগুম্না থল্লি, ইকাই খুম্নে মহাক্কী পাওতাক তুংইন্না চৎলি।

উজাওদুগী উক্রোং মনুংদুদা শেকপি ময়ামগী মকোন ওইরি, অহিং য়াইরেক্লি। মমাশিংনা পিক্লিবা মচাশিংবু খোম্মাং ইন্দুনা চেৎনা থাগোন্নদুনা শুম্লি। অয়ুক নুংথিল মতমদা উক্রোং অহোবদুদা নুঙাইনা পাইথোক পাইশিন শান্নরি। পুম্নমক অসি পুকচেল চাওরবা মিনুংশি লৈবা লাইওইরবা উজাওদুগীদি নুঙাইজবা পেঞ্জবা ওইরি। মহাক্না চহি-চা কয়া চংনা রানা শেমগৎচবকপা উমং অসি ঙসিদি মপুং ফাবে থরায লানবা কয়াগী তুংনফম ওইরে, রানা শেমগৎচরকপগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জরি।

মহাত্মা উমং শিন্থুংনা পাওজেল্লি। ঐখোই পুম্নমক পুকচেল চাওবা মতৌ উৎকদবনি, মালেমসিদা অশেংবা নুংশিৎ ফংনবা ওক্সিজেন মরাং কাইনা পুথোক্লুনা, অইং অশা, নোংজুগী চাং, মালেমগী খন কাইহন্দনা থম্বা উহৈ রাহৈ পিজদুনা তাইবঙ জীবশিংবু কন্দুনা পুন্না হিংমিনন্নবা হোৎনগদবনি। উমং ঐখোইগীদি তৌদবা য়াদ্রবা ইথৌনি হাইবসি মুন্না খংগদবনি। মালেমসিদা লৈরিবা অচৎ-চত্তা লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক ইশ্বরনা অমত্তা ওইনা পুলপ থম্মীবম্নবনি হাইবসি খক কাওরোইদবনি।

পাওজেল তারবা উয়ামদুনা মাগী মাগী শিন্থা কাইদনবা অরা অনা থিদনা কন্না হোৎনরি।

মশাগীতা খনবা ওইজবা থিবা মীওই উ-কারবাবরালা কাংবু অমসুং শিংগীদমক খনবা উমং য়োকপগী রাখলদি যাওদবা কাংবুশিংদুনা মফম মরাং খংদনা পংয়ান্দা যানবা হৌরকখি।

শীংজঙ মখোল তাবদা উশিংদুনা মিপাইরি, কবম তৌগনি ঐখোই লোইনা শিবা তাবে লাওখোংদুনা শিরমদাইগী মীকপ মীরাওখোনগুম উমংদু পুম্নিন নিন্না কপ্লখি। মখোই ময়ামগী অপুনবা খোঞ্জেল অমতদা কপ্না কপ্না হাইজরকখি, "হে-মীওইবশ। ঐখোইবু যানবীগনু, উমংবু নুংশিবীয়ু, নখোইনা হিংবদা ঐখোইনা অচৌবা থৌদাং লৌজরিবনি, মালেমসিদা উমং ঐখোই লৈত্রবদি জীবপানবা অমতশু হিংদুনা লৈবা ঙম্মোই হাইবসি নখোইশু খঙউ। ঐখোইগী করি ইরান লৈদুনা য়ানবীরিবনো?"

মখোইনা হাইজ লাওজরিবা পুম্নমক তাবিদনা অরেপ্পা লৈতনা যাল্লকপনা উমংদু পুমকোক কোকখি। কান্নরবোই খন্দুনা ময়াইদা হৌরিবা লাইয়োইরবা ইহো হোরবা উজাও অদুমকক্তি যান্দনা থনমখি। মসিদা নত্তনা অমুকশু লম্মৈ থাদুনা তুম্না চাকথোকখি।

*হৌজিক্তি ময়াইদা হৌরিবা ইহো হোরবা লাইযোইরবা উজাও অদুমখক্তা ঙাইহৌরে।*

লম্মৈগী মৈরিনা রাইবদা মশা মউ ইকা কারবা শিদে হাইবদা মঙাইরবা লাইয়োইরবা উজাওদুনা মৈশা খাঙনা খাঙনা নীংবা কায়না কপ্পা কপ্পা, "হে-মীওইবা ফত্তেদকো নখোইসে ওহোক্লুও পুকচেল পিকইদা, উমং অমনা থরায় পানবা জীব কয়া কযা মশিং নাইদনা কল্লি, উমং কয়া কযানা ঈশিং নুংশিৎ শেংহল্লি, অযিং অশা, নোংজুগী চাং মালেমগী খন কাইহন্দনা থম্মী, উমংনা মাঙখ্রবদা তাইবংপাল অসিদা জীব অমত্তা হিংদুনা লৈবা ঙম্মোই হাইবসি নখোইবু খংদব্রা?" তেংথারি।

শোল্লবা পুন্সি লোইবমদাই ওইববা লাইযোইরবা উজাও হনুবদুনা মবুক্লিং নুংশিনা, মাগী নুংশিরবা উমংসিদা শা-কৈ, শজি শঙাইসিংনা মনিং তম্মা চেন চোংদুনা শান্নজবম্বা, পোম্বী চেক্লাশিংনা পামেল ফৈরাথক্তা নুংশিবা খোঞ্জেলনা মপুগী কোলোই শোল্লম্বা অমুক হন্না উববোই তারবোইদকো শোহ্বাংনবম্লগা পুন্সিগী অবোইবা ওইনা মমিৎ উইশিনখি। *

# (১৫)
## হুয়ানবা অনি

বীরসিং লাইববা ইমুংদা পোকই। মহাক পুকচেল শেংই, থম্মোয় চাওই মীওইবা সমাজগী ফনবতা খঞ্জবা মীওই অমনি অদুবু লাইরবনা মরম ওইদুনা কনাগীশু মতেং পাংবদি ঙমজখিদে।

মহাক মমা মপাগা শোঞ্জিল্লকপনে লৈত লাইরগী মৈশানে মকোক্তা মখুৎ হাপ্লদুনা করি উপাই তৌশিগে অরাবা রাখলনা চিন্তা তৌরুরবা তুংদা অমম্বা লৈচিলনা হাইদোকখিবগুম অনৌবা রাখলগী মঙাল অমা থোক্লকখি। মীওইপোক্নি করিগী অরা অনা থিফম থোকপগে, খ্বাযবম্মন্দ বজারদা কুল্লি ময়াম মকোক, মরেংবান্দা পোৎলুম ময়াম পোৎথাং পুদুনা শেল তাল্লি, থেলা ইল্লি, রিক্সো থৌবি ঐশু অদুমঙাই। অমুক মখা খন্থরকই, লাইরবা ঐনা রিক্সো অমা লৈবদি ঙম্মরোই অদুনা হয়েংদগী বজার থোক্লুনা পোৎথাং পুবা হেক্তা য়াওরুবগে খনখি। নোংঙানবগা বজার চত্তুনা কুলি অমগী মতৌগুম পোৎথাং পুবা হৌখি।

অশুম্না পোৎথাং পুদুনা শেল তাল্লকপনা মতম কয়া হৌখ্রে। করিগুম্বা কান্দা থবক্লা লৈরকত্রবা নম্প্রগা রারবা মতমদা দুকান অরাংবা অনিগী কারক নুংশিৎনা লিরী লিরী শিৎপা অয়িংবা গলি অমা লৈ মদুদা হেক হেক পোথাই।

অচৌবা বজাবদা মীয়াম তিনবা হাইবসি মহৌশানি। অদুক য়াম্বা মীযামদো কনামত্তা পুকচেল তিন্নদে। পুকচেল চাওবা পিকপা। হুয়ানবা ডাকু তারাং ওইজবা থিবশু মীয়ামদুগী মরক্তা কোঙ্গাইনি। মখোইশিংদুগী মরক্তা হুয়ানবদা থোইদোক্লা হৈ-শিংলবা পাখং অনিশু য়াওরি।

হুয়ানবা পাখং অনিদু কদাইদগীনো, কবি লমদগীনো মমিংনা কুরি করি কৌই হাইবা খংদে। মশক মতৌ ফজৈ রাং চাওই, চীং লেম্মী চুঙ-ফিরান চাই, মফি মরোন নান্না শেৎলি।

মবান্নী বজার মনুং শিন্থুংনা চৎলি। মী চিনবা জগা য়েং য়েংদুনা চংই। সিনেমা হোলদা তিকেৎ লকপা শাদুনা ইন্নবা থাওই. দুকান অচৌবশিংদা পোৎ লৈবা লাকপা মীশিংনা চিল্লবা হেক্তা চংশিল্লী, য়াওশিল্লি। লাকইবা মীশিংদুদগী পৈশা শথলি, মৌ-নহাশিংগী নাকন্দা য়াল্লিবা বেগ অচৌবদুগী মনুংদগী মনি-বেগ শথলি। শুমদৌনা হুরানবা অনিদুনা শেল তাল্লকপসি ফনা মকুইরে।

মবানীনা নোংম নোংমগী হুরানলুবা শেলশিংদু বীরসিংনা হেক হেক পোথারিবা অচিকপা অয়িংবা গলিদুদা হেক হেক য়েন্নে।

বজারদা কুইনা চাক্তাদুনা লৈরক্লবা বীরসিংনা অনিদু হুরানবনি হাইবা মুন্না খংই।

হুরানবা অনিদুনশু বীবসিংবু কুলিনী হাইবা অদুম খংই।

মখোই অহুম ইখং খংনরবশু নোংমত্তা পুন্না রারী শামিন্নবদি অশুক কুইরবসি অমুক্তা তৌরকত্রি। নুমিৎ অদুদি হুরানবা অনিদুগী মরক্তগী অমনা কৌরকই। কয়া থৌওই উশিত্তনা, খোন কল্লপ্না, "বন্ধু নওনা পোৎলুম থাংদুনা কুলি অমগী মতৌগুম অদুক রানা শুরিবদু কান্নরোই নরু নয়াং তেক্কুনা তোক্লনি, ঐখোইগী নুঙাইখ্রবা কারবার অসিদা য়াওনে।"

বীবসিং রাতাদু তাবদা মমাই লৈশিল্লকই। মিৎয়েংদুনা রাদি ঙাংদনা নখোইগী নতৌদু পামজদে হাইবগী ইঙ্গিৎ পিখি।

হৈ-শিংলবা হুরানবা অনিদুনা অদুক পঙবা নঙদি ঙহাক পোথাহৌখো হাইরম্লগা থোকখি।

বীরসিং মথন্তা তুমিন্না ফমদুনা থম্মোইনুংদা রাখল কয়া খনবা হৌরকখি। মপাঙ্গল শামুগুম কল্লিবা মখোইনা নমথাক তৌদুনা হুরান্দুনা লেনগনি, হিংগনি খল্লিবা কয়াদা ফৎখিদ্রবা জাৎনো। অদুগা অমরোমদা অরাপ্পা খুঙ্গঙদগী লাক্লিবা লৌ-ইখোল রানা শুদুনা পৈশা তাঞ্জবিবা মখোইশিংদুনা মচা মশুশিংগীদমক খন্দুনা ফিরোন অমদি ইমুংগী অরাৎ অপা লৈবা লাকচরিবা, লাইরবা লাইরবিশিং অদুদগীশু

মখোইনা পৈশা কয়া কয়া শৎপিহৌরিবনি। লাইরবা লাইববিশিংদুগী থম্মোইদা পেন্দবা শাওনিংবগী মৈরিনা চাক্লম্বদগী মপাল থোক্লক্লুনা ধর্ম্ম যাওদবা মীনুংশি লৈতবা হুরানবা নখোইদি নপুম্পিগী নুঙাইবা ফংদনা উৎকী মপৈগুম তুমদুনা মাঙউকো শাপ তৌরিবসি নখোইদি খঙদ্রমালে।

মহাক্লা ঙহাক খল্লম্লগা মতম অসিদি আ-য়ৌখ্রেনা হাইরম্লগা ফুক্ক হৌহত্তুনা গলিদুদগী থোকখি।

নোংমদি হুরানবা অনিদু অচিকপা গলিদুদা অরোনবা রা কয়া তানখি অমনা হাইবকই, "ঐখোই অনিনা তৌবিবা শেন্দান অসিনদি ইচাও চাওখৎপা যাববোই অদুনা নোংমৈ মচা অমমম লৈরসি অদুগা শেঙ্গাও পাইবা কারবাব রালা, দুকান্দার অমসুং খুঙ্গংদা লৈরিবা ইনাকখুনবা অফিসারশিংসা নোংমৈ উত্তুনা দিমান্দ লেটর পিশিন্দুনা পৈশাসি নম নমদুনা লৌববদি থুনা চাওখৎকনি। ঐদি মসি পাম্লে, নঙনা কবি হাইবিবা?"

অমনা অমুক খুম্লকই, "নঙগী জ্ঞানসিদি হাইফেৎ লৈহাই। ঐগু য়ারে অদুমহাইনা তৌবসি, য়াম্না ফরে, অদুগা লেটর হেদ অসিনা কমদৌশেহাইবা?"

"হেরা অদুগীদমক্তদি কবিগু রানিঙাই লৈতেদা। অচৌ অচৌবা পাটি লৈরিবশিং অসিগী নামাদা ইরগা হেক্তা নমথোক্লগা লোইরেনে। অগুক লাইবসিবু নঙশিদি," অসি হাইরগা মবান্নি রাতানবা লোইরদুনা গলিদুদগী থোকখি।

বীরসিং নুমিৎ অদুগু হান্নগী ম[illegible]তৌগুম গলিদুদা হংচিৎ লাংদুনা অদুম লৈহৌই। মহাক্লা রারীশিংদু লেইনা তাহৌদ্রবগু অয়াম্বদি তাহৌই। মানা তুংদা [illegible] ওই[illegible]োইদা [illegible]রিংদা খজরেই।

হুরানবা অনিদু মতম খরা লৈরবগী তুংদা শেঙ্গাও পাইবা ইমুংশিং অমসুং অচৌবা দুকানশিংদা চঙ চঙদুনা নোংমৈ উত্তুনা,

দিমান্দ লেটব পিদুনা শেলখাই হৌবকখি। ম্রফম খুদিং চৎ-চত্তুনা খাইবকপনা মবানি মমৈথংদদি শেঙ্গাও পাইবা হাইবদু ওইরকখি।

লানহৌবা পাটিশিংদুনা মখোই মখোইগী পাটিগী মিংদা নোংমৈ উত্তুনা, অশাবা দিমান্দ লেটব পিদুনা শেল খাইরে হাইবা খংনরকপদগী মখোইবু ফারগা অকনবা চৈবাক পিনবা কোইথি থিবা হৌবকখি। মখোই অনিশু অশেংবা পাটিশিংদুনা কোইথি থিরে হাইবা খংলকপদগী তুম্বা চাবা খঙদনা লোৎপা হোৎনবি। মমৈথঙদা পিকখ্রবা মৈতে লৈবাকসিদা লোৎপনদি কান্নববোই খন্নবদুনা অহিং অমা ম্যানমাবোমদা লোন্না চেন্নবা হোৎনখি।

মীবোৎ খবা অথেঙবা অহিংসিদা ম্যানমাবোমদা লোন্না থোকখিগদৌবে হাইবা অবোনবা পাও অমা ফংবদগী ইম্ফাল কমান্দোনা থি-হুম্বগী থবক চৎথবকখি। চেনফম লৈত্রবা হুরানবা অনিদুনা নোংমৈ কাপথোবকখি। কমান্দোশিংদুনা হন্দুনা কাপ্পদা হুবানবা অনিদু শিনা ফংখি।

মথঙগী নুমিৎ, অয়ুক অঙনবদা খবর কাগজদা হুরানবা অনিদুগী ফোটোগা কোন্ননা মরিক চুম্না ইদুনা ফোংদোরকখি। অয়ুক্কী পুং তবেৎ মখাইগী বেদিও পাওদশু মপুং ফানা পাথোরকখি।

বীরসিং নুতিগী মতৌগুম ঙন্তা হৌগত্তুনা বজারদা পোৎথাং পুবা চৎনবা মফি মরোন শেৎচিনবা লোইবদুনা ইমুংদগী পবপ পবপ থোরকই। হেক থোক্লকপগা দারীমপান্দা তাদুনা লৈরিবা খবরদু লৌখত্তুনা য়েংই। অহানবা লমাইদা ফোটোগা কোন্ননা ইবিবা ব্লাহে পরেংশিংদু পাথবকই।

“শকখংদবা লানহৌবা অনি ইম্ফাল কমান্দোগা কাপ্নবদা শিবে। মখোই হৌজিক বিমসক্কী মোগদা মশক মমিং খংদনা লৈরি। মখোইদগী নাইন এম এমগী পিষ্টোল অমমমগা কাপ্পা যাবিবা মরু খরগা, দিমান্দ লেটব মঙাগা কোন্ননা রিকভর তৌরে। মখোই অনি মীযামদগী নমদুনা শেল খাইবনি হাইবশু খংলে। ইমুং মনুং মরি

মতানা নুমিৎ হুন্নিগী মনুংদা শক তাক্লুনা লৌরদ্রবদি নিয়মগী মতুংইন্না সরকাবনা পোৎলোইশ্রনি।"

মহাক্না অহানবা লামাই, কাপ্লবগী কলম অদু হেক পাবা লোইবগা ফোটোদুদা মুন্না য়েংই, শোইদ্রে হুরানবা অনিদুনিদনা, মানা মানা তৌজরুবা কর্ম্মগী ফল ওইনা ফংজবনি, শিবনদি মতিক চাই, অদুবু মীওইবা কৌবনিনা শিরে হেক তাবদদি মনুংঙাইতে। মখোইনা ওৎলম্বা মীওইশিংদুগী পাপকী মৈরিনা চাকখৎলক্লুনা কনবা ঙমদনা মথ্বাই ফাওবা হেক মাঙদুনা তোকইদা। রাখল তৌনা তৌনা বজার চৎনবা কোম্বোংলোমদা থোকখি। *

# (১৬)

## তূমদনা মঙবা মঙ

গোপালনা অহানবা উজবা মচা নিঙোলনি খঞ্জদুনা মধুমতিবু কয়াগী মতিক নুংশিনা, লুনা চান্না তৌর্জখিবা। মহাক্না মচানুপীবু নুমিৎ খুদিংগী মখজাই অনিমক ওন ওন্দুনা হন্না হন্না চুপচখি। ইচাদি মোইরাংগী থোইবীনি হায়র হায়রদুনা মপাম্বোম অচৌবা অনিদুনা ৱাংনা ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা চোংজখি।

মহাক্না নোংমা মহৌশাগী মতৌগুম নুংশিজরবী মচানুপীদুগী মখজাই অনিমক ওন ওন্দুনা চুপ্লগা ৱাংনা ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা চোংলম্বদগী মখুৎ নাম্থোক্তুনা লৈমাইথক্তা তাখি। লৈমাইদা তারবা অঙাংদু অসিবগুম তিংদম ৱাম্বখি, কুচু তাইফেৎ তাখি। গোপাল মচাগী মতৌ উবদা জ্ঞান মাঙখি। মমানা চেনশিল্লক্তুনা মচাবু কোনখৎলগা অঙাওবীগুম কপ্পা কপ্পা কোইলাও লাওখি। লাওরকপদু তাবদা অনকপদা লৈরম্বা মীশিং চেনশিলক্তুনা অঙাংদুগী লরাইদুদা ঈশিং চাইদুনা অমসুং শ্বনা কামদুনা কন্না হোৎনবদগী উচিন নাচিন্না হম্বক্তুনা জ্ঞান লাকখি। অদুবু ফবে হাইবগী ৱাদনি অঙাংদু ৱাখল ইচোই চোইরি।

মচাগীদমক নিঙমদ্রবা গোপালনা ডাক্তব কযা তানদুনা হন্না হন্না লাইয়েংজখি। অদুবু মচাগী চোইবিবা ৱাখলদু ফবদি অদুম ঙমখিদ্রে।

মহাক্না মচাগীদমক খনবদা অঙাওবগুম মচি মচি ফমদুনা চিন্তা তৌরি। মীচিক মীবাওখোন তারকত্রবা অথেংবা অহিং কযা মমাগী মথাদা কোন্দুনা নিঙাইদনা তুম্লিবা মচাগী মতৌ য়েংলগা মীৎলুদগী পিরাং কযা শিম্বখি। তুম্লিবা অঙাংদুনা তাখিগনি মতাগুম লোন্না পিরাং তৈথোকচখি। অহিং কযা তুমদনা মচাগী মতৌ যেংজদুনা লেনখি।

মধুমতি মমা মপান্না চেকসিন্না শেন্নদুনা য়োকচখি। মহাক মতমগী খোংলৈ তুংইন্ন লৈশাবী মপুং ফারবী হাইবদু ওইরক্লে।

মহাক্না লৈশাবী মপুং ফারক্লবা মতম অসিদনা মমা মপা অনিগী থম্মোইনুংদা নিঙমদবগী মৈবিদি অত্তম অত্তম চাকপা হেনগৎলক্লি। মমা মপা নপ্রগা কনাগুম্বা মীওই অমগা লোইনদুনা ন্নারী ন্নাতাই শাবা, থবক ইনখাং গুম্নিন্নবা মতমদদি করিগু তৌদবা মীওই অমগুম জ্ঞান তানা লোইনবা য়াই। মতোমতা থাদোক্লবদি অঙাওবী অমগী মতৌগুম হেক্তা তৌই। মচাগী মতৌ উবদা থম্মোই লাইমন ওইববী মমানা লোন্না কয়াবক কপচখি।

গোপাল মচানুপীগী তুংগী যাইফনবগীদমক খন্দুনা ফিশা লোনশাগী অফবা ওঝা কযা তানদুনা তমহনখি।

মধুমতি মখুৎ মশা য়াম্না হৈ-শিংই। মানা শাদোবকপা ফনেক মপাল নাইবা, সনা ফিগে, বানি ফি, ফিবাল লোনবনচিংবা তব্ব তরুই, খুৎ নাল্লি, বাসি হাপ্পি, অতোপ্পা মীনা শাবদগীদি পুমতোপ তোপ্পী, মীনা যাম্না পাম্লে।

মহাক মতম খবা ময়ুমদা ফিশা লোনশা তৌদুনা লৈরম্নগা প্রেমচান্দ কৌবা নুপা অমগা লুহোংদুনা পুন্সিগী য়ুম্বাল লম্বীদা খোংদামিন্নখি।

প্রেমচান্দ পুকচেন চাওবা মিনুংশি লৈবা অতোনববু য়োকখৎনিংবা মীওই অমনি। মহাক্না মধুমতি লোইনবী ওইনা লৌখিবদি পুন্সিগী ওইনা ঙাক শেনবীদুনা অনৌবা মঙাল ফাওহনবা ঙম্না য়েংগে খঞ্জদুনা নুংশি পামজনা লোইনজখিবনি।

মহাক্কা মতম খরা লোইনরবা তুংদগীদি মধুমতি ন্নাঙাং শাঙাং তৌথোবক্লিবা মওং মতৌদু উবদা হান্নদগীদি য়াম্না ফগৎলক্লে খঞ্জদুনা পুক্লিংগী অপেনবা ওইজখি।

অঙকপনি ইশ্বরগী লিলা, প্রেমচান্দ লাইওং খংদবা লাইনা অমনা নাবকপদগী লাইকন্নবা ঙমদনা তাইবঙপাল থাদোক্লুনা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখি।

মপুন্নোইবা কাইনরবী মধুমতি অন্না মৈশা লাংবা হৌন্নকখি।

ঙাকপি শেনবীনবা কনা লৈত্রবনা মশম মনা ইফা ফা মচি মচি ফমদুনা তুমিন তুমিন নোকখি। অমুকশু মমাই মম্থিৎ ইপোম পোম্বমখৈ তেংথাদুনা কপচখি। মহাক হৌজিক্তি য়েংহৈদ্রবী অঙাওবী হাইবদো চপ চানা ওইরে।

প্রেমচান্দগী মতৈমা অমুদোম্বীনা তাইবঙপাল তায়োন্নরবি মনাওনুপী মধুমতিবু চিনগোল নাওকোন্দুনা লৈমিন্নবা তাখি।

অমুদোম্বী রানীংদবী, শুনীংদবী অকে অমৌ পামজবী মপুরোইববু শুম্বা ঙম্বী, চিনফেন ফবী শক্লোন পুবী, পুকচেল পিকপী, মীনুংশি যাওদবী নুপী অমনি।

মহাক্না মধুমতিবু অশুক্কী মতিক নুংশি হৈতনা তমথীনা ওৎপীরি। নোংমত্তা চাক মবুক থল্লা পিজদে। মখোইনা চাবা থকপা লোইরবা মতুংদা অরেম অপা, লুখাক চশুম ছুই হৌদোংদা পিজবশুম পিজৈ। লুখাক চশুম শেংহল্লি, কোললিক ফেংহল্লি। তৌ-হাইবা যাদ্রগা থীনা ফুবি, মীনাইনুবী নঙনা শিজখ্রো হাইদুনা মঙকশম পাইদুনা ইনবী। মহাক্না চাক হেক তোকপগা মাঙ্গোলদা ফক অমা থারগা ফমদুনা জারদা মতপ শাইদুনা উইরুম উইরুম নুঙাইনা লৈথোকই।

মবুক থন্দ্রবা মধুমতিনা লাম্বনা খাঙবা রারবদা অচৎ অওক্তা লুপা মঙা, তরা নিরী নল্লো অচাপোৎ লৈবীরম্মু হাইজরি।

চাক্লি ফিনী তৌদুনা ঐগী ইজৎ য়োল্লিবা মতুংদা অমুক তৌখিদ্রা হাইদুনা ইমুংদা পুসিল্লগা কনা খংহন্দনা অমুদোম্বীনা থীনা ফুবি। উপাই লৈজদ্রবী মহাক্না কগুনা রানা চৈনা খাঙলি।

য়ুম্লোন কৈরোন্নবা অমদি লৈকাইগী মীশিংনা অমুদোম্বীগী মীওৎ মীনৈ মুন্না খংলবশু মীগী ইমুং মনুংগী রানিনা কম্নি হাইরুনি পেন্দ পেন্দ খাংনরি।

সনাজাওবা গোপালগা নুংশিনা তিন্নজবা মরূপ অমনি। মহাক্না ঙসাইমখৈ চৌক্রি মথক্তা ফমদুনা মধুমতিগী রাখন্দা শূর

হোনগনি হাইবা ফাওবা কাওবমখৈ ফুল্লুরগা শূর শাংনা হোন্দোক্লগা মুরুম মুরুম শোল্লকই।

"ইবেম্মা মধুমতি নঙশে ওহ্নোক্লা নবাইবক থিগ্লেদা। পোকপদগী নুঙাইবা হাইবদো মশক খংদনা পুন্সি লোমগদৌরিদা। নোংদম্বা নঙনশু ওহ্নোক্লা থীনা তম্বীরম্মীদা। নহানমুক্কী মপোক্তা করি পাপ্পু লংজরুদুনা হন্দকমুক্কী মপোক্তা অশুক রানা লেল্লিবা।"

মহাক্কী লোইনবী লৈমনা, খোন কল্লপ্না, "মখোই পাবুং লাইরিক ইবশু নত্তা, পাবশু তৌদ, ঐগী ইতেং খরা পাংবিবশু নত্তে, ঙসাইমখৈ চৌক্রি মথক্তা উংদুনা তৃমদনা মঙলিবা মঙ অদুবু করি মঙনো?"

সনাজাওবা জ্ঞান লাকই, ফুক হৌগৎলি, বাথরুমদা চঙদুনা মমাই মমিৎ তাথোক্লি। *

# (১৭)
# পুমতাক তাকখ্রবা ইমুং অমা

মঙ্গিজাও অমসুং লৈরিক নুমিৎ য়ুংখৎলকপা, নুংশানা কনখৎলক্লবা মতমসিদা কন্না খৎনরি। মবানি চিন্দা পাওদানদুনা খৎনবমখৈ খৎনরম্লগা নেমথবক্তুনা ইঙনা তপ্না রারী শানবকই।

মঙ্গিজাওনা হাইরকই, "নঙবু ঙসাইনা কনা কনাদগীনো খবা হংনরম্বা য়াদব্রা। ঐনা থবক শুরুবগী পৈশাশু হযেং পিবগে হাইদুনা পিবকত্রে। হৌজিকপু নচাশিংসি চরা হেনবা তারিব্রা?"

"খঙদ্রে মপা, ঐশু হংবা যাবা খরদি হংলুরবনি। হংমল্লদনা কনাশু থওইনা তাবিদ্রেদা, ইকাই ফিরুক খুম্বাইদু তৌরবনি। মখা তারকই, মীনা মচা অমত্তং পোকপা ফাওবদা রানরবসিদা ঐনা মবিনী পোকইবা করিনুংগীনো হাইবদু য়ৌবপোৎনিদা।"

মবানি ঙহাক রাবী শানবম্লগা মঙ্গিজাও থোকখি। চা-মনা খরা লৈরুরগা হজ্জিল্লকখি। চাজম ওইনা ফুৎলগা মচাশিংগা লোইননা মবুক থন্না থকমিন্নখি।

নোংজু থাগা ওইবনে নোংনগা অহিংচুপ্লা লেপ্তনা কন্না চুবনে, নুমিদাং চবা হেনবগী রাবনে, অরাবদা ঙমখৈ লৈখিদ্রে মঙ্গিজাওগী ইমুং।

লৈত লাইরনা কনখিবনা স্কুলগী মিংজনশেল, ফি থীবা, লাইরিক লাইশু লৈবা ঙমদবনা মচা মরিমক লাইরিক তম্বা তোকহনখি।

চানীংবা চাবা, শেম্বনিংবা শেৎপা, তম্নিংবা মহৈ তম্বা ফংলকত্রবা, মমান্নবশিংগা মীমান্নরকত্রবদা মচাশিংদু নীংবা কাইবা হৌরকখি।

মচানুপা ইবোহলদি লাইরিক তক্ষন্দবদা থোইদোক্লা নুঙাইতবা তৌদে। মহাক মবুধি লৌশিং খরা রাৎলি। মমা মপাগী মতেং পাংবা শু-নোম্বদি য়াম্না কল্লি। পুকচেল শেংই, ধর্ম্ম লৈ।

যাইমা অমসুং ইতো মচানুপা অনীদুদি মথৌনা মবিংজেল লৈ মী কিদে, ঙাংনবদা খবা শাথি। মবানিমক মতম পুম্বদা রাখল

ইনুং নুঙাইতনা কবিগুম্বা অমা ইখন্দা খনবদৌনা তৌই।

মচা নিঙোল অমা য়াওবদুনা লৈশাবীগা ওইবনে মমা মপা মবুং মৌপুা রাস্তনা লৈবনা করম্না লৈকাই পম্বাল লান্না সিল্লংবা চৎকনি। মমা মপাগী করম্না মতেং পাংশিগে খঞ্জরি। য়ুমদা ফিশা লোনশা তৌগদবগু নোংমগী চরা থিরীঙেদা অদুম্মক তোক্রে, করি উপাইনো হৌজিক তৌগদবা অরাবা রাখল তৌরী।

য়াইমা লাইরিক লাইগু ইতম তমহৌদ্রবগু মবুধি মরৌশিং লৈবনা ইবা পাবা মরিক চুম্না ঙম্মী। মহাক্না জনা-নেতা ইরাবতকী পুন্সি রারী নৈরুবদগী অনৌবা ইনোৎ অমা মঙোন্দা ফাওরকখি। সরকারনগু কয়া থওইবীদ্রবা অমসুং শেঞ্জাও পাইবা ইনাকখুনবশিংনা লাইরবা লৌমী শিনমীশিংবু নমথদুনা থম্বীবা পুম্নমকসি খল্লুবদগী লময়ানবা ইরাবতনা পামজবম্বা লম্বী অশোমদা চৎলগে খনখি।

মহান্না মতম খরা লৈরগা মরুপ মপাং অমসুং নহারোন কয়া খোমজিন্দুনা য়াওনলুপকী শংস্থান অমা শেমগৎলকখি। সংস্থান্দুনা লাইরবা প্রজাশিং, লৌমী শিনমীশিংগী পুন্সি কল্লু, হক মাঙহনগনু হাইদুনা অকনবা খোল্লাও লাউদুনা সরকারগী মাইয়োক্তা খোঙজং চঙশিল্লকখি।

সরকারনা সংস্থানশিবু তেরোরিস্টনি হাইনা লাওথোরকখি। অকনবা হুকুম তৌরকপদগী লিদর য়াইমা অমসুং মেম্বর কয়া ফাননবা সিফাইশিংনা কোইথি থিবা হৌরকখি।

তেরোরিস্টনি হাইনা লাওথোরকপদগী উপাই লৈরকত্রদুনা মখোই মীরোৎ অদুম ওইখ্রে।

য়াওনলুপ অসিগী লাইরবা অমসুং লৌমী শিনমীশিংগী পুন্সি কল্লু হাইবা খোল্লাও লৈবাক শিনবা থুংনা তানখি। খোল্লাও অসিমক্না য়াওনলুপসিবু প্রজা পুম্নমক্না নুংশিনা শোন্নখি, থাগৎনখি। শোইদনমক প্রজাগী অচুম্বা য়াওন অমদি পুরকপা ঙমগনি হাইবা থাজনখি।

য়াইমা লোয়ালমগী খুঙ্গঙ কয়াদা চংজফম লৌদুনা চাক্রি-

ফিনি তৌদুনা ৱানা লেনখি। মহাক পুকচেল শেংবা, অচুম্বা লিচৎ চৎপা মীওই অমা ওইবনা মীয়াম্না মতেং কয়া পাংবিখি।

মনাওনুপা ইতো ময়াম্বগী মতুং ইনখরব্রা নত্রগা কদাইদা চৎখ্রবনো খঙদে। মহাকস্ত ময়ুম থাদোক্লুনা চৎখিবা ফনা মকুইরে।

মঙ্গিজাও অমসুং লৈরিক লৈত লাইৱা অৱাবগী মথক্তা মচা অনি য়ুম থাদোক্লুনা চৎখিবনা অৱা চৈথেং খম থেংখি।

নোংমগী অয়ুক অঙনবা মতম্লি মনিপুর পুলিস অমসুং অসাম রেজিমেন্ট কম্বাইন্দ ফোর্স খুৎপু অমনা মঙ্গিজাওগী ময়ুম কোইশিনখি অমসুং থি-হুম্বগী থবক চৎথখি। অদুগা নচানুপা লানহৌবা অনিদু কদাইদা লৈ, লৈফম তাকউ হাইদুনা কন্না তকখৎলকখি।

মঙ্গিজাও ইবুঙোখোই অহল ওইরবা শোল্লবা মপা ঐঙোন্দদি করিমত্তা খংহল্লমদনা অদুম মাঙখ্রবনি। ঐ মখোইগী মরমদা করিমত্তা খঙখিদ্রে।

ইবোহললোমদা ওঙ্গিলদুনা অমুক হংলকখি। মহাকস্ত খঙদবনিনা খঙদে হাইনা খুমখি।

করিগী খঙদনি হাইদুনা থানা সিফাই ময়ামদুনা মহাকপু ফাদুনা আর্মি কেম্পদা পুখি। কস্টদিদা নুমিৎ মঙানিরোম ৱাহং পাওহং তৌদুনা থীনা ফুখি। ফুমনবনা মশা চোকথরকখি মমৈথঙদা জ্ঞান মাঙদুনা লেকথরকখি। মহাক্না য়ুমদা হলক্লবা মতম খরগী তুংদা ই-অসিবনা থল্লবা হকচাংদু অশুম পুমথরক্লুনা লাইনা অমা ওইদুনা অদুম শিখ্রে।

শিলোংদা থাখাই অমা চুম্না য়াওল্লুপকী অৱোনবা ৱাতানবা মীফম অমা ফমখি। য়াইমা মীফমদু হেক লোইবগা কার অমুবা অমা থৌদুনা মনিপুর থোক্লকখি।

শিলোংদগী য়াইমা মনিপুর থোকখ্রে, কাব মচু অমসুং নম্বরগা কোন্ননা পুলিস চেক পোস্ট খুদিংমক্তা অৱোনবা পাউ পিরকখি। চেক পোস্ট খুদিংমক মিকুপ নাহুমশিংনা লৈনখি।

য়াইমা য়ান্না চলাক হৈবা লৌশিং লৈবা নুপা অমনি। মহাক্না তোংলক্লিবা কার অমুবদু লমখাংদা হন্দোক্লম্লগা অতোপ্পা কার অঙৌবা অমা লম্বীদগী লাক্লগা থৌরকপনা চেক পোস্ট খরদি নাহ্বোরকখি।

কার মচু অঙৌববা ওনখ্রে হাইবা অরোনবা মেসেজ অমা মাও চেক পোস্টনা ফংখি।

য়াইমা মাও হেক য়ৌরকপগা পুলিসনা পুমকোই কোইশিনখ্রে। করম্না নাহ্বোকশিগে খনখি। অদুবু নাহ্বোকপা ওম্মগী শক্তিদি লৈখিদ্রে।

পুলিসনা সরেন্দর তৌ হাইনা হন্না হন্না কয়ারক লাওরকখি। সরেন্দরদি তৌখিদ্রে, মশাগী নোংমৈনা মথন্তা মকোক্তা কামসিন্দুনা শিজখি। পুলিসনা অসিবা হকচাং ওইনা ফংখি।

অহল ওইরবা শোল্লবা মঙ্গিজাও মচা অনি মথং মথং শিজিল্লকপা, অমনা কদাইদা লৈরিবা মরা মপাও তাখিদ্রবদা অরাবা রাখলনা লাইমন ওইদুনা খংশোল শোক্লিনখিদুনা শিখি। মমা থারিকত্ত অসিমত্তাই মপুরোইবনা লৈখিদ্রবা তুং ইকুই কুইদনা অরাবগী পিরাংলক্তা ঈরাক্লদুনা পুন্সি পিখম্নখি।

য়াওনলুপ মখোই মশেল মোৎ মান্নরক্তবদগী নাপাক নাপাক তানরক্লুনা মচেৎ মচেৎ কাইথরকখি। খরনা মমা লৈবাক মজাতিগী খন্দুনা মথ্বায় থাবমখৈ থম্মোই শেংনা হোৎননিংই। খন্নরনা মশা মশাগী ওইজবা পাম্মকই। মখোইশিংদুগী মরক্তা সরেন্দর তৌনিংবত্ত কোঙ্গাইনি। মখোই মশেল য়ানরক্তবদগী মখুত্তা নোংমৈ পাইদুনা কাপ্নরকখি অমসুং হাত্তোক্লখি। মদুদা ইতো শিখ্রে।

নিঙোল অমথক য়াওবদুত্ত অথাপ্পা খুঙ্গঙদা মম্নুম পানখি হাই, পান্দে হাই মফম মরাং খংখিদ্রে। লৈকাইনফাওবা লৈরম্মী হাইবা নিংশিংবা থোক্তনা কাওনখ্রে।

মঙ্গিজাওগী ইমুং ঈপাকথক্কী কোঙ্গোন্না তাকখিবত্তম পুমতাক তাকখি। *

# (১৮)

## লৈররোই চংজফম

রাখঙ্গাউ পৃথীবীগী রাংমা, অতোপ্পা গ্রহশিংদা চত্তুনা মীওইবগুম্না জীব কয়া লৈব্রা হাইনা য়েংনিংবনা মহাক্কী থম্মোইনুংদা অকনবা শাফু অমা ফাওরক্তুনা লৈরকপা কুইরে। লুরিবদি করম্না গ্রহশিংদুদা চৎকনি হাইবগী অরাবা অসিনি। মহাক্না খংই, পাইরগা চৎলবদি য়াগনি, অদুবু করম্না পাইগনি। অশুম অশুম খল্লম্বদগী ইশ্বরগী মতেং নত্রবদি করিগুম্বা উপাই অমা লৈররোই খল্লদুনা পাইবা ঙম্নবিয়ু হাইদুনা ইশ্বরবু কন্না নিংজখি।

মহাক্না ইশ্বরবু লেপ্পা লৈতনা কন্না নিংজরকপনা নোংমদি মহাক্কী মমাংদা অঙকপনা থল্লবা মুর্তি অমা লেপ্লরে।

মুর্তি অদু মীওইবগী শক্তমগু নত্তে, মওং অসিনি হাইনা তাকপা ঙম্বা নত্তে, পুম্লং লংই, মচু কয়াগী মঙাল ফাওই অঙকপগী মতৌনি।

মহাক্না অঙকপা শক্তমদু হেক উজবগা ইশ্বরনি খঙ্গরদুনা মকোক নোন্দুনা খুরুমজখি।

ইশ্বরদুনা হাইরকই, "হে-নুপা নঙনা ঐবু নিংজরকপসি কুইরে, অদুনা ঙসিদি ননাক্তা লাক্লবনি, করিনো নহাক্কী অপাম্বদু হাইয়ু?"

"জগৎকী অথোইবা ওইরিবা শকউদবা ইবুঙো নহাক্না উহনবীদুনা ইমাংদা লেংবীরক্তুনা লেপ্লিরবগীদমক থাগৎচবগা লোইননা অমুক্তগু হন্না খুরুমজরি। ঐহাক কোইপাই পাইদুনা অতোপ ___ তাপ্পা গ্রহশিংদা য়ৌজনিংই। মরম অসিনা ননাইবু পাইবা ঙম্নবীয়ু।"

অঙকপগী মতৌ ওইরবা পুক্লিং হুনা ফজরবা শক্তমদুদগী পাক্লবা উচেক মশা অনি থোক্লকখি। মশা অনিদু রাখঙ্গাওদা পাপ্সিনবীখি। হেক পাপ্সিনবা লোইবগা ননিং তম্না পাইজরো হাইরম্লগা মফম খঙদনা অদুম্মক মাগুখ্রে।

রাখঙ্গাউ নুঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে। মীওৎ মীনৈ মীহাৎ মীপুন, হিংচা য়াইতম্বগী লৈবাক ওইরিবা পৃথিবী অসি থাদোক্লম্লগা অতোপ্পা গ্রহশিংদা চত্নুনা শান্তিগী মফম থিরুরগে খল্লদুনা অহাংবা শুন্দ্রং অসিদা য়াঙনা পাইখৎখি। অশুম অশুম পাইরকপনা খঙহৌদে চাওরবা গ্রহ অমা হেক্তা থেংনৈ। মহাক্না হেক য়ৌবগা চপ লেপ্তুনা কোইয়েং য়েংই। তাইবঙ মীওম্বা থরায় পানবা জীব কয়াও উরকখি। অচৌ অচৌবা সহরশিংদা শারিবা ফুরা দলান, ইরং লংনা শিংনান্না চুমদ্রিং চুম্না চৎলিবা লম্বীগী মপান্দা উজাওশিংনা মনাপুংনা পরেং পরেং হৌরিবা, উমং কয়ানা তুমপক তুমপক য়েংবদা পুক্লিং হুরিবা, শান্তিগী লমদম হাইবদু শোইদনা ওইরম্লগনি। ঐখোইগী তাইবঙ মালেমসিদা চাওখৎলে হাইরিবা অসিদগীদি শরুক চাম্মা চাম্মা হেল্লিদা, ওহ্মোক্লগু ফজখ্রেদা থম্মোইনুংদা শোঞ্জরি।

গ্রহ অদুদা লৈরম্লিবা থরায় পানবা জীবশিংদুনা রাখঙ্গাও হেক উবদা পুমঙক ঙক্লরদুনা রা-লান অমত্তা ঙাংনদনা পুমকোই কোইশিল্লদুনা ওহাক তুমিন্না য়েংনরম্মী।

ময়ামদুনা পুমকোই কোইশিল্লকপদুদা মহাক্না করিবু থোক্লগাবা অকিবা পোক্লকখি।

ময়ামদুগী মরক্তগী খরা অহল ওইরবা অমনা ইং-তপ্না মেঙলবা রাহৈনা "মহাশোয় নহাকপু কদাইদগীনো, করম্বা মখলগী জীবনো মফমসিদা করিগীদমক লাকপনো" হংলকখি।

"ঐহাক পৃথিবী হায়না খঙনবা অচৌবা গ্রহ অদুদগী লাকপনি তাইবঙমীনি, শান্তিগী তুংনফম ওইবা মফম থিজরকপনি।" রাখঙ্গাওনা খুম্লকই।

"ঐখোইগীসিদা লৈরিবশিং অসিদি শাওবা হৈতে, ফত্তবা রাহৈ রাতা শিজিন্নবা খংদে, মীহাৎ মীপুন তৌদে, মীনা মীবু হাত্তে, হুরানবা হিংচা য়াইতম্বা লৈতে, লান হাইবদু করিনো খংদে, পুলিস দিপামেন্ট অমসুং আর্মি লৈতে, রায়েনশঙ লিংদে, মশা মশানা জ্ঞান

তাজবা মশানা মশাবু বিচার তৌজবা ঙম্বা ঙাহাক্তনি। মসিগীশু মথক্তা লিরি হুম্বা মলয়ানা নুংশিরবা শান্তিগী লৈনম মাইকৈ শিন্না য়েল্লিবা শান্তিগী তুংনফম হাইবদো মফম অসিনি।"

রাহৈশিং অসি তাবদা থম্মোই পেঙ্গরবা রাখঙ্গাউনা মখোই ময়ামগী মরকসিদা তিন্দুনা লৈজরগে কন্না হাইরকখি।

"নখোয়গী পৃথিবীদা লৈরিবা তাইবঙ মীওইবদি ঐখোইগী ইরকসিদা তিনবা য়ারোই। মরমদি নখোইদি পুকচেল পিকই, ধর্ম্ম লৈতে, মীনুংশি য়াওদে, মীনা মীবু হাৎলি, মতম পুম্নমক্তা লানগী রাখলদা খল্লি, নশাগী ওইজবতা থি, নুপীগী সমাজবু হম্বনা য়েংবী অমসুং ওৎ-নৈবী। নখোইদা নারিবা ফত্রবা লাইনা অসি লৌনরক্লুনা ইং তপ্না পাঙ্গরম্বা ঐখোইগী লৈবাক নোংমদি শুংশোই শোইদনা পুমতোই তোইনা কায়খিবা য়াই। অদুনা নহাক নরমদম পৃথিবীদা অমুক হনখ্রো" হাইনা থোৎনা মেংলবা খোঙ্গেলনা নুংশিনা থেম্নদুনা রাখঙ্গাউবু থিন্দোকপিরকখি।

মীওইবা ঐখোইগী লমচৎ শাজৎ কনানবু থাজরুনি, পাম্নরুনি। নুঙাইতবা রাখলগী চিন্তাগা লোইননা লৈররোই, লৈররোই ঐখোইগী চংজফম। রাখঙ্গাও মিকপ খংথোক থোকই, মথন্ত ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা লৈরম্মী।

*****

(১৯)

## ঈরাক্লরেদো ঙসিদি

অঙৌয়াইমা অমসুং অমুয়াইমা লৈকাই অমত্তদা পোকপা য়াম্না লুনা চান্না তিন্নবা মরুপ্নি। মখোই অনি মতাও শানৈ। অমনা অমগী য়ুমদা চৎলি, লাকই নুংশিনা চামিন থকমিন্নে। স্কুল অকা অকুম ঙাইনৈ চৎমিন্নে, হল্লকমিন্নে। অমনা অমবু নোংমতং উহৌদবদা খোইরাঙই পুক্লিং লৈতাদে, চহি অমা কাইনবদৌনা খন্নে। নুংশিনবদা হাইনিংঙাই মপা লৈতে।

মবান্নিমক লাইরবা ইমুংগী মচা ঙাক্তা ওইবনা শেৎপা চাবা মহৈ মশিং তম্বা মনীং থুংখিদে। অদুবু অখাঙকনবগা লোইননা য়াম্না রানা হোৎনজদুনা ক্লাস টেন ফাওবদি উচিন নাচিন্না পাস তৌখি।

মখোইগী মমা মপা অমসুং ইমুং মনুংনা মবানিনা পরিক্ষা পাস তৌরকপদুদা নুঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে। অদুবু লাইবক থীবদি লাইরবা ইমুং ওইবনা মখা তমথবদি ঙমখিদ্রে।

মখোই অনীমক নীংবা কাইরবা মীওই অমমম ওইখি। নুমিদাং কয়া অথেঙবা অহিং ফাওবা লম্বীগী চিদাইদা, লমপাক মচি মচিদা ফমিমন্নদুনা হৌখ্রবা অমসুং তুংদা ওইরক্কদবা পুন্সিগী অরাবা রারী কয়া শানদুনা লেনখি।

অগুম্না পেন্দ রারী শানরকপসিদা শাংলবা মতম কয়ামা হৌখ্রবা তুংদা অঙৌয়াইমনা হাইরকই "ইতাও ইবানি লানহৌবা য়াওগ্রসিরা?"

অমুয়াইমনা, "ঙাইখোদা ইতাও মুন্না অমুক্তং খন্নখিসি। অদুনা অহোইনদুম পুন্সি অসি অরেম্বদা মাংখিবগু য়াই।" নুমিত্তু মবান্নী পংঙাংদা ঙাংনরগা রারেপ্তি তাদনা থেংজিল্লক্লুনা ময়ুম ময়ুমদা চঙনখি।

মথংগী নুমিৎনি নুমিদাংরাইরম ওইরক্লদুনা নুতিগী মতৌগুম্না লমপাক মচিদুদা মবান্নীমক ফমদুনা রারী হৌরকখি।

রারীগী মরক থৎলদুনা অঙৌয়াইমনা হাইরকখি, "কান্নদে ইতাও রারী নুঙাইনবা য়ুদুম খরা খরা থক্কুনা য়েংসিরা?"

"ইতাও মদুনদুম হেন্না ফরে, খরা খরদং নত্তে য়াম্না হেক্তা থক্তোকসি। করিবু তৌরুগবনো, পুন্সি হাইবসে করিশু নত্তে শিগ্রগা লোইরপোৎনি, খরা থুনা শিনবা তৌসে, মদুতদা ঐখোইগী অরাবসি কোক্কদবনি। অদুবু লুরিবদি ঐদি পৈশাশু অমত্তা য়াওরক্তে।" অমুয়াইমনা হাইরকখি।

"ইতাও ইবুঙো পৈশাগীদি করিশু খল্লুনু ঐঙোন্দা খরা য়াওরি," ফুরিৎখাও হুমদুনা অঙৌয়াইমনা পুথোরকখি।

মবান্নীমক য়ুয়োনফমদা চৎমিন্নদুনা লৌরুরগা লমপাক মচিদুদা ফমদুনা থকম্লিখি।

অশুম্না নোংম নোংমগী খরা খরা থকলম্বদগী মমৈথঙদদি নেশাগী ঈপাক্তা তাওরকখি।

অঙৌয়াইমা ময়ুম মকৈ পাল্লবদি খরা জ্ঞান তারকপশু য়াই খন্দুনা মমা মপানা নুপী অমা হাইনা শীংনদুনা ময়ুম পালহনখি। নুপী লৈরগা খরা ফরক্কদ্রা হাইরগা অহোইনদুম ঙাওবা হেনগৎলকখি।

অমুয়াইমদি খরা শাথি, শাওগল্লি ফিংই, হাইনা তানবা ইয়া য়াদে ময়ুম মকৈ পানবগী রাফম মঙোন্দা য়াওদে। অদুনা মমা মপানা মাগীদমক রাজবদা শুমখৈ লৈখিদে।

নুমিৎ খুদিংগী মবানী য়ু থকম্লিরগা মরৈ য়েথনৈ, কন্না কন্না লাওনদুনা খথনৈ, চিনগী-লান অঙকপনি, করিশুম্বা কান্দশু নম্নে, খুৎ খোক্না ফুনবশু কোঙ্গাইনি। পুন্সিগী অমুক হন্না কৌনা ঙাংনররোইদবা মতাশুম অয়াকপা খোন থানৈ। অহিং চুপ্পা লাওবমখৈ লাওনরম্নগা ময়ুম ময়ুমদা চৎনখি।

মখোই অনীগী লাওখোংবা তাহ্রেদ্রবা রাহে কয়াদুনা লৈকাইদুদা লৈরিবা মীওই পুম্নমক অহিং কয়া তুম্বা য়াদ্রদুনা শাওনখি অমসুং হুমুক খাবাইদো য়ৌখি।

অদুক থীনা শাওনখ্রবা পুন্সিগী অরোইবা খোন থানখ্রবা অনিদু নোং হেক ঙানবগা অমনা অমগী য়ুমদা হেক্তা হৌরঈ নুংশিনা চিকথনদুনা মুরম্ম মুরম্ম ঙাংনরদুনা বেন্দর হেক্তা য়ৌখি, য়ু হেক্তা থকমিন্নে। নেশা খরা য়াওরবদুদদি মরৈ য়েংনবা হৌরকই, লাওনরকই হাত্তা হাৎনরদৌনা তৌরকই। মমিৎ ঙাংশং ঙাংশং ঙাংলদুনা হিংচাবগী মতৌগুম অমনা অমবু হাৎলগে মতাগুম ওন্সিন্নদুনা ঙংনরিবা নুমিৎ খুদিংগীনি।

নোংমগী নুমিৎনি হান্নগী মতৌগুম মবানী য়ু থকমিন্নরগা ঙংনরদুনা থীনা ফূনরকখি। মচিং ফত্রবা অমুয়াইমনা মনাক্তা তারম্বা নুংদুম অমনা অঙৌয়াইমগী মকোক্তা হন্ন-হন্না শুবদগী মকোক কাইদুনা খুদক্তা শিখি।

অঙৌয়াইমা শিখ্রবদগীদি অদুক নুংশিনরম্বা ইমুং অনিদু য়েংথিনরকখি অমসুং লারাই তৌনরকখি। অমুয়াইমবু হাৎলগা লমন শিংনবগী মৈ হৌনা শাওরবা মহাক্কী মনাওনুপাশিংনা কোইথি থিরি।

সখিনী লৈখিদ্রবা মপুরোইববু কৌর কৌরদুনা অহিংচুপ্পা তেংথাদুনা কপ্পি। মীরোল কাবক কাবক তারবা মচানুপীদুনা মমাগী মথাদা কোল্লগা হাইরকই,

"মামা নঙনা কপ্পিবদু করিগীনো? বাবাদি নখোই ময়াম চঙদুনা আ-মমাংগী লম্পাক্তা পুরগা মৈ থাদোকপিখ্রে। মৈ থাদোকপিখ্রবনিনা করিগু হল্লক্ররোই। নখোইশে ওহোক্লা ফতেদা, মানা হলক্রবদি অচাপোৎ লৈয়ু হাইগে তৌবনি। হৌজিক্তি কনাদা হাইরুনি।" মমাই মমিৎ পিরাংনা পুমচোৎ চোৎ হিক্লা হিক্লা কপচখি।

সখিনী মচাগী নুংশিরবা রাহে খোনফমশিংদু তাবদা চেজেৎ কোন্সিলগা, "ইমাগী ইবেম্মা ইমা ইচাগী মপোকসে ওহোক্রগু ফথখিদ্রবা হাইবদুনি। হে য়ু, হে নেশা নংনা মালেমসিদা লৈরিবা মীওই কয়া কয়া লৌশিনখ্রবনি, মখোইশিং অদুগী মরক্তা ঐগী ইপুরোইবগু

যাওখ্রবনিকো," অকনবা খোঞ্জেনগা লোইননা লাও খোংদুনা অহিং চুপ্পা কণ্ডুনা লেঞ্জখি।

হৈখ্রবা থৌদোক কয়া খল্লুবদা নিঙমক্ত্রবা অমুয়াইমা মঞ্জুনরবা ফিজেৎ লৈতেংগা লোইননা চাদ থক্তনা উমং ব্রামংদা মীরোৎ ওইনা লেল্লকপা মতম ফনা কুইরে। ময়াং ইকং কংলবা শরুদা মীহুলতমক হুল্লবা শোল্লবা মহাক্না উজাও অমগী মখোংদা ঙারদুনা তুমীন্না ব্রাখল তৌরকই। মপুরোইবা কাইনরবী ইচল শখিনী পিক্লিবী মচানুপীদুগা ওঙ্খোক্না ব্রানা লেল্লমখ্রনিদা। ঐসে ওঙ্খোক্না ফংখিদ্রেদা, ঐমুক ফত্তবা মীওই অমা তাইবংপাল অসিদা লৈরমখিগদ্রা, ঐগী নুংশিরবা ইতাও অদুনা শোইদনা ঐবু ব্রারৌবমগনি, মাগী থরায়দুনা মরোন্দি থোক্তা ঐবু মুন্না য়েংদুনা লমন শিংগে, হাৎলগে মখা চিক্তুনা শিংলমগনি। নুংশিরবা ইতাও ইবুংঙো ঐশু নোংমদি নংগী ননাক্তা শোইদনা লাকনি মতম অদুদা নঙনা ঐবু অমুক হাত্তুনা লমন শিংজৌকো। মতমদুদা ঐহাক্কী অপেনবা ওইজগে। অমুকশু মখা তানা খঙ্বকই, নিংবা কাইরবনি খন্দুনা পাক্লবা নেশাগী ঈপাক্তা ঈরোইরুবনা ঈরাক্লরেদো ঙসিদি। উখোংদা ঙারম্বা অমুয়াইমা লেকথরক্তুনা লৈমাইদা তুখি, পুঙ্গিগী অরোইবা য়াহিপ ওইখি।

মহাক্কী থরায়না হাংল মালংসিদা কোইপাই পাইদুনা ঐ লাক্লে ইতাও ইবুংঙো লমন শিংলরো হায়দুনা কোইলাও লাওরি। *

## (২০)
## খৎনবা তোক্রসিকো

অমুচৌ য়াম্না ফিংই, শাওগল্লি রাহৈ রাতা ফজদে। ঙাংথোক শক্তোংকপা উরাও থরাওবা ওইনা তৌই। নুমিৎ খুদিংগী ইমুংগী নুপী অঙাংশিংগা চিন্দা পাওদানদুনা ওন্সিন ওন্সিদুনা পংখত্তা খৎনৈ।

মহাক্কী নুপী তোল্লেমা ইমোৎ মোৎলি কয়া নাঞ্জদে। শুমাং থেলোং, ইমুং মাঙ্গোল পুমচাই চাই। তুলসিবোঙ রাই তৈদে নোংমত্তা বৃন্দা দেবী মখোংদা ধুপ থাওমৈ থাদুনা ইশ্বর নীংজবা অমসুং লক্ষ্মী পুজাগী রাফম লৈতে। মখোই মতৈ-মনাওগী থবক হাইববু নোংমত্তা কাংদনা অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খাইদনা অদুম চিন্দা পাওদনদুনা লৈকাই তাবা য়াদ্রবা চাওখৎত্রবা অথিবা রাহৈ রাতা কয়া শিজিন্নদুনা খৎনা লাওনবা অসিনি।

মখোইনা খৎনা চৈনরগা য়ুম্মোন্নবা অকোইবদা লৈরিবশিংদুদা ইকাইজরে। ফনা শাওনিংবা কয়া লৈরবশু কন্না ঙাংনখিদ্রে। করি মতৌনো পুম্নমক্না খন্নরি।

লনগী মপু ওইরিবী লক্ষ্মী লন ময়াম পুরদুনা তাইবঙ মালেমসিদা খোঙদারকখি। মহাক্না পুরক্লিবা লন ময়ামদু মালেমসিদা লৈরিবা মচা মনাইশিংগী মরক্তা লু-নান্না, মবুক মরা তপ্না পানবা, লৈজবা খরনা পুকচেন শেংনা লক্ষ্মী ঐঙোন্দা পুজা কচ্চরম্বা ইমুং অদুদা লন ময়ামসে শিন্নরগা নুঙাই য়াইফনা পালহনগে খনখি।

মহাক্না মথং মথং য়ুমথোং য়ৈনা অশুম অশুম লাকপনা খোইদাবা ইমুং অমত্তা থেংনখিদ্রে। করম্লো তৌরিবা মতৌসিদি তাইবঙ মালেম অসিদি ইশ্বরবু থাজবা ধর্ম্ম লৈবা ভক্তি য়াওবা কনামক্তা লৈত্রবোইরে খনখি। খন্না খন্না লাকপনা য়াচংবা ধুপ থাওমৈ কৎপা মতম অসিমক্তদা অমুচৌগী কোম্থোং চপ চানা য়ৌরকখি। ধুপ থাওমৈ কৎপদি লাইরবদুনা মতৈ মনাও লাও খোংদুনা মহৌশাগী মতৌগুম কন্না খৎনবদু মহাক্না তারম্মী। ঙশাইমখৈ

থেংনরকপা অদুদগীদি মখোইগীসিনা অমুক্কা হেন্না শাথিখ্রেনা। মফম অসিদা কুইথবা যাবা নত্তে মসিগুম্বা ইমুংসিদি অরাবগী মশক ওইগনি অশাওবগা লোইননা ঙহাক খল্লম্নগা ইশ্বরবু থাজবা লক্ষ্মী ঐবু নীংজবা কনাগুম্বা ইমুং লৈরমখিবা য়াই খন্দুনা মথং মথং য়ুমখোঙ য়েনা অম্মুক চৎথখি।

"য়ুম্মোন্নবদা লৈরিবা তোলচৌ অমসুং মেনাও ইমুংদা লোন্না রাতানখি। ইকাই খংদবা নোংমগী লেপ্তনা খৎনা চৈনা তৌরিবা অমুচৌখোইগী ইমুংসে ইকাইবা পিরগা ফত্রা য়েংশিরা?" মেনাওনা হাইরকই।

"নংনা হাইরিবদুবু, করম্না ইকাইবা পিগদৌরিবনো, মখোইগী মতৌসিদবু ইকাইবা খংগদ্রা হাইবনি।" তোলচৌনা খুম্নকই।

"মেনাওনা "ঐখোই অনি মখোইনা খৎনবদৌনা অরাই অখুম তৌদুনা থীনা থীনা হাইনদুনা মখোই তানবা কন্না হেক্তা খৎনশিন্নরসি। অদুম তৌববদি মখোই ইকাইদুনা মতুংদা তোকখিবশু য়াই। তৌবতবু অতাবশিংনা ঐখোই অনিশু নোক্লখিদৌরিগোৎনি।"

"তোলচৌনা মখা তারকই, ফরে হয়েংদি মম্লিঙৈদগী হৌগৎলগা ইবানি খৎনদুনা লাইবক যেংলসি।"

নোং ঙানফাৎত্রিঙৈদগী তোলচৌ হৌগৎলি। "মেনাও মেনাও যাহৌনি খংদবী শুনীংদবি, মী পুম্নমক্লা থবক য়েনখাং লোইনা লোইনখ্রে, ইকাই খঙদবী নঙবু হৌগৎলুনহাই, নুপীনবু খিৎ হাকমনখ্রে।" হৌনা হৌনা য়ুম্মোন্নবা তানবা চৈরকখি।

"ঙমজদ্রে ঙমজদ্রে, নুপী ঐখোইশিবু নুপা নখোইগী মীনাইরো শুমাং থেলোং শিৎপা, তুলসিবোং রাই তৈবা, ধুগ থাওমৈ থাবা, কোন-লিক ফেংবা নুপা নখোইদি তৌহৈদব্রো, নুপা নখোইদনা মীরো, নুপী ঐখোইশু মীনে মী।" মেনাওনা ফমুংদগী কন্না কন্না লাওরদুনা খুম্নকই।

"নুপী চিনগনবী চৈ লাকত্রিঙৈদা হৌগৎহৌকো, ফমুংদগী

চিংথোক্লগা নয়াংলেন্দো তেক্লবা ফুবক্কনিকো।" তোলচৌনা ঙাঙথরকই।

"নঙনা ঙম্লগা ফুও," ফমুংদগী কুমথরগা মেনাও তোলচৌগী মনাক্তা পরপ পরপ চংশিল্লকই।

করি করি হাইনরিবনো খঙদে মবানী পঙলাও লাউনদুনা পংখত্তা খৎনৈ। চাক থোংনি থোংলোই, চানি চারোই মেনতাদে অঙকপগী মতৌনি। লেপ্তনা খৎনবকপনা নুমিদাংব্রাইরম ওইশিল্লকলে।

"নঙ ঙসিদগী খাইনববনি হৌজিকমক নপাম চৎখ্রো" হাইবম্লগা তোলচৌ থোং গম লাওনা লোন্সিন্নরগা ইমুংদা চংখি।

"করিগী ইপাম চৎচরক্নি লৈবগে খন্না লাকখ্রবনি," কপঙাং তৌসিন্নদুনা মেনাও মাঙ্গোন্দা লৈরি।

নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা খৎনখিবদু অমুচৌ অমসুং তোলৈমা শূর ফাওবা কন্না হোন্দনা তাখি।

"নোংমত্তা কাংদনা ইবানিনা অথি অথিবা রাহৈ রাতা শিজিন্নদুনা খৎনখিবদো মখোইগী মতৌসি উবগা ঐদি হৌজিক্তা ইকাইরক্লেদা য়ুম্লোন্নবশিংগী মমাংদা," তোলৈমনা হাইবকই।

"নঙদা নত্তে ঐশু থিনা ইকাইখ্রপোৎনি। মীমাং থোকপবু ঙমদৌ মান্দ্রে। অদুনা ইবানিশু ঙসিদগীদি খৎনবা তোক্লসিকো।" তোলচৌনা খুম্লকখি। *

(২১)

## নোংমদি শোইদনা খঙলকখিনী

বিরবাবু পুকচেল শেংবা, অচুম্বা তৌবা ধর্ম্ম লৈবা, মিনুংশি চাওবা, কৎথোকপতনা মশক্ক ওইবা নুপা অমনি। মহাক সবকাবগী থবক মচা অমা তৌই। শুতি নুমিৎ নত্তনা নোংমতা থবক কাবা লেপ্তে। মশা ঙমদ্রবা ফাওবদা ওফিস কানবা হোৎনবা মীওইনি। নুমিৎ খুদিংগী ঙন্না কাই, থবক লৈত্রবশু নোংমতা ঙন্না কুমদে মতম চপ চানা শিজীন্নে।

মহাক্কী ওফিস অসি বাজাব ফাওদুনা চৎলবদি অশম্বা লম্বী ওইবনা অযাম্বা মতমদা ফাওদুনা চৎলম্মী। মহাক্না ফাওদুনা চৎলীবা খোঙ লম্বী অদুগী মনাক্তা চা-বোবা যোনবী মৌ-নহা অমগী হোতেল মচা অমশু লৈরম্মী, কবিগুম্বা কান্দা অরা পোথাবা ওইনা চা-থক্কুনা ঙহাক ঙহাকশু ফম্লম্মী।

নোংমদি মহাক্না চা-থক্কুনা ফম্লিঙৈদা হোতেলদুগী চিদাইদা মশক মতৌ ফজখ্রবী নৌজরিবী মৌ-নহা অমনা মতম্বাক্তা পিক্লিবা মচা অমা পন্নদুনা খোম পিথক্লম্বা থেংনখি। মদু হেক উরুবদা থম্মোইদা মিনুংশিগী কল্লবা চৈনা অমা ফাওবকখি। পাইখৎপদা ঙাইবিবা, চিনবান্দা চুপ্প্লম্বা চা-গ্লাস অদু ফান মথক্তা থম্লগা শংত্রিক যেংলগা তুমীন্না ঙহাক লৈরম্মী।

মৌ-নহাদো কনানা করি তৌবি, কমদৌবি হাইবা কবিমত্তা খন্দনা মমাইদা চেহ্নরক্লিবা হুমাংদু নাহোং মচি অমনা তৈথোক্লগা পিক্লিবা মচাদু পোখৎলগা ঙশাইমখে চারম থকলম্বগী গ্লাস, কপ, প্লেট তাপ তাপ লৌখত্তুনা শেংবা চাম্বা হোৎনবি। পুম্নমক অদু লোইববা মত্তুংদা বিরবাবুগী মমাংদা লৈবিবা গ্লাস অদু পবপ পবপ চংলক্তুনা লৌথোকখি।

বিরবাবু মহাক্কী মতৌদু উবদা অমুক্কা হেন্না থম্মোয় কায়খি। মহাক্না চাগী পৈশাদু পিথোক্লম্লগা হোতেলদুদগী তুমিন্না

থোকখি। লম্বী চৎনা চৎনা মরাইবক থিরবী, তোপ্পবী মমা মচাদুগী অরাবা রাখল খল্লিঙৈদা ময়ুম য়ৌখিবা খংহৌদে। ময়ুম হেক য়ৌবগা মফি মরোল থুনা হোংলগা ফমুংদা তুমিন্না হিপথখি।

চাওবীতোন মপুরোইবগী মনাক্তা চংশিল্লি, "করি তৌরবগে, ঙসিশে খরা রাব্রা, চা-শেম্নক্কে থকশি?"

বিরবাবুনা, "শেম্নবনু ঈশিং ওইনা খরা পুরকউ। ঈশিংদু থক্লগা ঙহাক পোথাগে। করিগুম্বা তৌরোই, নুংশা শামনবদুদা খরা চোকথবগী রাতনি।"

চাওবীতোন ঈশিং পিরম্লগা চাকখুমদা নুমীদাংগী চানা থক্লবা শেম শাদুনা কন্না হোৎনরি। চাক থোংনা থোংনা খল্লি, নহালমখৈগা ইমান মান্নদে কবিবু তৌরবা, মশাকা ঙমদ্রবা জাৎলা ইচিং চিংনবা ফাওরি। চাক লোইরদুনা হাওবা হাওতবা থিদনা চামিন্নবগা মাগী মাগী ফমুংদা তূম্নবা চংনখি।

মহৈ মহৈ নুংঙাইনা তূমখুন তান্নখ্রে, অদুবু বিরবাবু তুম্বা য়াদনা ঙশাইগী লৈহৌবিবা মমা মচাদুগী নুংঙাইতবা রাখন্দা মওল মওল খল্লি। থেঙলবা অহিংসিদা কৈথেল শঙগী চিদাইদা পিক্লিবা মচাদুগা করম্না তবক তরক লেল্লিবা, মতম্নগা ফত্তবনে, লৈবাক্কী ইরাংনগা কনবনে, অরাবা রাখলনা থুক্ষৎখিদুনা মমিৎ উইশিনবা য়াদনা নোংঙানবা ঙাইবি।

নোংঙাল্লে, চাওবিতোন ঙন্তা হৌগত্তুনা ইমুংগী থবক মকুপ মতা পরপ পরপ লোইশিল্লি, অদুগা ইরু-মাইথজথোক্লগা চা-লোনবা লোইরদুনা পুথোরক্লগা মপুরোইবদা পি।

"ঙসিদি ওফিসকী থবক য়াম্না লৈহৌই অদুনা খরা ঙন্না চৎকে, চাক ঈশিংদু খরা ঙন্না হোৎনৌ," বিরবাবুনা হাই।

চাওবিতোন হোবে হোবে থুনা য়াঙনা চাক থোংবা লোইসিল্লি। মপুরোইববু চাক চারশি হায়দুনা পিজে।

বিরবাবু চাক চখোম মঙা-তরুক ছুক্লগা ওক্লে হাইদুনা হৌগৎখি।

চাওবিতোন মপুরোইবগী ওফিস কাবদা শেম্নবা মফি-মবোল, খোংঙুপ্পাচিংবা পুথোক্লুনা তযারি তৌরি।

বিরবাবু ফিজেৎ লৈতেং লোইরদুনা ওফিস চৎনবা কোম্বোংলোমদা থোকখি।

চাওবিতোন রাখল নুংঙাইতনা লৈহৌই। ঙরাংদগী করিনোমা ইতৌ তৌই, চাকশু ইচা চাখিদে, হংঙু হাইরুরবশু করিশু তৌদে মহাই, করিবু থোক্লগবা খন্দুনা, হে-ইশ্বর অফবা মঙ্গল পিনবীয়ুকো শোঞ্জহৌই।

বিরবাবু থোইদোক্লা ওফিসকী অচিনবা থবক লৈহৌবা নত্তে। লাইরবী মামা মচাদু কমদৌরমগদগে খনবদগী উনিংমনখ্রদুনা ঙন্না থোক্লকপনি। মহাক্লা বসতগী হেক কুমথবগা হান্নগী কৈথেল মনুংগী খোং লম্বী মচাদুদা নাক যেৎ কোইয়েং য়েংদুনা খোঙথাঙ তপ্লা চৎলম্মী। কৈথেল পোৎলক্লুদা লাইরবীদুনা মচা মনমদা পোরগা হুমাং পুমচোৎ চোৎপমখৈ রাই শিৎলমবদু উখি।

মহাক্লা মদু হেক উবদা থম্মোইদগী ফুগৎলকপা প্রেমগী মৈচাক্লুনা মিৎলু নাপোম অনিদা শাফু কন্না য়ৈরকপনা, ঈপাম্বাগী অঙাওবা লাইজনা মাইকৈ খংদ চেম্বুরকপগুম, পিরাংনা চোন্না শিম্বুরকখি। অশুম্না নুমিৎ খুদিংগী ওফিস অকা অকুম লাইরবী, রাজরবী মমা মচাদুদা করিমত্তা হাইবদি ঙমজদনা তুমিন তুমিন্না মতৌ য়েংদুনা রানা খাঙখি।

লাইরবী মমা মচাদো হোতেলগী অমুবা কোল-লিক ফেংই, লুখাক চগুম শেংই, নোংমনা কুল্লিগী মতৌগুম পোৎথাং পুই, খজিক্কং শোইবদা মহাজনশিংনা থীনা থীনা চৈবী, পুক্নীদমক অরাবা কোঙ্গাই খাঙলি। করিগুম্বা কান্দা অরা পোৎথাবা ওইনা কালেনগী মৈশা খাঙদুনা কৈথেল শঙগী চিদায়, অমোৎপা মরক্লুদা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎপমখৈ মচা কোন্দুনা ইশি শিবমখৈ নুংঙাইনা তুমদুনা লেল্লি।

নোংমা কাংদনা কদাইদ শোইখিগদগে কুপশেন শেন্নরিবা বিরবাবুনা মমা মচাগী মতৌদু উবদা খাঙবা ঙম্লকত্রদুনা নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা মনাক্তা চঙশিনখি, অদুগা নুংশিরবা খোঞ্জেলনা তপ্না হংলকই।

"ইবেম্মা নমা নচাবু কদাযদগীনো, করি লমদগীনো? মতৌ করম্না মফমসিদা অশুক রানা লেল্লম্লিবা, নঙগীনি হাইবা কনামত্তা লৈতব্রা? ইবুংদা শেংনা তম্মু, ইচলগী নতৌসি উবদা নবুং ঐহাক যাম্না নুংঙাইখিদ্রে।"

লাইববীদো পাউখুম পীবদি লাইরদনা পুমঙক ঙক্না বিববাবুদা মমিৎ কুপ্তনা শংত্রিক যেংদুনা লৈখি। ঙহাক তুমিন্না লৈবম্লগা মিৎলু নাপোম অনি পিবাংনা ইরা-হৌ তনিক তনিকপা খোঞ্জেলনা খুম্লকখি।

"ঐহাক অথাপ্পা খুঙ্গঙ অমদগীনি, ইমিংনা মুহিনী কৌই। ঐগীনি হাইবা কনা অমত্তা লৈখিদ্রে। ইপুবোইবদুগু ইমা ইচাবু থাদোক্লম্লগা পুন্সিগী অবোইবা যাহিপ তানখ্রে।"

"নপুরোইবদুদি মতৌ করম্না লৈখিদবনো?" মখা তানা বিরবাবুনা হংলকখি।"

"মহাক শো-মিল অমদা উপাক খাইবা যাওখি। নোংমদি মহাজন অদুনা চীংদা উ-লৌথোকউসি হাইদুনা পুবিখি। উ পুথোরকপা গাড়িদু লোকনুংদা ওম্থখি। উনা নম্দুনা খূদক্তা পুন্সিগী অরোইবা হাইবদো অদুম্মক ওইখ্রে।" কপ্না কপ্না মুহিনীনা খুম্লকখি।

রাহৈশিংদু তাবদা থম্মোই শোক্লবা বিববাবুনা ঙহাক তুমিন্না মরু লুকথদুনা রাখল তৌরগা হাইরকই।

"ইবেম্মা, মুহিনী পুন্নমক হৌখ্রসনু, নোংদম্বগী নোংদমখোল হাইবদুনি। হৌজিক্তি রারুরনু নহাক ঐগী ইচলনি, নমা নচা ঐগী য়ুমদা চৎলসি, নুংঙাইনা লৈরুরসি, করিমত্তা রাত্তনবা ইবুংনা হোৎনগনি।"

মুহিনী শ্বায লাউই, লল্লাই শম চপ চপ য়ুংই, অকিবা পোক্লকই, অকিবা রাখলনা থম্মোইনুংদা পিকথল্লি, মওল মওল

খল্লকই, মরু লুকথদুনা তুমিন্না লৈখি, পাওখুমদি পিখিদে।

বিববাবু নুমিৎ খুদিংগী মুহিনীগী মনাক্তা চত্তুনা নুংশি-নুংশিবা ৱাহৈ ৱাতা শিজন্নদুনা কন্না থেমজখি। থেমল্লবদুদা খাঙবা ঙম্লকত্রদুনা মুহিনীনা হাইরকই।

"দাদা ঐ নুপীনি অদুগী মথক্তা মৌ-নহা চাজেনবীনি, অদুগা য়ুমদা লৈরিবা ইনম্মা অদুনা করি খনখিনী অমদি সমাজগী মীনোক চংলক্কনি, ঐবু তুক্কজনখিনী, তৌ ঙম্বীনি হাইনখিনী, ৱারৌবীগনু ঙমজবোই, অদুগা দাদানা ঐহাকপু নুংশিবীবা অসিগীদমক্তদি থাগৎচবগা লোইননা তৌবীমল খংবা উৎচরি।"

বিববাবু লেপ্পা লৈতনা মখা তানা অদুম্মক থেম্লি। থেম্মল্লদুনা মুহিনী মবুক্লিং ওল্লকখি। অশুম ৱানা লেনগদবগী শরুকপুদি য়াহৌবনা হেন্না ফরগনি থম্মোইদা খল্লকখি।

মুহিনী খোঞ্জেল পিক্না নুংশিনা হাইবকই। "দাদানা হাযবা পুন্নমক যাজবগে অদুগা তোল্লবী কনাশু লৈজদ্রবী ইমা ইচাবুদি কবিশুম্বা কান্দা মীবায়বীবক্কনুকো।"

বিববাবু হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে, মোমোন নোক্লগা হাযরকই, "ইচলদি নুংঙাইনা থমগদৌরিবনি, নঙনা হেক হাইবমখৈ যাগদৌরিবনি। অদুদি চৎলসি নচাবু পোখৎলু।" হাইরগা ওক্তো অমা ফাবগা মমা মচা অমদি বিরবাবু মখোই অহুম পুন্না ময়ুম্লোমদা লাকমিন্নখি।

মখোইগী মনাক অনকপদা লৈবা উহৌবা কৈথেলগী মীওই খরদি মখোইগী মতৌশিবু কল্লিনো ঙাংনা ঙাংনদুনা পুমঙক ঙক্না য়েংদুনা লৈহৌই।

বিরবাবুগী কোম্হোং য়্যৌরদুনা ওক্তো খাম্মী, মচা পোরিবী মৌ-নহাদু কুমথরকই, মহাক্না ভারা পিরি।

চাওবিতোন ওক্তো মখোল তাবদুদা ইমুংদগী থোক্লক্লগা মাঙ্গোল মচিদা লেপ্লদুনা কোম্হোংলোমদা য়েংই। বিরবাবু অমদি মৌ-নহা চাজেনবী অদুগা তুংথ মাংথা চংলকপদু হেক উবদা ইচিং

চিংননা খোঞ্জেল থোকপোই থোক্তবোই করি মতৌনো খন্দুনা মুরুম মুরুম শোল্লি।

শুমাং য়ৌশিল্লক্লদুনা "হাই চাওবিতোন মমা মচাসে পুসিল্লু।" মোনেন নোক্লা ইচম চম্না বিরবাবুনা হাইবকই।

"কদাইদগী অঙাওবীনো, অতোনবী য়াম্না পাম্লগা ঙাওদবী চাজেন্দবী অমগু মপুরকউ, অঙাওবীগা লৈমিন্নবা ঙমজরোই।" হাইরম্লগা মুহিনীদা ওন্সিল্লগা, "ইকাই খংদবী ফুনৈ নানৈবী নঙগা লৈমিন্নজহৌবো ঐদি হৌজিকমক ইপাম চৎলনি।" অযাকপা খোঞ্জেলনা হৌনা লাও খোংদুনা চাওবিতোন্না চৈবকখি।

ইঙাগী নোংজুনা অখাক অবাওগা লোইননা অরেপ্পা লৈতনা চুথরকপগুম, পিরাংনা পুমচোৎ চোৎলবা মাইথোং অদুনা বিরবাবুদা ওন্সিল্লগা,"মসি থোক্কনি হাইদুনা নচলনা কযাবক হন্না হাইজখিবদুনি। মসি থোক্লবা ঐহাকপু পুবিবক্লিব্রা? শিখিবনা হেন্না ফরে, থম্মোই শোক্লা, ঐহাক চৎচখ্রগে।" মুহিনীনা হাইবকই।

"ঙাইখো মুহিনী। চাওবিতোন নঙগু শাওখিনু তপথখো, ঐ রাবীসি লিগে অমুক্তা তাখো, তাববা মতুংদা তপ্পা খন্নসি।" বিববাবুনা হাইরকই।

"লিয়ু লিয়ু, তাগে রাবীদু হেক লোইবগা ঐহাক, ঙসিমক ইপাম খোংদাখ্রদৌনি, চাওবিতোন্না শাওনা খোন্দা কলপ্পা খুম্লকখি।"

বিরবাবুনা লাইববী কনা লৈজদ্রবী মমা মচাগী শাংলবা পুন্সিগী নুংশিববা রারীদু মরিক চুম্না লিখি। মখা তানা চাওবিতোন্দা হাইরকই, ঐনা মমা মচাবু পোরক্লগে হাইবা রাফম অসিমদি নঙোন্দা হান্না খঙহল্লমদ্রে মসিমদি ঐগী অশোইবনি।

চাওবিতোন রারীদু তারগা থম্মোই শোক্লা হিক্লা হিক্লা কপথরকপগা লোইননা মুহিনীবু চেৎনা কোন্সিবীরগা হাইরকই।

"ইবেম্মা নবুঙ অমদি ননম্মা ঐহাকগু লৈরি, করিগী ইচলনা অদুক রানা লেল্লগদগে নুংঙাইনা থমগদৌরিবনি," ইমুংদা পুসিল্লগা

বাথরুমদা ফজনা ইরু মাইথজহল্লগা অনৌবা ফিজোল হোংহন্দুনা মমা মচাবু নুংঙাইনা থম্বীখি।

লৈকাই অমদি খুঙ্গাদুগী মীযাম্না লম্বী চৎনা চৎনা, হোতেলদা চা-থক্না থক্না, লৈপুং য়াকাবদা, থৌনাইদ্রবা কাংবুশিংনা, বিরবাবু হাইবা নুপা অসিনা তৌরিবা মতৌসে অঙকপনি, মৌ-নহা চাজেনবী অমা মচলনিকা হাইজিন্দুনা পোরক্লি, কয়াম কুইনা মচল ওইদৌরীবা, ঐখোইদি ইকাইবনা খুল অসিদফাওবা লৈজনিংদ্রে, লৈবাক চাওবা হাইবসিগু জাৎ জাৎনিকো  হাইবনচিংবা পুন্নিন নিন্না রা-রা ঙাংনরকখি।

মীযাম্না ঙাংনবিবদু বিরবাবুগী ইমুং হুপ্না তানরকখি অদুবু মখোই করিগু চিন্তা লৈতে।

"ঐখোইবু অগুক য়াম্না থাজবিদ্রীবা মীওইশিং অসিবু করম্বা জাৎনো, তোল্ল তারবা, রাজববশিংবু যোকখৎপা, কনবীবা হাইবসিবু মীওইবা ঐখোইগীদি তৌফম থোক্রে" হাইনা খল্লিবা"। চাওবিতোন্না হাইরবকই।

"থম্মোই পিকপা হাইবদুনি, ঐখোইদা থম্মোইশেংনা মমা মচাসে যোকপী শেম্বীসি, মীওইবগী মচিনবু কনানা মেনবা ঙম্বগে, ঙাংনিংবমখৈ ঙাংনজসনু থবক্না তাক্লগা লোইবে। ফত্তনা খল্লিবা, লান্না উরিবা মখোইগু, অচুম্বা হাইবদো নোংমদি শোইদনা খংলকখিনী।" বিববাবুনা খুম্নকখি। *

# (২২)
# য়ুমতাক কেতাকপি

বাবুমনি শুবা নোম্বা য়াম্না কনবা মথৌনা মরৌশিং লৈবা য়াম্না ইনাক খুনবা নুপা অমনি। মহাক মরন মথুমদা, মরৌ মহিঙ্গোন্দা, মীনাই মীশন্দা, য়েংঙ্ক্ষু য়েংঙ্ক্ষুবদা অরাৎপা অমত্তা লৈবমদে, নিংথৌগী কোনুংগুম পানবা ইমুং অমনি।

অদুক নুংঙাইরবা অরাৎপা লৈত্রবা মীয়াম্না নিংথৌগী কোনুংগুম্বনি হাইনরিবা অমসুং নুংঙাইবদা ঙমখৈ লৈত্রবা বাবুমনিগী থম্মোইদদি ইরাৎ রাৎপগুম্বা অমদি লৈরম্মী। মহাক্কী অরাৎপা, অরাবা অসিদি লৈবাক প্রজা মীয়াম্না খঙবী উবীদে, মহাক্কী মরন মথুম ইনাকখুনবা অদুতনি উবী খঙবীবিবা।

মহাক্কী নুপী ইবেমহল সনা-লুপা, মনি-মুক্তা, মরন মথুম, মীনাই মীশনগী নুংঙাইরবা সেবাগী ইপাক্তা তাওদুনা লৈরিঙৈদা মপুরোইবগী অরাবদুদি খক উবা ফংখিদে।

বাবুমনি মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইতবা রাখলনা চাবা থকপা, তুম্বা হিপ্পা চঙদনা রানা লেল্লি। মহাক্না খল্লি, ঐগী ইরন্না সনজিং অমুক রাংনা পৈদুনা লৈজরবশু মসিদগী হেল্লবা ইরন অমদি অশুম রাত্তুনা লৈবা তারি। রাথলিবা অসিমদি ইরন লৈ, ইনাক খুল্লি হাইদুনশু লৈবা ফংবা পোৎশু নত্তে। ইরন ফনা তিংনা মাইবা মাইবী, দাক্তর কয়াশু তানরবনি অদুবু ইরনদমক তিংদুনা মতোকই, অরেম্বা মতাই। ইচা চাম্মা পোক্রবশু লোইবা ঙম্নরোইদবা ইরন্নি। মসিদা হৌজিকপূ ইচানুপা অমখক্তং তরক তরক পোক্লগা মখাশু তাদনা তোক্লাদবা, হে-বিধী, বিধাতা ঐগী লাইবকশে ওত্থোক্লশু থীনা তম্বীরম্মীদা, মসিমক্না ঐবু অরাবা অমা হেক ওইহন্লিদা, চিন্দদি থোক্তনা থম্মোইনুংদদি অরাবনা ঙমখৈ লৈতনা ফুম্বংনেরি। অমুকশু মখা তানা খম্থরকই। ঐহাকশু ইমা ইপানা ইতোমতা পোক্রম্বনা ইচিন ইনাও য়াম্বগী তানা তিক্লবগী নুংঙাইবা শরুক্তু ফংলকত্রবনি। অদুগা ইচানুপা অসিশু ঐশুম্না মতোমতা তরক তরক লৈহৌবা তারি। মীশিং য়ামদবা,

শাগৈ পিকপা, অতোনবনা হিংবদা ৱারবা হৌজিক্কী মতম অসিদা ইচা মতোমতা হিংহৌবা তারবা। অদুবু কৈদৌরুনি, মতোমতা ঙাইরবা ইচাশে মীয়াম মরক্তগী মশক নাইবা মীওই অমদি শোইদনা ওইহল্লে মবুক্লিংদা খনখি।

মচানুপা তোমপোক মমা মপা অনিনা কদাইদা শোইখিগদগে খন্দুনা অয়ুক নুংথিল, নুমিদাং খাইদনা চেকসিন্না ঙাক শেন্দুনা মহৈ মশিং তমহনখি।

মহাক অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা মমা মপানা হাইবা ইনবতা নত্তনা মহৈ মশিংদা থৱাই যাম্না যাওরম্মী। হোৎনবা কল্লি, মবুধি মবৌশিং লৈ। মতম পুম্নমক্তা মমান্নবশিংদগী হেন্দুনা মকোক্তা ওইদুনা লাকই। মহৈ মশিংদা নত্তনা পুকচেল শেংই, মীনুংশি লৈ, হৌনা লোনচৎ খঙই, অফবা মীওই অমা হাযবদু মঙোন্দা চপ চানা থোকই।

বাবুমনি মচাগী অফবা মতৌসিদা থম্মোই পেঞ্জখি। মহাক্না তৌজবিবা তুংগী আশা পুম্নমক নিংবা থুংলগনি খনবদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে।

তোমপোক অৱা অনা থিদনা মহৈ মশিংদা কন্না হোৎনজবকপনা লাইবিক হৈবদা অফাওবা মীনা শকখংনবা নুপা অমা ওইখি। মমৈথংদা লৈবাক্কী ফম্নাইবা অচৌবা ওফিসাব অমশু ওইখি।

বাবুমনি ৱানা হোৎনজববশু মচাগী ফবকপা মতৌ অসিগী নুংঙাইবগা লোইননা ময়ুম মকৈ পালহন্নবা ৱাখল তৌবকখি। মহাক্না মাগী নুপী ইবেমহলদা হাইখি, "নচানুপা অসি ময়ুম মকৈ পানবা মতম চপ চাবে, অদুগা মশক মতৌ ফজববী, মহৈ-মশিংশু ---তিক চানা হৈববী মাগী লোয়নবী অমা ওইবদা লেমজবগদবী নুপী অমশু লৈবে হাইনা মঙোন্দা ইঙনা তপ্না নঙনা ৱাবী অমুক্তং শাও।"

ইবেমহল মপুবোইবগী য়াথং মতুংইন্না মচানুপাদা ৱাবী অসি হৌদোকখি। অঙাং ওইবিঙৈদগী হাইবা ইনবা অফবা মচা অমা ওইবনা মমা মপা অনিগী যাথংবু হিক্তোকতনা হরাও হবাও যাবকখি।

বাবুমনি অমসুং ইবেমহল মচানুপানা হবাও হবাও যাবকপদুদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে।

লুহোংবগী রাবেপ্পবা লোইবদুনা খ্বাইদগী ফবা নুমিৎ অমা য়েংদনা পুংফম চুন্না চাউনা লুহোংখি। নুমিৎ অদু বাবুমনি য়াহৌ ঙন্না হৌগৎলি, অয়ুক্কী চা-থকপকা পুমকাও কাওখি। নোকফেৎ নোকফেৎ মাঙ্গোলদা অমুক থোকই, ইমুংদা অমুক চংই, চাওববা পাকসিদু অমুক হাংই, অদুক য়াম্না পৈশাদুবু হোরেন থাবা কোন্নবোইদ্রা অমুক খল্লি, ইবেমহলগী মনাক্তা অমুক চংই, হাই হাই থেংবা য়াবা নত্তেকো ঙন্তা লোইশিল্লু, মফম মবাং খংদে হবাওবনা মথুম মবাং হৌখি।

ইবেমহল মাগী দ্রেসিং রুমদা কেরি। কবি কবিনো মমাইদা অমুক তৈশিল্লি, নুংশেল অমুক যেংই, অমুক থাদোকই, তৈথোক তৈশিল তৌবমখৈ তৌরম্লগা সনা-লুপা মযামদু পুথোক্লগা মসিনবু ফজগদ্রা, কবম্বনবু ফজগদবনো, ইশৈ ঙংল ঙংলদুনা পাইখৎ পাইখৎ য়েংলদুনা হবাও নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওখি।

নুমিৎ অদুগী লুহোংবগী ইশৈদুনা নুংঙাইবিবা, বাবুমনিগী সঙ্গ মযামদুনা থাবিবা শেঙ্বা, মামদোপ মযাইদু তরাচৎপী, যাঙ্খৈ চৎপীনা পুমচোল চোপ্লি, অঙকপগী মতৌনি। বব কৈন্যা অনিদুনা মশক মতৌ ফজরীবা, লাইমচা তাবকপগুম্মী। ফম্লিবা ভাবোক মযামদুনা মঙক পৈবনা পৈবা, ময়া কাবনা কানা, মিৎফম হোংবা য়াদনা য়েংনরিবা, ভাবোক পুম্নমক্কী পুক্লিং পুংচপ চুপসিনশি। থাখাই অমরোমদি বাবুমনিগী মচা লুহোংবগী নুংঙাইববা রারীনা মচি মচি পুম্নিন নিনখি।

মতম খরা নুংঙাই য়াইফনা পাল্লবা মতুংদা বাবুমনিগী মশুনুপা অমা ফংজখি। মশুনুপা অমা ফংজরবদুদা হরাও নুংঙাইবগা লোইননা ধুম ধাম তৌদুনা চাওরবা চাক্লেন অমা পিজদুনা লৈকাই পুম্নমক অপেনবা ওইহনখি।

অশুন্না মতম খরা নুংঙাই যাইফনা পাল্লম্মগা মতমগী খোঙচৎ তুংইন্না অহল ওইশিল্লকপনা বাবুমনি অমদি ইবেমহল নুংশিববা মচা মশু পুন্নমক থাদোক্রম্মগা পুন্সিগী অবোইবা যাহিপ তানখি।

তোমপোক মহাক্কী লোইনবী ইবেথোইনা মচানুপা অমখক পোক্লগা অঙাং অমত্তা মখা তাবকতবা অসিদা নুংঙাইতবা রাখল কযা পোকলকখি। মহাক্না হৌখ্রবা মপাগী পুন্সি রারী কযা নিংশিংলকখি। মপাশু মতোমতা পোক্রম্মনা তুশোন মানশোন্না লেল্লকপা, শাগৈ পিকপগী পেন্দবা অরাবা মযামদু খল্লুরগা মহাকশু চাযাম পোক্লিংখি অমসুং শাগৈ চাওনবগীদমক্তা নুপী অতোনবী অমা থিবগে মবুক্লিংদা লেপখি।

মহাক্না ইকুই কুইদনা নুপী অতোনবী থিরকখি।

ইবেথোই মপুরোইবগী মতৌসিদা পেন্দবগী কল্লবা মৈরি অমনা থম্মোইনুংদা চাকখৎলকখি। অদুবু চাক্লিবা মৈচাক অদুগী শাববা মৈশাদু মপুরোইবগীদমক খন্দুনা থম্মোইনুংদগী মপাল থোকহল্লরোই খনখি।

লৈকাই অমদি প্রজা মীয়াম্না তোমপোক্কী মরমদা মচি মচি, অনি তিন্না, অহুম পুন, রা-রা ঙাংনরকখি। হনুথংদা ঙাওশিন্নদুনা কবিবু কান্নগদৌবিবনো, অনি লোনবগী অরা চৈথেং নোংমদি খম থেংলকখিনি, নুপীদুগী ইমুংদু অবাইবদি নত্তেকো, মমাদো অঙকপীনি, মী শুম্বীনি যাদু হৈবীনি হাইবা গহাক খংদ্রি।

তোমপোক্কী নুপী অতোনবী লৈমহলগী মমা অমুবী মতমগী ইরাং লমযৌবীনি, মসিদা নত্তনা যাদু মত্র, নুপা ফাবা ঙম্বী, ফত্ত লৌশিং হৈবী নুপীনি। মহাক্কী মপুন্সিদা অফবা রাখল অমুক্তা খনখিদ্রিবীনি।

অমুবী মচানুপীগী মনাক্তা য়াম্না তোইনা চৎলি। কনা তাহন উহন্দনা মচানুপীগা কা- মনুংদা লোন্না জুরু জুরু ফাংনদুনা ফত্তা লৌশিং কয়া তাক্লি।

মহাক্না হাই, "ইবেম্মা নঙশে অতোনবীনি। অতোনবীগী পুন্সিনা খক নুংঙাইবা হৌনদে, অদুগা কনানশু নুংশিবীদবনি, মসিমদি

নঙশু মুন্না খংঙু। অদুনা নঙ ইমানা হাইবা পুন্নমক ইনগদবনি, নঙগী য়াইফনবনি ঐনা শিনগদৌরিবসে। নঙনা নঙগী নুপাসে য়াম্না লুনা তৌগদবনি, মবুক্লিং ওলহনগদবনি, শেবা ফগদবনি, সা্া লুপা চবাক চবাক শাহন্নবা হোৎনগদবনি, য়ুম-শো পুন্নমক নঙোন্দা শিন্ননবা লৌশিং তৌগদবনি। অদুওইরবদি ইমা ইচাশু নুংঙাইরেদনা, অদুগা মরুওইরিবদি নঙগী নুংঙাইনবনিনে, পঙ্গনুকো ইবেম্মা। অসিদশু নত্রি ইমাগী লৌশিং কয়ামশু থাদরকখিদৌবিবনি। ইমা চৎলে চৎলে," হাইরম্মগা থোকখি।

লৈমহল মমানা থোকখ্রবা মত্থুংদা মওল মওল খলহৌই। মসিবু মীওইবগী চৎনা লোনচৎলা, থম্মোইনবু শেংলবা রাখলনবু চাওরবা অহল অতোনবী হাইবা করি অমুক লৈরিবগে, মীওইবা পুন্নমক নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবনা হেন্না ফত্তব্রা? অমুকশু খল্লকই, হৌজিক্কী মতমসিদা অফবা খনববু কনা লৈবিবগে? ইমানা তাক্লম্বা লৌশিং অসিনা চুম্বা তাই কনখি।

মহাক্না মমানা তাক্লম্বা লৌশিং অদু থবক্তা ওন্থোরকখি। সনা লুপা কয়া কয়া মপামদা থৈখি, য়ুম-শো পায়সিনখি।

ফত্তবগী হৌনবা ফত্তা লৌশিং লোইবা নাইদে। অমুবীশু ফত্তবীনিনা ফত্তবীগী রাখল লেপ্পা লৈতে। তোমপোক্কী মরূন পুন্নমক মচানুপীগী লোইনা ওইহল্লগে খল্লদুনা মন্ত্র-যন্ত্র, খুৎকাপ তেনকাপ তৌদুনা তোমপোক পংতক শুদক, অনম অহা চুহনবগা লোইননা মচানুপা বধুশু পুমঙাও ঙাওহনখি।

বধু মচি মচি অমুক ফমই, অমুক লেপ্পী, মচিন্দা মুরুম মুবম্ম শোল্লি, মবক মরক্তা হৌনা হৌনা নোকই, অমুকশু মবুক্লিং নুংশিনা হিক্লা হিক্লা কপ্পী, অউবা কনানা থম্মোই শোক্তবা য়াওদে। মহাক শাথিনা ঙাওববা অঙাওবা অমা হাইবদো ওইবে।

ইবেথোই মপুরোইবগীবু খনগদ্রা মচানুপা অঙাওবদুবু শেন্নগদ্রা, অতোনবীগী মীওৎ মীনৈবু খাংগদ্রা অরাবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। নীংবা

কাইনা মতম খরা লেল্লমগা থম্মোয়গী লাইনা অমনা কন্না নাবকপদগী লাইকন্নবা ঙমদনা তাইবংপাল থাদোক্নুনা অরোইবা যাহিপ তানখি।

অনম অহা চুববা, ব্রাখল ব্রাৎলবা তোমপোক মহাক্কী লোইনবী ইবেথোইনা লৈখিদবদা অরা চিন্তা থোইদোক্লা লৈখিদে।

পুকচেল পিকপী, থম্মোই পান্দবী, মীনুংশি যাওদবী, পাপ্পা থল্লবী অমুবীশু পাপকী মৈরিনা নোংমা নোংমগী চাকথেরক্নুনা মফম খংদ্রবা লাইনা অমনা লাবক্নুনা কনবা ঙমদনা পুন্সি লোমখি।

অরাবনা যেক্লবগী শক্তম লৌদুনা লাঙ্গোই চন্সিল্লক্লবী উপাই লৈত্রবী লৈমহল নুমিৎ খুদিংগী তেংথাদুনা কপ্পি। ফত্তবী মমা অমুবীবু ব্রারৌরক্নি।

পলেম নঙনা নচা ঐঙোন্দা পিথক্লম্বা খোম্লাং অদুনা হৌজিক্তি হু-ওল্লক্নুনা হুগী মৈচাক খাঙবদা নচা ঐদি ব্রারেদা, অরা মৈচাক অসি লাইরৈবাক্তগী নমিৎ থিৎনা যেংদুনা পেন্না পেন্না নোকউকো। লাঞ্জদ্রবা অনম অহা চুববা ইপুবোইবা অমদি মমা কাইনববা ব্রাখল চোইববা, অঙাওবা ইচা বধুগী মতৌসে নথম্মোই পেন্না খাক্লা খাক্লা নোক্নুনা লাইরৈবাক্তগী য়েংথবকউকো। ঙাওববা ইচা বধু ইবুকথোক্কী ইচামক্নি খন্দুনা থম্মোই শেংনা শেবা পেন্না তৌবগে, পুন্সিগী অরোইবা মতম্না যৌদ্রিফাওবা। থম্মোইদগী হৌরকপা প্রেম্না ফুগৎলক্নুনা মিৎলু নাপোম অনিমক্তা পিবাংনা অতৎ অখম লৈতনা শিস্থবকখি।

তোমপোক ফৈ-ফত্তে, নুংঙাই নুংঙাইতে হাইদে, থোইদোক্না পেন্দবা তৌদে, কবিশু নিংঙাইদনা ইপেন পেনবদৌনা অদুম পংলৈদ মবৈ। অদুনা লৈমহল মপুরোইবগী সেবাদি থোইনা পংরা ব্রারমদে।

বধু মমাতোন উবা শুকয়া যারমদে। হেক উবগা কোইরোৎ লোৎলি। অকিবগী শক্তমদৌনা ইতৌদ তৌই। নকশিল্লরবশু কিজৈ কিজৈ মখুৎ মশা হাইদুনা পংকপতা কপ্পী, কপ্পা কপ্পা হাইরকই। "নঙদি হিংচাবীনি ঐবু চাগদৌগি তৌবিবনি।" চেনগদৌগী তৌই।

লৈমহল মিৎলু পিরাং ঈরা হৌনা অচাপোৎ উৎলগা তপ্পা

তপ্না মচাগী মনাক্তা চংশিল্লি। অচাপোৎ অদু উবদা চপ লেপ্পী শংথ্রিক য়েংলগা তাপ লাকই, চেনগে তৌই। মহাক্না মচাবু ফারগা চেজেৎ কোন্সিল্লগা থম্মোই শোক্না হিক্না হিক্না কপথরকখি।

নঙ কপ্লব্রা, কপকনু নঙনা কপ্লগা ঐশু কপ্লিংলকই, ঐবু লুনা তৌবীয়ুকো, অচাপোৎকা য়াম্না পিজৌকো, কপ্না কপ্না মচানা হাইরকই।

লৈমহল নুংশিরবা মচাগী রাহৈ খোনফমশিংদু তাবদা অমুক্কা হেন্না চেৎনা কোন্সিল্লগা, ঈপাম্বাগী অঙাওবা ঈচাওনা মাইকৈ শঙদ পাথরকপশুম, খজাই নাপোম অনিবু পিরাংনা পুমচোৎ চোৎনা চেম্বুরক্লি। তনিক তনিকপা খোঞ্জেলনা, "ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা, ইচাদি লুনা তৌগনি, অচাপোৎকাশু য়াম্না পিজগনি, ইচাগীদমক ইমা লৈরিবসিদি," হাইরদুনা ইমুংদা পুসিল্লগা মচাবু নাল্লা নাল্লদুনা নুংশিবা রাহৈ রাতানা থেম্নম্মী। ঙহাক থেম্নবা তুংদা বধু অশুম অশুম উইথরক্লুনা তুমথখি। তুমথরবা মচাদু তপ্না তপ্না ফমুংদা পুসিনবীরগা তুমনখি। মহাক্না খুয়াদা ফম্নগা, মচাবু মুন্না য়েংলগা, পিরাংলক্তা হৌগ্রবা পুন্সিগী থৌদোক কযা নীংশিংলকপগা লোইননা লৈকাই অমদি প্রজা মীয়াম্না ঙাংনরিবদু নিংশিংলকখি। ঐহাকপু য়ুমতাক কৈতাকপীনি ঙাংনরিবা পলেম নঙগী থৌইন্সিন্ননিকো খল্লদুনা অরা পনখৈ খম থেংলবী মহাক্না থম্মোই শোক্না নিঙমদনা মচাবু শংলি। *

# (২৩)
# থম্মোইনুংদা তেংথাদুনা কপ্লি

রামেশ্বর লায়রবা ইমুংদা পোকপনা অরা চৈথেং খম থেংই। মহাকপু পোকপা পহৌ নৌনা কাইনখি। পহৌ নৌনা কায়নখিবনা অমুক্তা হেন্না নীংবা কায়বা হাইবদু ওইখি। শেংপা চাবা মনীং থুংখিদে, মরুওইনা মহৈ তম্বদা অরাবা খুদোং চাদবা ওইখি। মমান্নবা মীরক তিনবদা, স্কুল কাবদা মরোল তরেৎ ফোৎলবা শেগাইরবা ফিজেৎনা লৈতেংই। নহা ওইবগী পুন্সিনিনা ইকাইবশু ফাওরকই, অমুকশু শাওনিংবনা ঙমখে লৈরক্তে। স্কুলগী মিংজনশেল, ফি, লাইরিক লাইশু লৈবা ঙম্মক্তবা, মমান্নবা ছাত্রশিংদগী রাইদুনা পাবা, নুংশিবা কনানা হবাও হবাও পীরক্লবশু পীনিংদবা কনাগুম্বনদি পীরক্তবা মতমদুদা কয়াদা মবুক্লিং নুংশিনা ইকাইরিবা। মণ্ডল মণ্ডল খল্লকই কান্নদ্রবা পুন্সিনি শিখিবনা হেন্না ফবপোৎনি, শিনিংবগী রাখল পোক্লকই। শিনিংবগী রাখল খন্না খন্না, লাইষবী, রাজববী লুখ্রাবী মমাবু খংনীং নাংশিংলকখি।

ওহৌকপা রাখলবু খল্লুইদা' করিশু নত্তে ঐশুম্বা অমগী পুন্সি লোইখিবদি, পহৌনশু হুন্দোকপিরম্ববা মরাইবক থীবদগী থীরবী পলেম মাবু ঐনা অমুকশু হুন্দোকপিরম্ববদি কবি ওইহৌগনি তাইবঙপাল অসিদা। নোংজু নুংশা খাক্তনা মঞ্জুনববা ফিজেৎনা লৈতেংদুনা ইকাই ইকি রাংমা লান্না মচা ঐগীদমক নোংমগী চবা থীবিবী ইমা নঙবু থাদোক্লরোই পুন্সিগী ওইনা, নঙগীদমক কৎথোক্লবনি থরাইসে।

পিবাংনা চদুম চদুম শিন্থদুনা হিক্রা হিক্রা কপ্লি। পোলাং শারবা খাংপোক শঙগী মনুংদুদা।

হিক্রা হিক্রা কপ্লিঙৈ তাঞ্জাদুদা, লাইরবী মমানা ফিজীদা চেং হরাই খরা যোম্লগা, ইমাগী ইবুংঙো ইমা লাক্লে, লাক্লে হাইরদুনা ইমুংদ৷ পরপ পরপ চঙলকখি। মচানা থম্মোই শোক্লা কপ্লম্বদু উবদা শ্বায লাওনা পাখৎখি। ইফিং ফিংনা, "কৈদৌবে ইমাগী নিংথেম, ইচাবু চাক লাম্লব্রা? ইমানা থুনা থোংলনি অদুগা ইমা ইচা হাওনা হেক চাথোক্লগা লোইবেদনা," হাইরম্লগা চাকখুমদা চঙখি।

মমানা থোংনা থোংনা মচাগী মতৌদুদা রাখল মওল মওল খনবা হৌরকখি। চাক লামদুনবু তৌবিরা, করি মনীং থুংদ্রদুনা অশুক নুংঙাইতনা, মবুক্লিং নুংশিনা কপ্লিবা, নত্রগা মমান্নবা কনানা লাকচ খুদুম চনখিবা য়াওরা, মনীং থুংদ্রদুনা লাইরবী মমা লুখ্রাবী ঐবু রারৌদুনা মতৌরিব্রা, পলেম পল্লৌ শুনা নাওয়োক নাওকোল্লিবা মচাশিং ফাওবদা মনীং থুংহনবা ঙমদ্রবসিদা লুখ্রাবী ঐনদি করি উপাই লৈবি। মপুরোইবা কাইনরবী, লুখ্রা সিংদ চল্লবী নুপী ওইবীশিংনা ফনা মথৌনা ফুদোক্লনশু খক য়ৌবা ঙম্মোই। নুপী ওইবীগী মপোক্তা লুখ্রাবীমুক তোনবা লৈরম্লরোই, নপাদো লৈজরম্লবদি ইমা ইচা অশুক রারম্মোইদবনি খন্না খন্না থোংলম্বা চাক্তু লোইরদুনা মচাবু কৌশিল্লগা চামীন্নরম্মী।

চাক তোক্লবা মতুংদা মমা মচা ফম্নিদুনা মচাবু মশা পুন্নমক শিং শিং নাল্লগা হাইরকই। "ইমাগী ইবুংঙো, করিগী ইচানা রাখল অদুক হল্লুনা খল্লিবনো, নপা লৈখিদ্রবশু ইমা লৈরিবসিদি, ইচাগীদমক হিংলিবনিনে ঐসে, রাখল পিকথগনু, নঙনা অদুমনা তৌরবদি নমা ঐসে কবম্না খাঙগনি, অদুগা নঙশে মেট্রিক পরিক্ষা থাগদবশু কুইদ্রবনি লাইরিক কন্না পাও, ইমাদি নঙগী নপাল চাদুনা নুংঙাইনা হিংগদৌরিবনি।"

"ইমা ঐহাক করিশু খন্দেদা, ইমানা নোংজু নুংশা খাক্তনা, অরা অনা থিদনা নচা ঐগীদমক রানা হোৎনজবদুদা ইপাদু লৈজরম্লবদি ইমাশু অশুক রাবম্মোইদবনি হেক খল্লুবদা পুক্লিং নুংশিমনখ্রদুনা ঙহাক কপথোকউরে, ঐশু সিদগীদি ইমাগী মতেং পাংনবা হোৎনরনিদা।" রামেশ্বরনা খুম্লকই।

মচাগী রাহৈশিংদু তাবদা লুখ্রাবী মমাদো মবুক্লিং নুংশিনা মিৎলু অনিমক পিবাংনা চোল্লি। পেন্দবা অরাবা রাখল অমত্তা উহন্দনা মচাবু থেমজিল্লী, "ইচা লৈরি খন্দুনা ইমাদি রাখল চাওনা হিংলিবনি, ইমা ইচা নুংঙাইনা হিংখিগদবনি, নত্তবা রাখল অমত্তা খনবা যাবা নত্তেকো নঙশু লাইবিক পাগদবা পাজরুরো, ইমাশু করি করিনো খরা হোৎনরুখিগে।"

অরা কোঙ্গাই খাংলিবী, মাইথোং মকা লামজদ্রবী, অখাং কনবী মহাক্লা মচাগীদমক খন্দুনা কন্না হোৎনজবকপনা মচানুপা রামেশ্বর মেট্রিক পরিক্ষা পাস তৌখি। কালেনগী শারবা মৈশালক্তা লরাইদা ঈশিং খিকপদা,

ঙহাক্তং ইঙথবগুম, মচাগী পরিক্ষা পাস তৌরকপদা মিৎকুপ খরদি অরা-অনা পুন্নমক কাওথোক্তুনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওখি। মিৎকুপ খবগী তুংদদি বাহুনা উম্লবা থাজগী মাইথোংগুম তপ্না তপ্না মমসিল্লকখি। কনাগী মতেং লৌদুনা, কদাইদগী পৈশানা কোলেজ মিং চনগনি, ফি-থীগনি, লাইবিক লৈগনি, মচাগীদনক খনবদা লাইরবী মমাদো শৃর হোনগনি হাইবা ফাওবা কাওবমখৈ ফুম্বংনবি।

মমাগী অরাবা পুন্নমক্তু উরদুনা, নোকফেৎ তৌবা মাইথোংনে মমাদা উৎলদুনা, "ইমা লাইরিক মখা তমথররোইসি, হৌজিক্তি ঐহাকশু খবমখৈদি হৈরবনিনা মীবক তিনবদা থোইনা পংশোন শোৎথববোইনা অদুগা মখা পংতম তমথরুববশু পংকান কান্নরবোইদা, লাইবিক হৈ-হাইদুনা সবকাবগী থবক মচা অমা তৌগে হাইরুবদা রানোমশেল য়াওদনা যাবিবক্কদবা কনাশু লৈতে।" রামেশৃরনা হাইরকই।

উপাই লৈত্রবী লাইরবী লুখ্রাবী ওইবনা পেন্দ পেন্দ মচানা হাইবদো অদুম্মক যাখি।

বামেশৃর অরা অনা থিদনা চেক শুবা য়াওখি। তন্দবা মীগা ওইবনে, মখুৎ মশানগা হৈবনে মতম খবা জুগালী ওইবম্লগা থুনমক হেড মিস্ত্রি ওইখি। মহাক্লা পৈশা খবা খরা থোক্লকপনা মমা লাইববীদো খবদি শাফবে। হিংনবগীদমক্তদি মীঙোন্দা তাংদনা হিংবা ঙমজবে। মতম খবা অশুম্না লেল্লবা তুংদা লাইববী মমাদুনা খুৎচাবী মমৌ অমা থিরগে খল্লকখি।

"ইমাগী ইবুংঙো বামেশৃর, নহাক য়ুম পান্নবা তৌরসি, ইমাশু নোংমদি শোইদনা অহল ওইরক্কনি অদুনা ইমানা শোন্দিঙৈদা নঙগী অবেপ্পা অমা খঙনা লৈহৌনবা, অদুগা ঐহাকশু ইশুকাইদো মতৌ যেংনিংলক্লে, মসিদা নত্তনা নঙগীনি হাইবা হন্না যেংলুবদা কনাশু লৈতেকো, নঙগী তুংগী ফিভম চেৎহৌনবনি ইমানা হাইরিবসে মুন্না খল্লু য়াদ লাক্তবগা যাপোত্তেকো।" মমানা হাইরকই।"

"হৌজিকপু করম্না য়ুম পানগদৌরিবনো, চরাদনি হেন্দ্রিবা, য়ুম্লৈ

কৈরে, ফিজেৎ চাকচা মতাসিগা, মতম অসিগী লুহোংবা অমদা চৎনবীনি হাইদুনা তৌনবিবা মতৌ, হৱাগাঊীনা পবেং পরেং, অউনপোৎনা চীংদুম চীংদুম, পৈশা ওনেক ওনেক, কদাইদগীনেদা ইমা, য়ুম পানবগী ৱাফম অসি খন্নখিবোইসিদা।" বামেশ্বরনা খুম্নকই।

"ইবুংঙো নঙনা হাযরিবদো ইমা লোইনা খঙই। অদুবু মতম চাবিঙৈদা ৱারবশু ৱানা হোৎনহৌদ্রবদি তুংগী পুন্সিদা অফবা ওইবক্লোই, অদুনা য়ুম পালহৌদবা য়াদবনি নঙনা অপাম্বা নুপী লৈরবদি পুবক্লো লৈত্রগনা ইমানা থোকপা থিগনি।" মমানা কন্না তকসিল্লকখি।

বামেশ্বর মমাগী চক্রি খাঙবা ঙমদ্রদুনা মহাক্কা নুংশিনজবী বাশি কৌবী নুপী অমগা লুহোংদুনা পুন্সিগী য়ুম্বাল লম্বীদা খোংদামিন্নখি।

লাইববনা লুহোংবদি শেন্দোল শকপনি, লৈকাই হৌ-হৌ চোংদুনা অমনা অসি ৱাৎলি, খরনা মীমাংদা চোপ্পা যাবা নত্তে, ময়াম চঙদুনা পঙহাই হাইবদগী নুংঙাইবোই করিবোই তুংগী ৱাখলদি ইখল খল্লহৌদনা মহাজন্দগী পুৰুবা শেলযামদো, হৌজিক্তি লুহোংবা লোইববনিনা পিবো হাইনা থৌবকখি। বামেশ্বৰ মহাজনগী শেলযামদো ফুগৎনবা হোৎনবদা কোকপী ঙাওবি।

লাইববী মমা লুখ্রাবীদুশু মচাগী অৱাবা মতৌদু উবদা খাঙবা ঙম্লকত্রদুনা মতেং মতেং ওইনবা লৈঙোই পেকপা য়াওরি।

নোংমগী নুমিদাংনি মনি মমৌ ফম্নিদুনা অৱা নুংঙাই ৱাবী কযা শামিন্নরম্বদগী, মমৌনুপী বাশিনা হাইবকই।

"ইমা ঐগী নাদা য়াল্লিবা সনা খরসি কাইথোক্লসি, অদুগা উপু অসিশু য়োম্থোকখ্রসি মতেং খরদশু ওইনবা।"

মমৌগী ৱাদু তাবদা শ্বাই লাওই, থম্মোইদা নিঙমদা চৈনা ফাওরকই, মবুক্লিং নুংশিরকই। থম্মোইগী অৱাবা খঙহন্দনা মনেম্মা তপ্না হাইবকই।

"নত্তে নত্তে, অদু য়াবা নত্তে, করিগী ৱাখল অদুক হল্লৱীবনো, ইমৌগী অউনপোংকা মচেৎ অমত্তা কাইবা য়াবা নত্তে. চৎলো চৎলো।"

ঙহাক পোথাজরুরো হাইবগা ঙহাক তুমিন্না ফমদুনা লৈহৌই।

রামেশ্বর ঙহাক চৎথোকলুবদগী হঞ্জিল্লকই। মমানা তুমিন্না ফমদুনা লৈরম্বদু উবদা লৈত-লাইবগী রাখল তৌরিবনি খনবদা নুংঙাইজমদে।

"ইবুংঙো নঙ হল্লক্লব্রা? হযেংদি নোংঙানবগা থবক শুবা চৎকদবনিনা ঙন্তা পোৎথানবা তৌশি।" মমানা হাইরকই।

"ইমা ঐ-হযেংদগী যাইবেক্তুনা থবক শুফমদা মতম খবা লৈবা তারি, লম্নগা থাপ্পনে হঙ্গৎ হন্দাদা ভাবাদশু পৈশা যাম্না চৎখ্রে থবকশু য়াম্না চিল্লি। মহাজনশু থবক মফমদা লৈহন্নীংবগী রাফম কন্না তৌই। অদুগা লুহোংবদা চংখিবা শেন্দোল অসিশু ফুগৎপা ঙম্নবা কন্না হোৎনদবা য়াদ্রি।" বামেশ্বনা খুম্মকই।

"ইমাগী ইবুংঙো, ইচাগী লাইবকসে ওন্থোক্লা থীখ্রে, ইচাগী অরাবসে ইমাশু খংই। লাকও ইমৌনা চাক থিবম্মনি চাথোকমিন্নবরুবসি," লাইববী লুখ্রাবী মমাদুনা কৌসিনখি।

হাওবা হাওতবা খবা খরা চামিন্নবগা অহিংদো মাগী মাগী তুমফমদা চংনখি।

অহিং অদু হৌখে নোংঙাল্লে, বামেশ্বর থবক মফমদা চৎখ্রে।

লাইরববু কোক্লবদি খন্দুনা অরা অনা খিদনা নোংমা নোংমগী থবক শুরকপনা খংহৌদে থা অমা হাইখিবদো, থা-ফাবক্লবদা মহাক্লা মহাজন্দা হাইজদুনা খুৎশুমন ওইনা পৈশা খরা পুদুনা ময়ুমদা লাকখি। শেলফম অদু মমাগী মখুত্তা শিন্নখি। শেলফম অদুনা লুহোংবগী শেন্দোল খরা শিঙ্গৎলম্মী। অশুম্না থা-থাগী খবা খরা শিঙ্গৎপনা শেন্দোল অদু পুমকোক কোকখি।

লাইরবী মমা অমসুং রামেশ্বর শেন্দোল কোকখিবদা লরাইদা পুরম্বা লুম্নবা পোৎলুম অমা খণ্ডথাঙ থাংথখিবশুম নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে।

শেন্দোল কোকখিবগী নুংঙাইরবা তাঞ্জা অসিদা রামেশ্বর মচানুপা অমা ফংজখি। সনাগী মথক্তা তমফা থিনবশুম, নুংঙাইবগী মথক্তা নুংঙাইবা অমা হাপখি।

মহাক্লা লাইরবী মমা অমদি রাশি মমা মচাগীদমক খন্দুনা

মথক্তা নুংঙাইবা অমা হাপখি। মহাজনগী ময়ুমদা অরাবা কয়া খাওদুনা থবক শুরকপগী খুৎশুমন্দুনা খরা খরা তুংশিঞ্জদুনা রাশিগী মনাদা য়ান্নবা সনা অমা শাবীখি। মসিগা লোইননা মখুত্তা লুপা লিশিং কুনগা শিন্নরম্নগা থবক মফমদা অমুক চৎখি।

রাশি মপুবোইবনা সনা শাবিবা অমদি লুপা লিশিং কুন শিন্নরম্বদুদা নুংঙাইবনা মফম মবাং খঙদে, মথুম মরাঙ হৌরি। মওন মওন খল্লম্নগা মপুরোইবনা শেৎলিবা ফিমলশিংদু হোংনবা ফৈজোম ফুরিৎ, মচাগী ফুরিৎ খোংগ্রাও, মনেম্বোক্কী মফি মবোল খবা লৈরুগে খনখি।

"ইমা ঐ বজার চৎলুগে, ইমাগী অমদি মপা মচাগীশু ফিবোল খবা লৈরুগে নশুসে খবা শেন্নবীবম্মু। ঐহাক চাক ঈশিং থোংবা নংনবা থুনা হল্লক্কে" বাশিনা হাইরকই।

"ইবেম্মা, মপা লাক্লগা নোংমা লেম্না চৎমীন্নবগা লৈরুচো। নথন্তা তরক তরক হেক চৎপাইদো ইমা নুংঙাইতেদা।" মনেম্না খুম্লকই।

"ইমা নচানুপাদুদি ঐনা হাইরুবকা যাবীপোত্তে, ঐ হেক্তা লৈরুরগে।" হাইবম্নগা, বাশি বজার চৎখি।

রাশি লক্ষাঙ মতেক খবা চৎলগা বস তোংগদবনি। মহাক্না লক্ষাঙদুদা চৎলীঙৈদা সনা থৎপা, পৈশা মুনবা দাকু অহুম থেংনখি। দাকুশিংদুনা নোংমৈ পুথোক্কুনা উৎলগা লাও খোংবা য়ারোই, করিশুম্বা লাও খোংলবদি নথ্বায়দু মাঙগনি হাইরম্লগা মনাদগী সনা থৎলি, লাকন্দা য়াল্লিবা মনি বেগ মুল্লি, অদুদা নত্তনা থীনশু ফুবী। মহাক্না মীয়াম তাবগা কনবীগদ্রা খন্দুনা কন্না কন্না লাওজখি। দাকু অহুমদুনা লাওরবদি শোইবা তারে খন্দুনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাত্তোক্লগা লক্ষাঙদুগী চিদাইদা লৈবা খোংবাল মচা অমদা লংশিল্লগা থনমখি।

মতম্নগা থেংজিল্লকপনে, নুংশানগা শাবনে, মশুনুপাদুনা মরোল অমা নিংঙাই তৌবনে, মমৌনুপীদুনগা হল্লক্তবনে, শাওনিংমনখ্রদুনা মমৌবু চৈরি। অমুকশু করিবু তৌরবনো, মতম্না ফত্তবনে, মশু থেম্না থেম্না রাজরবী মনেমদুনা হল্লকপা ভাইরি। অশুম ভাইনা ভাইনা নুমিৎ

তাসিল্লকখি। শোইদনা খুদোংথিবা অমদি থোক্লম্বা তারে খন্না খন্না অহিংদো লোইখি।

নোং হেক ঙানবগা য়ুম্লোন্নবদা লৈবা পাখং মচা অমদা রামেশ্বরগী থবক শুফম তাক্লুনা বাশিগী মবমদা পাও পিরুনবা মমানা থাখি।

থবক শুফম হেক য়ৌবগা পাখংদুনা রাশিগী মরমদা, রামেশ্বরদা পাওদমখি।

পাওদমদু হেক তাবগা রামেশ্বব অশাওবনা মৈ হৌখি ঙহাক তুমিন্না লৈররম্লগা, ইবুংঙো ঐহাক মহাজনগী থবক ফরক তাবা খরা লৈরি মসি লোইরম্লগা নুমিদাংরাইবম ওইনা লাক্লগে হাইনা য়ুমদা তম্মু হাইরগা পাখং অদু হলহনখি।

লমচৎ নাইদবী, ওক্তবী, শাগী শাজৎ চৎপী, থম্মোই পান্দবী নপুরোইবা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপাদা য়ুম্বালবা ঙম্বী, তৌঙম্বী নহাকপু ঐগী নুপীনিকো। ঐহাক্না য়ুম থাদোক্লুনা নঙগীদমক খন্দুনা খুবাক কুবোল হু, ইকাই ইকি খঙদনা লু-য়াঙ তেকপমখে রানা শুবিবা অদুগা নঙনা লমচৎ নাইদবী ওইদুনা ঐহাকপু চংহাৎ হাৎলিবা, অশাওবা রাখল কয়া খল্লম্লগা লাইববী মমা অমদি পিক্লিবা মচাগী খল্লবগা মহাক নুমিদাংরাইরম ময়ুমদা হল্লকখি।

মহাক্না ময়ুম হেক য়ৌরকপগা মমাদা হংখি।"নমৌনুপীদো কদাইদা চৎকনি, কবিদৌবনো ইমাদকা হাইরম্রা?"

"ইমৌদো ঐখোই মযামগী ফি-রোল, কবি করিনো খরা লৈরুনি হাইদুনা বজারদা চৎখিবনি।" মমানা খুম্লকই।

"মহাক অফবা নুপী নত্তে, ঐনা য়ুম থাদোক্লুনা থবক শুবা চৎপনা মনিঙ মখা তৌদুনা নত্তবা শাজৎ চৎলিবনি।" বামেশ্বরনা হাইরকই।

"ইমৌদা অদুম্না হাইগনু, ফত্তনা খনগনু, নঙনা য়ুম থাদোক্লুনা থবক শুবা চৎলবশু ঐগা লৈমিন্নরিবনি, নঙনা খঙবপোৎ নত্তে। ইমৌগী লমচত্তী মনেম ঐতনা খঙগদবনি। নঙগী রাকা লাইরি, ইমৌদো অফবদি ওইরমগনি হাইবা থাজদ্রে, শিবা চঙবা মফম

রাও খংদ্রপোৎনি হৌজিক্কী মতমসিগী চীঙননিংঙাই ঙাক্তনি।" কপ্পি কপ্পি, তনিক তনিকপা খোঞ্জেলগা লোইননা মমানা হাইরকই। মমা মচা অপেন পেন্দ, অরাই অখুম তৌদুনা পংভাও ভাংনবিঙেদা অহিংদু হৌখিরা খংহৌদে।

অয়ুক্কী অঙনবা মতম্নি, মীয়াম রা-রা ভাংনরকখি। অসিবা মৌ-নহা অমা লক্মাংদা তাদুনা লৈরে। ভাংনরক্লিবা খোঞ্জেলশিংদু তাবদা মনেম লাইরবীদো রাহুখি। রামেশ্বর থম্মোইদা থুক লাওবা কল্লবা চৈনা অমা ফাওরকখি।

কনানো, মতৌ করম্না শিরীবনো, অমুক্তদি ময়েংলুরগে খল্লদুনা, রামেশ্বর থুনমক অসিবদুগী মনাক্তা চৎখি। মহাক্না হেক যৌবগা অসিবা নুপীদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মুন্না য়েংখি। রাশি ওইরম্বদুদা শ্বাই লাওই জ্ঞান মাঙখি। ঙহাক জ্ঞান মাঙলুরগা রাশিগী মশা পুন্নমক পাযদুনা য়েংখি। নোংমৈনা পানবগী মফম লৈরম্মী, সনা থৎখিবগী মনা অনি শেগাইরম্মী, খরা হন্দোক্লগা অহাঙবা মনি বেগ তাদুনা লৈবম্বা থেংনখি। পুন্নমক অসি উরুরগা মহাক মিৎলুদগী পিরাং চদুম চদুম শিন্থবকখি। মফমদুদা তিল্লম্বা মীয়ামদো রামেশ্বরগী মতৌ উবদা থম্মোই শোক্লখি।

কনানগু হাইনরুবা তৌদনা লমদমদুগী নুপী নুপা মীয়াম হৌরক্লুনা সনা থৎপা, পৈশা মুনবা, নুপী হাৎপা খুদক্তা ফাও, অকনবা চৈরাক পীয়ু, অহৌবা খোল্লাওগা লোইননা ইরাং হৌরকখি। অদুক কনবা ইহৌদো কনানগু তাবীদনা নোংমা নোংমগী নেমথখিদুনা অরেম্বদা তাখি।

রামেশ্বর, মমা লাইরবী, পীক্লিবা মচা অমদি লৈখিদ্রবী রাশি মখোই অহুমগী পুঙমদ্রবা লুম্নবা অরাবা রাখল কয়ানা অহিং কয়া কপ্তুনা লেল্লি। মহাক্না রাশিগী মফমদা লানখিবা, ফত্তনা থনখিবা, লমচৎ নাইদবীগুম উথিবা, পুন্নমকসি কল্লুরগা নীংঙমদা পিরাংনা মোল্লাং পুমচোৎ চোৎনা থম্মোইনুংদা তেংথাদুনা কপ্পি।

*

# (২৪)
# নুংশিরকই ইমা কৈথেল

থরোঙৌবী য়ুমগী পোৎ-চৈ লৈননবগীদমক্তা মবক মরক্তা খ্বাইরমবন্দ কৈথেল কাই। কুইনা কাঞ্চদ্রবগী তুংদা নোংমা অমুক কৈথেল কাই। মহাক্না লৈগদবা পোৎ কয়া লৈবা লোইরবদা ইমা কৈথেল অমুক্তং চংলমগে, পোৎ লৈরবশু লৈদ্রবশু, কৈথেলদুদা পোৎফম ফম্লিবা ইমাশিংদুদা ওইরবশু যেংলমগে খল্লদুনা ইমা কৈথেলদা চংখি।

মহাক্না কৈথেল গলি অদুদা নাক য়েৎ যেংল য়েংলদুনা তপ্না তপ্না চৎলি। ইমাশিংদুনা যোল্লিবশিংদু লৈবা লাক্লিবশিং অদুগা মমল হুন্নদুনা ঙাংনবনা কৈথেলদু পুম্নিল নিলখি। নিল্লিবা খোঞ্জেল অদু মঙোন্দদি নুংশিরবা শুব অমা ওইনা তাখি। খবা চংশিল্লগা মমাংঙৈ লুনা তিন্নখিবা মমান্নবী অমশু পোৎফম ফম্লম্বা উরকখি। মনাক্তা চংসিল্লগা নঙশু পোৎফমকা ফম্নবোইবে হংখি।

"হৈমা ওম্ভোক্না কুইরেদকো উনদবা, ঐহাকপুদি পোৎফমকা ফম্নে, নঙবু কমদৌবীবগে? যাম্না নুঙাইবমদৌবকা মাল্লিকো," মমান্নবীদুনা হাইবকই।

"নুঙাইরে, নুঙাইবনা কেবাক থোকপা হাইবদো তৌরে। থবোঙৌবীনা খুম্নকই।"

মবান্নী ওঙ্গিন্নদুনা ঙহাক নোকমিন্নরম্লগা, কৈথেল পোৎলক্কুদা য়োল্লিবা চা-বোরা খরা মমান্নবীদুনা লৈকরগা থকমিন চামিন্নবগা লোইননা পুন্সিগী অরা নুঙাই রারী কযা শামিন্নরগা, মরক মরক্তা উনসিকো, অমগা অমগা বীদাই পিনরকই।

মমান্নবী অদুনা বোবাময়োম অমা থরোঙৌবীদা হাপ্পিরকখি। মহাক্না লৈকবা পোৎশিং অমদি বোরা ময়োমদু পুরদুনা ময়ুমদা কুম্নকখি।

মপুবোইবা থাবলজাও মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈরম্মী। "করি করিনো নঙগী পোত্তবু য়াম্না লৈরকখ্রেদা," হংলকই।

"কৈথেল তোইনা চৎপা ঙমদবনিনা, লৈরিঙৈদা লৈহৌরগে

খন্দুনা লৈরক্লবনি।" থরোঙৌবীনা খুম্লকই।

থাবলজাওনা লৈরক্লিবা পোৎশিংদু ফাক ফাক্লুনা য়েংবদা বোরা ময়োমদু থেংনরম্মী। "নঙদি বোরাকাশু লৈরকইপোৎনিনা," হাইরম্লগা, পোৎ অতৈদু য়েংবা তোকথোক্লুনা বোরাদু চখোম, চখোম শাইরদুনা হাওনা চাবি।

থরোঙৌবী লৈরক্লিবা পোৎশিংদু লোইশিন খমজিনবা লোইরদুনা মফি মরোল হোংদোক্লগা ইমুংদগী থোক্লকই।

"নঙগী বোরাসিবু কদাইদগী লৈরকপনো, কনানা যোলম্বনো ওম্থোক্লা হাওখ্রেদা," থাবলজাওনা হংলকই?

"ঐ খ্বাইবমবন্দ কৈথেল কাকঈদনা, পোৎ লৈবা লোইরবা মতাংদা ইমা কৈথেলদো য়েংনিংমনখ্রদুনা চংলুবনে, মমাংঙৈ নৎলমদ্রে, ওম্থোক্লশু ফজমখ্রে, অদুদা থায়না যাম্লা লুনা তিন্নখিবা ইমান্নবী অমা পোৎফম ফম্লম্মী, মহাক্লা বোবাদো ঐঙোন্দা হাপ্লিরকপনি", থরোঙৌবীনা খুম্লকই।

থাবলজাও ইমা কৈথেল হেক পল্লকপদা বোরা শাইবা খংলেপ লেপ্লী, শকফম ওল্লি, মবুক্লিঙ নুংশিবক্লুনা তুমিন্না লৈখি।

থরোঙৌবী মপুবোইবনা শকফম ওল্লগা তুমিন্না লৈখিবদুদা করি তৌরবনো ইচিং চিংনখি। "কবি তৌবে বোরা চাবা লেপ্লবদি," হংলকখি।

"করিশু তৌদেদা, নঙনা ইমা কৈথেল হেক পল্লকপদুদা পুক্লিং অসি খংনুং নুংশিরকপগী ৱানিদা," থাবলজাওনা খুম্লকখি।

"ইমা কৈথেল খংনুং নুংশিরকপগী মরমদু খঙনীংঙিদা" থরোঙৌবীনা হাইবকই।

থাবলজাওনা খঙনীংলবদি ৱারী লিবীরক্কে মুন্না তাওকো হাইরম্লগা লিথরকখি।

"ঐহাক্লা জ্ঞান খন্না খন্না তারকপদা ঐগী ইমাদো ইশোন শোন্দুনা করিমত্তা তৌবা ঙমদনা অদুম লৈরম্মে। ইচিল ইনাও

ঐখোই অহুম পোকই, ঐনা অহলনি, ইপাদুনা ইমা অমদি মচাশিং থাক্লবা হোৎনবদা ঐহাকশু অঙাং ওইবনা ইপাদুগী মতেং পাংবশু ঙম্মমদে। ইমা অশোনবীদুগী সেবাসু হৈবমদে, পিক্লিবা ইনাও অনিদুনা অরাম খৌরাঙলক্লবা মতমদুদা ইমা অশোনবীদুদা নিংঙাই তৌদুনা কপখিবা, শোল্লবা ইমাদুনা কযাদা রানা থেমজখিবা, লাইববা ইপাদুনা রানা থবক শুব্বা হল্লক্লগা ইমা অশোনবীদুগী শেবা অমুক তৌ, মচা ঐখোইগী চানা থক্লবা অমুক হোৎনা, অরাবনা পন্দোল লোমখি।

রাজববা ইপাদুগী মতেং খবদা ওইরবশু পাংনবা ঐহাক করি উপাই তৌসিগে খনবা হৌরকখি। যুমদগী থোক্লক্লুনা কনাদা কবি হাইব্শিগে, কদাইদা কবি থবক শুব্শিগে খন্দুনা পঙচত্তা চৎলি। অদুবু করিশু কান্নবদি অমত্তা ফংখিদে।

কবি রাখন্দগীনো, ঐ করিমত্তা খলহৌদনা, নোংমদি খ্বাইবমবন্দ কৈথেল যৌবম্মী। অমুক্তা য়ৌদ্রিবা মফম ওইবনা কৈথেলগী মীয়ামদু উবদা পুমঙক ঙকখি। মীযাম্না থোং নম্বোনবী হাইনশু খংনবা, চেকথোং মযাদুদা লেপ্তুনা মীযামদু যেংদুনা লৈবম্মী। ঐহাক্না লেপ্তুনা লৈরিবা অদুরাইদা নহা মযাম অমশু লেপ্তুনা লৈ। মখোই মযামদু কবি কনিো পংঙাংদা ঙাঙনৈ, খবনা রা-রা নোকই, খবনা রাবী ওইনা পঙশাদা শানৈ। পুম্নিল নিল্লি মফমদো। ঙহাক লৈবগা মশা নানবা ময়াঙ নুপা অমা লাকই, থবক লৈ হাইদুনা নহা তরামুক পুখি। ইকান কান্নদনা বিলাটমাতিনা পিক থল্লবা মানগাডী অমা খৌজিল্লক্লুনা নহা খরা মান থাব্শি হাইদুনা অমুক পুখি। অশুম্না মহাজনশিংনা মথং মথং পুখিদুনা নহাশিংদু অমত্তা লৈহৌদ্রে। ঙশাইমখৈ অরেম্বদা পঙলৈ লৈবিবোই খল্লম্বনি, মদু নৎলমদ্রে। মখোইদি থবক ঙাইবা ওইবম্রে।

হৌজিক ইথন্ত ঙাইহৌরে, ঐনা অশুম রাখল তৌবিঙৈদা কদোমদগীনো খংহৌদে, মীয়াই চল্লবী নুপী অমনা ইনাক্তা চংশিল্লগা হাইরকই, ইবুঙঙো ইমাগী পোৎ খরা ইমা কৈথেল মনুংফাওবদা

হাংজিনবীয়ু, ঐহাক ঙহাক খঞ্জানরক্লা, ফনি ফনি ইমা, হাইবগা পোত্তু থাংজিল্লম্মী। অরামল ওইনা ইমাদুনা লুপা কুন পিরকখি। লুপা কুন্দু ফংবদা ঐহাক নুঙাইবনা থুক্কৎখিদুনা চিন্না চুপ্প চুপ্পদুনা লৈরিঙেদা মথং মথং থাংজিনবীয়ু হাইরকপদগী থাংজিনখি। নুমিৎ অদু পৈশা ফনা য়াম্না ফংখি। অশুম্না নুমিৎ খুদিংগী ইমা কৈথেলগী ইমা ময়ামদুগী পোৎ থাংদোক থাংজিন তৌদুনা পৈশা তাল্লকখি। মদুদগী ফংলকপা শেনফমদুনা মতেং ওইদুনা য়ুম পুরিবা রাজরবা ইপাদো খরমখৈদি শাফখি।

নোংমদি ইমাশিংদুনা, অহিং খুদিংগী যাইবেক্তুনা ঐখোইগী পোৎ শঙলিবা নহাশিং অসিগী মবক্তা নঙশু যাওবো হাইরকপদগী ঐহাকশু য়াওখি। অয়ুক নুংথিল পোৎ থাংদোক থাংজিন তৌদুনা, নুমিদাং য়াইরেক্তুনা রানা লেল্লকখি।

ইমা কৈথেলগী ইমাশিংদুনা ঐখোইবু মচাদা মচাদৌনা কয়াদা লুনা চান্না তৌবীখি। ইচাশা হৌজিক্কী মতমসিদি অফবা মী অমত্তা লৈতবনি, হুরাল্লগা হিংগনি খনবা মীওই কযা অমশু লৈবিবনি অদুনা নখোই পোৎশিংসে চেকশিন্না শঙগদবনিকো, অদুগা অহিং অথেংবসিদা নেশা শিজিন্নদুনা হকচাং অমদি লমচৎ মাংনবা খক তৌবোইদবনি। য়ুমগী অহল লমলশিংনা হাইবা ইনবগা লোইননা মতেংশু পাঙ্গদবনি, মতম পুন্নমক্তা অফবা মীওই অমমম ওইনবা নখোই পুন্নমক হোৎনগদবনি হাইদুনা অফবা পাওতাক কযাশু তাকপিবকখি।

ইমাশিংদু, ঐখোইবু হেক পোকপিবমক্কি খন্দুনা ইকাই খুন্নবগা লোইননা মখোইনা হাইবা পুন্নমক ইনখি। ঐখোইনা শেল-থুমগী অরাৎপা লৈরবশু মখোইদগী লৌখি। মখোইগী অচিনবা লৈরবশু ঐখোইনা পিখী। অসুম্না পুথোক পুশিন তৌদুনা খাজনা নুংশিননা লেনমীন্নরকখি।

ঐহাক্না ইমা কৈথেলদগী রানা তাঞ্জরকপা শেলশিংদুনা নুংশিরবা, লাইরবা ইপা, অশোনবী ইমা অমদি ইনাও অনিবু য়োক্লকখি।

হৌখ্রবা খৌদোকসিংদু নীংশিং নীংশিংলুবগা নুংশিবকই ইমা কৈথেল।

"ঐগী হৌখ্রবা অরাবা পুন্সিগী রাবী তাঙ্কক অমদি মতাং অশ্বায়দা লোইবে।" থাবলজাওনা হাইরকই।

"ঐগী হৌখ্রবা অরাবা পুন্সিগী রাবী তাঙ্কক অমদি মতাং অশ্বায়দা লোইবে।" থাবলজাওনা হাইবকই।

"মখোই বাবাগী অরাবনা থল্লবা, নুংশিববা রাবী অসি তারুবগা থম্মোই অসি পুবা ঙম্লকত্রে," পিবাংগা লোইননা থরোঙৌবীনা খুম্লকই।

থাবলজাওনা, রারী অসি লোইববনিনা চংলসি লাকও হাইদুনা মবান্নীমক চংমিন্নখি।

*****

# (২৫)
# লৈফম লৈতে মালেমশিদা

শাদানবগী মখুত্তগী নাম্ভোরক্লবা মচা কাইনববী শজি অমোম অমনা অয়ুক নুংথিল অশোঙবা নারক্তা লোৎলুরগা অথেংবা অহিং খুদিং মীচিক মীবাওখোল তাদ্রবা মতমদা অচিকপগী তাঞ্জা লৌদুনা মথ্বায় ব্লানা, নাশোল পিক্লা, তুঙ-মাঙ যেংদুনা চীংযাগী লক্ষাং অমদা হানৌ চাবা থোক্লকখি। হানৌ চখোম অমা অনি থৎলগা শাইব শাইবদুনা মঙক ব্লাংনা থাঙ্গৎলদুনা শাদানবশিং লাকপ্রা হাইদুনা অমুক অমুক যেংলি। কিনা কিনা অশুম চারকপনা মবুক থল্লকখি। অমম্বগী অব্রাবদু খবমখৈ কোক্লবদা শাদানবগী মখুত্তা মথ্বায মাঙখ্রবা মচাদু নীংশিংলকখি। পিবাঙ পিরাইননা শজিক চাবা লেপখি।

"ইমাগী ইবুংঙো, নঙনা ইমাঙদা কে-নৌদুনা, খৌশাদুনা হানৌ মরকসিদা জগোইগী খুৎথেক কযা উর্থখিবা, নঙনা ব্লাববা, নবুক লাম্লক্লবা মতমদুদা ইমাগী ইথাদা নপ্তুনা খোম্লাং চুপখিবা, নবুক থল্লবা মতমদুদা নমিৎ-ননা খবেৎ খবেৎ চিংদুনা উইথবকপা, ঐনা হানৌ মবকসিদা শুমদুনা তুক্ষনখিবা, নুংশিববা ইচানা অসিবগুম তাদুনা নুংঙাইনা তুমখুল তানখিবা, মিৎকপ থোকত্রি ফাওবা নঙগী নতৌ যেংদুনা ইমানা শঙখিবা, মালংবনা লিবি লিবি হুম্লকপদা হানৌনা লেঙ লেঙ চৎলকপা, নুমিৎনা চিংযা পক্লকপা, ঙাঙ্গানবা মচুগী ফিজোন্না মালেম শিন্না হোংলকপা, ফজবা ইচাগী মতৌনা কযাদা নীংথিজবীবা, চীংয়াগী লক্ষাঙ অসি পুক্লিং হুনা, ফজবনা পিক থনখিবনি। অদুবু ঙসিদী ইচা যাওদবনরা পুমচিক চিকথ্রে লক্ষাঙসে, ফজবা পুন্নমক লোৎখিবগুম তৌরে। হিংচাবগী শক্তম লৌরবা, মিনুংশি যাওদ্রবা, ফত্রবা শাদানবশিং অদুনা ইচাবু হাৎলমদাইদা ইমা, ইমা কৌদুনা, ঐবু কনবীয়ু হাইদুনা কন্না কন্না লাওরমগনি, অদুগা শাদানবশিংদুনা ইচাগী অৱাবা মতৌদু উবী তাবীদনা নোক খেদুনা হরাওরমগনি, অদুদগীদি নুংশিববা ইচাদো শোইদনা হাত্তোকপীম্লনি--------।"

মরাযবক থীরবী. কাইনা মৈশা লাংলবী শজি অমোমদুনা

কপ্পা-কপ্পা মচা কাইনবগী অরা মৈশা খাঙলিঙৈদা পংলাপ লাপ্তনা হিক-হিক কপ্পগী খোঞ্জেল অমা শোন্থাংননা তাবকখি। মঙক বাংনা থাঙ্গত্তুনা ঙহাক তারম্নগা, শাদানবগী মখুত্তগী নাম্থোক্তুনা ইচা লাক্লবনি, মমা ঐবু থিবক্লিবনি খন্দুনা থিন্থবা তৌদনা কপ্পগী খোঞ্জেল তারিবা মফমদুদা, "ইমাগী ইবুংঙো ইমা লাক্লে" হাইদুনা চেপ্সিল্লগা নুংশিনা শৎ-শৎ লেকপীরম্মী। ঙহাক লেকপীরগা, "ইমাগী নিংথেম, নহাক তমথিরবা শাদানবশিং অদুগী মখুত্তগী কবম্না নাম্থোরকই ইমাদা তম্মু, শক্তি অমোমদুনা হংলকই।"

"ইমা, ঐহাক অতোপ্পা ইমা অমগী মচানি। ইমানা পোকচবা নচাদু নত্তে। ইমানা হংবিরীবা রাহংদু নচা ভাপ তাজদ্রে, কবম্না পাওখুম পিগদবনো খংজদ্রে। ঐগী ইমাদি হামেঙনি, ঐনা হামেঙ মচানি" খুম্নকই।

হামেঙ মচাদুগী রাদু তাবদা শক্তি অমোমদু পুমঙক ঙকখি। পিক্লিবা হামেঙ মচা অসিনা কবম্না মথন্তা লম্মাং অসিদা লৈবম্নীবা, মমাদুনা কদাইদা চৎখ্রবা, মমা কাইনববা মচা হাইবদু ওইববরা নম্রগা শাদানবগী মখুত্তা তাদুনা হাত্তোকপিখ্রবরা, অশুম্না ঙহাক রাখল তৌরিঙৈদা নোংঙাল্লমদাই ওইরক্লদুনা মফম অসিদা কুইনা লৈবা যাবা নত্তে, করিগুম্বা শাদানবা লাক্লবদি ইমা ইচাগী থরায মাঙদৌবিবনী হাইরগা হামেঙ মচাদু পুরদুনা মহাক্কী অয়ুক নুংথিল লোৎফম অদুদা লাকমিন্নখি।

লোৎফমদু য়ৌববদা ঙহাক অরা পোৎথামিন্নবগা শক্তি অমোমদুনা হংলকখি।

"ইবুংঙো, নমাগু যাওদনা নথন্তা লম্মাংদুদা মতৌ কবম্না লৈরম্লিবনো?"

"ঐবু পোকপী ইমাদু শা-হাৎপশিংনা হাত্তোকপিখ্রে। ঐগু হাৎপীবদ্রা কিরদুনা নারক শিংলক্তা লোৎলুরগে খন্দুনা লোন্না চেল্লকপনি," হামেঙ মচাদুনা খুম্নকই।

"তাইবঙ মীরক্তা লৈরিবা হামেঙ, য়াও, শা-ষন পুম্নমক অহাওবতা পিজদুনা অমদি তুম্ফম, হিপফম, যাইরেকফম ফজনা

শেম্বী শাবিদুনা য়াম্না নুংঙাইনা, নুংশিনা, চেকসিন্না থম্বী হাইনা তাই, অদুগা নঙগী নমাদুনা করিগী হাত্তোকপিরীবা?" শজি অমোমদুনা হংলকই।

"তাইবঙ মীরক্তা শা-ঐখোয়গী হাৎফম য়াম্না লৈ। মফম অদুদা নোংমগী লেপ্তনা ঙকশমদা থৌরি থুদুনা চিং-চিংদুনা পুই। অদুগা শা-হাৎপশিংদুনা মঙকশম কক-কক্তুনা নম্রা উতুপ্পা থোম থোমদুনা তমথীনা হাৎলি। শাশিংদুনা ফনা থোং লাওদুনা কপচৈ, লাওজে অদুবু মিনুংশি যাওদ্রবা ফত্রবা শাহাৎপশিংদুনা করিগু থওইবীদে। অতম্না, নোংমদি ঐগী ইমাদুগু মঙকশমদা থৌবি থুরদুনা হাৎনবগীদমক্তা চিংদুনা শা-হাৎফমদুদা পুরম্মী। ইমাদুনা থরাযদদি কনবীয়ু, পিক্লীবা ইচাশিবু করম্না হুন্দোকলমগদগে, ইচাগীদমক্তা খনবীয়ু, নুংশিবীয়ু কপ্না কপা কয়াবক হন্না হাইজখি। হাইজৈ হাইবদু মঙাই ফত্রবশিংদুনা তাবীবা লৈখিদে। মচা ঐনা ইমাদুগী মতুং ইল্লদুনা, ইমা ঐবু হুন্দোক্লগা চৎখিনু কয়াবক হাইজখি। উপাই লৈত্রবী ইমাদুগী, পিরাংনা চোল্লবা মীৎসনা অনিদুনা তনিক তনিক নুংশিনা ঐঙোন্দা যেংখিবা, চোকথরবা হকচাংদুনা থক থক নিকখিবা অৱাবা মতৌদু উবদা ঐহাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা ইমাবু কল্লগে খন্দুনা কন্না চেঙ্গিনখি। ইমাগী মনাক য়ৌফাৎত্রিঙৈদা শা-হাৎপশিংদুনা ঐবু ফাদুনা ইহোকপিরকখি। উপাই লৈত্রবা মচা ঐনা খোঙ কাওদুনা নিঙমদনা কপ্লিঙৈদা ইমাদু অদুম হাৎখ্রে। অদুদগী ঐনা কপ্না কপ্না অশুম য়েংলকপদা শিগদবগী ঙাইদুনা লৈরবা নীংবা কায়রবা হামেঙ, যাও, শা কয়ামগু তুম্পক তুম্পক নাওশোন্ননা পরেং শানা পুল্লিবদু উরকখি। মখোইশিংদু উরুবদগী ঐহাক থরায় হিংনবা চেলহৌরগে, নারক মোংশোংদা লোৎলুরগে খল্লদুনা শা-হাৎপশিংদু উহন্দনা লোন্না চেল্লকখি। অশুম অশুম লমশাং চেল্লকপনা রাবনে, পুক্লগা লাম্নকপনে, লক্ষাং অসিদা হানৌ খরা চারগা, অহিং অসি য়াইরেকলগা নোং-হেক ঙানবগা লোইবী চীংদা কাদুনা থরায় হিংনবা লোৎলুরগে খন্দুনা লৈজরীঙৈদা, ইমাগী ইবুংঙো হায়না কৌরগা চেঙ্গিল্লকপদুদা অপোকপী ইমাদু লাক্লবোই নীংলদুনা

মিৎকুপ খবদি নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে। অপোকপীদু ওইরমদ্রবদা কয়াদা পুক্লিং নুংশিরকখিবা। অদুবু হৌজিক্তি ইমা অমা ফংজরবনিনা ঐগী অরাবসি কোক্লগনি” হামেঙ মচাদুনা নুংশিনা খুম্লকই।

মবাযবক থীববা হামেঙ মচাদুগী নুংশিববা রাহে খোনফমশিংদু তাবদা শজি অমোমদুনা চেৎনা কোল্লগা অরাবা রাখল তৌবকই। ইচা কাইনবগী শাববা মৈচাক খাঙনবা হোৎনবিঙৈদা, মমা কাইনরবা মচা অমনা অমুক অনৌবা মৈশা অমা হাপ্লরবা, মৈচাক ফববা মৈবিলকসিদা ঘী অমুক হৈববা, ওহ্নোক্লশু মপোক থীনা পোকলম্মীদা ঐহাক্কী মপোকসে। অশুম্না মবুক্লিং নুংশিনা ঙহাক শোল্লম্লগা, ইমাগী ইবুংঙো ঐহাক্কীশু নঙগুম্বা ইচা অমা শাদানবশিংনা ফাদুনা হাত্তোকপিখ্রবনি। ইচা কাইনবগী অরা মৈচাক খাঙলিবী মমা অমনি, অদুগা নঙনা নমা কাইনবগী মৈশা লাংলবা মচা অমা ওইববা---।

শাদানবশিংনা মচা হাৎপিখি হাযবা হেক তাবদা হামেঙ মচাদুনা খঙহৌদনা শজি অমোমদুদা চেৎনা কোল্লগা, ইমা হাইনা কৌবদুনা কপখি-------।

“জগৎ সংসার অসিদা কাইনখিদবা কনাশু লৈতে, নঙনা নমা কাইনবে, ঐনা ইচা কাইনবে, কাইনববা অনী অমুক পুল্লবে, কৈদৌঙৈ অমুক কাইনগদৌবিবা, পুম্নমক অসি ইশ্বর মাগী লিলানী, কান্নববোই অমুক রাবন্দুনা হাইরগা হামেঙ মচাদুবু থেমজিল্লদুনা শজি অমোমদুনা ইচামক্লি খন্না য়োক্লনি,” হাইবকখি।

“পলেম শকপী, ইমা নঙনদি নচা ঐবু যোকপীবনি তাকপিবী, নচা ঐহাক্তি হামেঙগী মপোক্তা পোকপনি, অদুগা ইমা নঙনা শজিগী মপোকনি জাৎ তিন্নদে মরম অসিনা নচা ঐহাক্তি রাদবা ঙমজদে,” হামেঙ মচাদুনা হাইরকই।

“ইমাগী নিংথেম, মালেম অসিবু শেম্বিবীবা জগৎকী মপু ওইরিবা ইশ্বর মহাকনা অচৎ-চত্তা, লেঙলি-পাল্লিবা পুম্নমক নুংশি চান্নবা লৈমিন্নৌ হাইনা শেম্মম্বনি কবিগীদমক নঙনা অদুক রাবিবা,

জাতি-বিজাতি, অনৌ-পিশক অতোনবা তোন্দবা, অমাং-অশেং হাইনা খাইবিবা অসিদী মালেম অসিদা লৈবিবা ঐখোইখক্তনা খায়বনি। ইমাদি মদু যাদে পিক্লিবা নঙনা নতোমতা কবন্না হিংর্গনি, জাতি বিজাতি খায়বগী র়াফমসি তোক্লসি," হায়দুনা হামেঙ মচাদু মচা শকনা যোকচখি।

অশুম অশুম যোকলকপনা মতম খরগী তুংদদি হামেঙ মচাদু চাওবা শারেপ ফারক্লে। শারেপ ফারক্লবদা শজি অমোমদুনা কয়াদা হরাওনা নুংঙাইজরিবা।

নোংমগী নুমিৎনি, মমা মচানা লোত্তুনা লৈরিবা লোকচপকী মোংশোঙ অদু শাদানবশিংনা ফাগদবগী কোইশিনখি। শিব তারে খন্দুনা মমা মচা ঙহাক কবম তৌসিগে খন্নবম্লগা, মমানা লোকচপ শোমদা চেলহৌবসি হাইদুনা তুংথা-মাংথা চেক্লোকমিন্নরকখি। শজি অদুদি যাঙনা চেনবা চোংবা ঙম্বনিনা শাদানবশিংগী মথক লান্না চোংলকপদা লোকনুংদা তাশিনখি। যাঙনা চেনবা চোংবা ঙমদবা হামেঙ অদুদি খুদক্তা অদুম হাৎখ্রে।

মবাইবক থীরবী শজি অমোমদু ইশং থাংলবা অনানবা নুংলক্তা তাসিনবনা মখোঙ তেকখি। মখোঙ তেকপগী চৈনানে, ইশংনা লানবগী চৎপা য়াদবনে, শাদানবশিং যৌশিল্লক্লদ্রা পাখৎপনে, চনিং-চমাঙ শন্নদনা শূব থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা লোকনুংদুদা অরাবা খাঙলি।

"পোকপদগী নুংঙাইবা শরুক ফংজরকদ্রবী, মপোক থীরবী কাইনা মৈশা লাংলবী, উপাই লৈজদ্রবী ঐহাকসে ঙসিদি শাদানবশিংগী মখুত্তা তাবা শোয়দ্রে। অদুগা ইচাদুনা শিরমদাইদা মমা ঐবু কৌর কৌবদুনা কপ্লমগনি, ইমাগী ইবুংঙো, ইমাবু করি ওইরশিগে, ওহোক্লশু ফত্তেদা, হে তাইবঙ মীওইবা, অতোনবশিংগী লৈফম লৈতে মালেমসিদা," তেংথাদুনা কপ্লম্লগা শজি অমোমদু র়াহুখি।

## লোয়রবা



মিং : ইবুংঙোমচা নিংঙোম্বা

অপোকপা : নিংঙোম্বম ৴কুল্লা সিংহ

অপোকপী : হাওবোংবম নিংঙোল ৴বিজুবি দেবী

লোইনবী : খুন্দ্রাকপম নিংঙোল যামিনী দেবী

মচাশিং : শ্রীমা, বঞ্জনা, সত্যব্রত, ববিচন্দ্র, মিবান্দা, সোফিয়া,
বোন্দ, এলেক্স, শ্রীকান্ত, নাউচা, বিতা অমসুং
থোইথোই ।

লৈফম : ফোইজিং অৱাং লৈকাই
পি ও. নম্বোল - ৭৯৫১৪৩, ইম্ফাল ৱেষ্ট, মণিপুর

পোকপা : কালেন ১৯৫০ (জুন)

শিনফম : সমাজ সেবা তৌবা অমসুং লৌউশিংউবা

মহৈ : বি এ.

হৈনবী : সাহিত্য ইবা পাবা অমসুং নৈনবা ।

মখুম : এন. পবিত্রো সিংহ ।

ISBN :
978-81-923220-0-1

**SHREEMA PUBLICATIONS**
**NAMBOL**

Printed at M K Press, Nambol Bazar